## ꯃꯩꯇꯩ-ꯆꯅꯨ

# মৈতৈ-চনু



শ্রী হাওবম তোম্বা সিংহ



মৈতৈ চনু অইবা হাওবম তোম্বা সিংহ

অফোঙবা : হাওবম ইমোতোম্বী সিংহ
য়াইস্কুল, চীংঙাখম লৈকাই, ইম্ফাল।



অহানবা ফোঙবা : আগষ্ট ৩০, ২০০৯

মশীং : ১০০০ (লীশিং অমা)

মমল : লু: ১০০/-



IV

নম্ফম : লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক ইম্ফাল।

মরৈবাক্কীদমক্তা থরায়না পোষ্ঠা পীখবা

মৈতৈ লৈমগী মপারি মমোমশিং

অমদি

মণিপুরী থিয়েটর অমসুং সাহিত্যগীদমক কৎথোখবা

অইবা অমসুং কলাকারশিংগী মফমদা

# হাওবম তোম্বগী মৈতৈ চনু দা মীৎয়েং অমা

হাওবম তোম্বা (১৯০৮-১৯৭৬) মণিপুরগী ফোল্ক ড্রামা হায়না খঙনবা লীলাগী খুৎই অশিদা অরিবা লোলশিং শিজিন্নদুনা ইবা লময়ানবা প্লেরাইট অমনি। মরম অদুনা হাওবম তোম্ববু ফোল্ক লীলা ইবা হায়না খঙনৈ। মহাক্না লীলা ১৩ মুক ইরম্মী। মশিগী মনুংদা ফোঙলবা ফোল্ক লীলাগী লাইরিকশিং খরদি, নুরা শাম্বুলেম্বী (১৯৬২), তাম্না (১৯৬৪), পিদোন্নু (১৯৬৪), থায়নগী লৈরাং (১৯৬৫), শাযোন শাফবা (১৯৬৫), শজিক থবা (১৯৬৭) অমসুং থাজ-থবা (১৯৬৭) অসিনচিংবনি। অদুগা মহাক্কী ফোঙদ্রিবা লীলাশিংদি, মৈতৈ চনু, পাম্বোইবী, খম্বা থোইবী, লৈহাপ লূপ, লিম্বোইগুম্বী অসিনচিংবনি।

ওজা হাওবম তোম্বগী 'মৈতৈ চনু' অসি ফোঙলবা লীলাশিং অসিগা য়েংনবদা, লীলা অসি অঙনবা ইরম্বনি। 'মৈতৈ চনু' লীলা অসি ১৯৪৯ দা রুপমহল ঠিয়েটরনা মৈত্রম বীরনা ডিরেক্সন তৌদুনা শান্নখিবনি। ওজানা ফোল্ক লীলাদা খুৎ থাদ্রিদৈঙদা হিষ্টরিকেল প্লেদনা হেন্না থৱাই য়াওবা ওজাগী অঙনবা মতমদা উবা ফঙঙী। ওজানা অঙনবা মতমদা ইতিহাসতা থোকখিবা ৱারী অমবু লীলা ওইনা শেমগৎতুনা রি-ইন্টরপ্রিট তৌনবা হোৎনবা এটেম্প অমদি লৈখি হায়বসি ওজাবু খঙনবা হোৎনবদা য়াম্না মরু ওই। মসি পঞ্জরিবগী মরম অমদি ওজা হাওবম তোম্বগী লীলাশিংগী খন্ন নৈনবা খুদিঙদা মহাক্কী ফোল্ক লীলাখক্তগী ওইনা ঙসি ফাওবা চৎথনদুনা লাকলি। মণিপুরগী খং-হৈরবা কয়না ওজাগী ফোল্ক লীলাগী মতাংদা অইবা কয়াসু পুথোক্লদুনা, অমদি ওজাগী ফোল্ক লীলা ঙাক্তগী ফেষ্টিবেল ফাওবা পাঙথোকখ্রে। অদুবু ওজা হাওবম তোম্বনা মণিপুরী ঠিয়েটরদা তৌরম্বা খুদোলদাহেক হেক কাওথোক্তুনা ৱেষ্টবিনদা লংথোক্তুনা থম্বীরম্বা অমদি মহাক্কী হিষ্টরিকেল প্লেগী খুৎই খুৎথা অশিনি।

ঐখোয়না ওজা হাওবম তোম্বা মশক মুন্না খঙনবা থিগে হায়রবদি মহাক্কী লিক্লা থনম্বা হিষ্টরিকেল প্লে 'মৈতৈ চনু' সুংকান কানবা য়ারোই। প্লে অসি

য়াওদনা হাওবম তোম্বগী প্লেশিং নৈনবা অমসুং প্লেরাইট অসে কনানো, কয়া য়াম্না মীৎয়েং শানবা, মতমদুগী পোলিটিকেল ক্লাইমেটতা কয়া য়াম্না মীৎয়েং থৌবা, লমদমসিগী মীওইশিংগী লমচৎ অমদি ৱাখল, লৈপাক নুংশিবগী মায়গৈ খুদিংমক্তা কায়থরকলিবা শক্তমশিং উরগা কপচরিবা মহাক্কী নুংগী থমোই অদু খঙবা ঙমলোই।

'মৈতৈ চনু' প্লে অসি ১৯৪৯ গী মতমগী প্লে ওইবনা অমদি ইতিহাসকী থৌদোক্কী লীলা অমসু ওইবা, মণিপুরবু অৱাগী মখাদা চহি ৭ খুন্তাকখিবগী মতমসু ওইবনা প্লে অসি য়াম্না মরু ওইবা ৱাহঙ্বোক কয়া লোৎশিনলিবা প্লে অমনি। ইতিহাসকী মিৎয়েংদা লীলাগী মতাং অসি ইনিংথৌ মার্জিৎনা বর্মাদা চৎতুনা বর্মাগী নিংথৌ বদাও-পায়া (১৭৭৯-১৮১৯) গী মফমদা মণিপুরগী সিংহাসন পায়ননবা মতেং নিখি। মসিগা লোয়ননা মার্জিৎনা বর্মিজ আর্মিগা লোয়ননা মণিপুরদা ১৮১৩ দা লান্দাদুনা চৌরজিৎ অমসুং গমভীর সিংহ কাছারদা চেনখ্রে। মার্জিৎনা নিংথৌ ওইরে। চহি তরুকমুক নিংথৌ ওইরবা মতুংদা ১৮১৯ দা বর্মাদা বদাও-পায়ানা লৈখিদ্রবা মতুংদা বাগীদাও (১৮১৯-১৮৩৭) না নিংথৌ ওইবা মতমদা মার্জিৎকী মথক্তা লান্দারকখি। মার্জিৎ ১৮১৯ চহিসিমক্তদা কাছারদা চেনখি। অদুনা ১৮১৯-১৮২৬ অসি মণিপুরগী ইতিহাসকী খ্বাইদগী লাইবকথিবা চহি তরেৎ খুন্তাকপা হায়না নিংশিংদুনা লৈরি।

হায়রিবা মথক্কী হিষ্টকিকেল ফেক্ট অসিদা বেজ তৌদুনা শেম্বা 'মৈতৈ চনু' প্লে অসিদা অহানবা তংখাইদা সিন মঙা অনিশুবা তংখাইদা সিন মঙা পুন্না সিন তরা শান্নবা অশাঙবা লীলা অমনি। লীলা অসিদা চঙলিবা কেরেক্তরশিংদি, মার্জিৎ (মৈতৈ নিংথৌ), তোঞ্জাউ (মৈতৈ ইনাকখুনবা), থোইরেন (তোঞ্জাউগী মচা), থম্বৌসা (মৈতৈ লাল্লোয় হঞ্জবা), লিম্বোইঙম্বা (মৈতৈ অমা), লীক্লাইখোম্বা (লীম্বোইঙম্বগী মচা), চীঙলেম্বা (মৈতৈ পাখঙ), লুখোই (তোঞ্জাউগী মনাই), ইয়েং (অৱা নিংথৌ), থম্বালস্না (থম্বৌস্নাগী মচানুপী), কেতুকী (থম্বালস্নাগী মতা) অতৈ অতৈ খর অসিনি। মসিগী কেরেক্তরশিং অসিদা মৈতৈ লৈবাক অমসুং অৱা লৈবাক্কী হিষ্টরিকেল ফিগর অসি ইনিংথৌ মার্জিৎ অসিমদি তশেং তশেংলে। অদুগা অতৈদি প্লেরাইটনা নিঙ তম্বা লৌরি। অদুনা প্লে অসি ওজানা হিষ্টরিকেল ফেক্ট অমসুং ড্রামাটিক ফিক্সন অনি অসি শিজিন্নদুনা শেম্বনি। মুন্না য়েংলগা হিষ্টরিকেল প্লে অমবু অইবনা মেতাফর ওইনা শিজিন্নদুনা করি হায়নিংলিবা হায়বদু

খঙলকপা মীকুপ্তনি প্লে অসিগী মগুণ প্লে খুৎশেমদা ঙক্লক্কদবা। প্লে অসি তোঙান তোঙানবা হিষ্টেরিয়ান অমগী মায়গৈদগী, লিঙ্গুইষ্ট অমগী মায়গৈদগী লোইননা কন্টেম্পররি থিঙ্কর অমগী মায়গৈদগী ঈরোঙ কয়া থোক্লা য়েংবা নৈনবা মতমদা হাওবম তোম্ববু মোডর্ন পোইন্ট ওফ ভিয়ুদগী য়েংলোইদৌবগী মরম লৈতে।

ওজা হাওবম তোম্বনা ঐখোয়গী ইতিহাসপু মেতাফর ওইনা শিজিন্নদুনা মহাক্লা হিংলুবা খুনাই অদুগীদমক য়াম্না ইন্টরেষ্ট তৌখিবনি। অদুনা ওজনা করম্বা তাংকক্তা করম্বা পোলিটিকেল ক্লাইমেট অমদা খুৎ থারম্বগে হায়বদুদি শক ১৯৪৯ অসি হঙ্গৎনা য়েংবদা মণিপুরগী য়াম্না লাইবক থীখ্রবা শক্তমশিং চোংথোক্লককই। ১৯৪৯ অসিৱাইশি মণিপুর ভারত্তা তিল্লমদাইগী অমদি চহিসিগী ওক্তোবর ১৫ দদি ভারত্তা তিনখিবনি। চহিসিদা মণিপুরগী লেজিসলেটিভ এসেমব্লী মুথৎলে অমসুং মন্ত্রি-মন্দল উথাইখ্রে। ৱায়েল শক্তি মণিপুরীশিংগী খুৎতগী লৌথোকখ্রে। মশাগী অশেংবা খুনাই, রাজনিতিগী অহোংবা মশক চেকশিল্লুদবা খুরক্কী ঈনা লাইশাবা, ৱা ঙাঙবদা বাঙ্গালি, সংস্কৃট থেৎলগা অখং অহৈ শাবা, অচাওরম কাবা, চয়েৎনরবা মণিপুরগী লৈবাক লৈহাও অমা ওহ্নোক্লুনা চমম্লবা ইতিহাসকী তাংকক অমদা খোঙ থাংজিনখি। অসিগুম্বা ময়াম অসিনা ওজা হাওবম তোম্বনা মচিন চৎতবা, অনিঙবা কাঙথোকপদা খৌরি চরমদা থৌরি থুরবা মীশক ওইনা অৱাগী খুৎতা মীনাই য়োহ্লিং চনখ্রবা 'মৈতৈ চনু' কৌবা মণিপুরগী লীলা অমা ইখিবনি। মরম অদুনা ওজানা মরৈবাকপু নুংশিবগী, মীচম্না মরৈবাক নিঙবগী নুংশিরবা লূরবা ঈচেল অমা মৈতৈ চনুদা ফাওনা লেংদুনা থনম্মী।

মৈতৈ চনুদি মীচম্না অশেংবা হেরো ওইবা অঙম অথৌ শেল, শক্তি, ফমজাও পায়বনা লৈবাক মাঙনবা, মীখা পোন্নবা শিনবা খুজিল থৌরাং কয়া থেংনগনি। প্লে অসিদা নিংথৌনা শক্তি পিরবা, শেঙ্গাও পায়বা তোঙ্গাউগী মচা থোইরেন কোনুংগী মহি মচুম থকপা লান মতমদা য়েক্লবা অৱাদা চঙজদুনা মরৈবাক মীখা পোন্নবা অচৌবা ফত্ত থৌরাঙ, তাৎ মপি ওইখি। কোনুংগী থৌজাল মরিক অমত্ত ফংদবা অমদি কৈশুমশঙগী বন্দি কয়া মরৈবাক্কীদমক অৱাগা লান পারকই। লানসিদা মৈতৈ নুপীনা নুপাগী ফিজোল ফাওবা শেৎতুনা শক লোৎলগা লাল থেংনরকই। মৈতৈ নুপীনা মরৈবাক মজাতি কন্নবা আত্মাঘাৎফাও তৌখি। লালসিদা মৈতৈ নুপীনা কয়ামুক থৌবগে হায়বদু ফজনা উৎলি। 'মৈতৈ চনু' হায়বা মিংথোল

অসিমক চপ চারবা মিংথোল অমনি। লীলাসিদা ঐখোয়গী ৱাখলদা অনকনভেস্লেল ওইবা হায়বা য়াবদি, লৈবাক কনবগী অচৌবা লানফম কয়াদা নিংথৌ, নিংথৌ মচা, যুবরাজ, ফমথোন, ফমজাও পায়বশিংনা লানগী হেরো হেক্তা ওইবা মশক অদু প্লে অসিদদি শকখঙবীদ্রবা মীচম্না হেরো ওইনা শেল্লকই। পেত্রোটিজম অমসুং গ্রেট লব অনিনা ফাওলেং লেংলিবা অসিসু তোপ তোপ্পা মীয়াম্না খন্নদবা থিম অমনি।

প্লে অসিগী য়াম্না ফজবা মশক অমনা মীচম হেরোশিংনা শেল অমসুং শক্তি, পৱার গেম, তাৎ-পাৎ হিপোক্রিসি, মীওইবগী শাজৎ নত্তবা অদুগুম্বা ৱার্ল্ড অদুগী মহুৎশিল্লিবা তোঞ্জাউ অমসুং থোইরেনগুম্বা অসিগা মীচম লীক্লাইখোম্বগুম্বগা কনফ্রন্ট তৌনরকপা অসিনি। মসিদা য়াম্না ফজখ্রবা মেতাফোরিক দাইমেন্সন অমদি মতম অমদা লাইরবনা পৎ তৎলম্বা তোঞ্জাউ মীচম অমা ওইরম্বদগী শেল অমসুং শক্তি অমদা ত্রান্নফোর্ম তৌরকপদা মশাগী আইদেন্টি টি মাংথরকপা, মখোয়গী থৌদৌশিং অদুনা হেন্না নিংথৌবু নাকোইনরগা প্লেরাইটনা চাওনা উৎনবা হোৎনরকপা কয়া অসি মোর্ডন কনটেক্সতা য়াম্না মরি লৈনবা অমনি। অদুনা হাওবম তোম্বনা মহাক্কী ড্রামাটিক ক্রিয়েসন্দা ফজনা উৎলিবসি কম্মন ওর্পোচুনিষ্টিক ক্রিয়েসন্দা ফজনা উৎলিবসি কম্মন মেনশিংগী খুৎতা তারকপা মোর্ডন ৱার্ল্ডগী য়াম্না ওর্পোচুনিষ্টিক ইথিক্স অমসুং য়াম্না ট্রেজিক ভিজন অমদা য়েংবা কম্মনমেন হেরো অসি মাহাক্কী পুমনৌ নৌখ্রবা ৱাখলগী মিৎয়েং অমনি। অদুনা প্লে অসিদা অচৌবাকনফ্লিক অসি নিংথৌদি তোঙান্না থমখ্রগা তোঞ্জাউ, তোইরেন অমসুং লিছোইঙম্বা, লীক্লাইখোম্বা অনিগী মরক্তা ওইহল্লি। হায়বদি শক্তিঅমসুং শক্তি য়াওদবগী মরক্তা। মসিগী ড্রামাটাইজেস খুৎতৌ অসি শাথিনা মিৎয়েং শানখ্রবা অইবগী মিৎয়েংনি।

হাওবম তোম্বা অসি য়াম্না কমিটেদ আর্টিষ্ট অমনি। মহাক্না প্লেসিদা হিষ্টরিকেল কেরেক্তর অমসুং মহাক্না শাগৎলিবা কেরেক্তরশিং অসিদা মহাক্কী মতমগী হিংলুবা পুন্সিগী য়াম্না সেন্সিটিব ওইবা ইশুশিং নিংথিনা হাঞ্জিন্নবা হোৎনরকই। মতম অদুগী অইবনা থেংনখিবা খুনাই অদুদা মীচম অমদি মীচমদগী ওনখিবা শেল, শক্তি পায়বা, লাইরিক লৈবা শাবশিংনা লুচিংবা ওইবা কোক ইহাম হাম্বশিংনা লৈবাক্কী মমায় চুমখিবনা ওইখিবা শক্তম উৎনবা প্রোজেক্ট তৌরিবা প্লে অমনি।

অদুগা মৈতৈ চনু প্লে অসি য়াম্না চন্বা সিম্পল ষ্ট্রকচর অমদা য়াম্না ব্রাখল তৌহনবা খুৎশেম অমনি। সিন শেন্বা মতমদা থৌদোক অদু কদাইদনো? করম্বা মতমদনো? সিন অসিদা থোকলিবা কেরেক্তরশিং অসি কনা কনানো? কেরেক্তরশিং অসিনা করি পামলি হায়বনচিংবা মখোয় মখোয়গী এটিট্যুট ফজনা উৎপা ঙম্মী। য়াম্না সিম্ন ষ্ট্রকচরদা সিন অমমম লোইবদা ক্লাইমেটিক পোইন্ট অমমম থনম্মী। প্লে অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা ফোক্ককী রিদম অমদা ট্রেদিস্নেল ড্রামাটিক দিভাইস সিজিন্নদুনা প্রোসিনিয়ম অমসুং ইন্দিজেনস ট্রেদিস্নেল ফোক্ক পার্ফোমেন্স অনিগী অপুনবা মহাও ফংহল্লিবা খুৎশেম অমনি।

হৌজিক ব্রারোইশিন্দা লাকচনিংলিবদি, ওজা তোম্বগী 'মৈতৈ চনু' দা মীচমগী খমথেংনা ব্রাবা, নুংশি নুংওলগী খমথেংনা কৎথোক্লবা, লৈপাক নুংশিবা, পেট্রোটিজমগী খম থেংবা কয়াদা ট্রেজিক ভিজন অমা ওজানা মচল অসি সুংথা থানদনা শেল্লম্বা কয়া অসি গ্রীক নৎত্রগা সেক্সপিয়ারগী পেরেলেল ওইবা ট্রেজিক ভিজন্দা কনাগুম্বনা খনবসু য়াই। অদুবু ওজাগী ড্রামাটর্জিদা ইন্দিজেনস ফোক্ক রিদম অমদা শেল্লম্বা অসিনা মসি ওজাগী তোপতোপ্পা অনৌবা খুৎশেম অমনি। মসসিগী খুৎই মওং অসি ওজাগী মতুংদা লাকপা লেট ফিফটিজগী ইণ্ডিয়াগী মোডর্নিষ্টি প্লেরাইনি হায়না কৌনরিবশিংগী খুৎইদা মান্নবা মচি খরদি য়াওরে। খুদম ওইনা হায়রিবা প্লেরাইটশিং অসিনা ইতিহাসকী থৌদোকশিং ওইরো নৎত্রগা অরিবা ফোর্মশিং ওইরো হেক্তা রিইন্টরপ্রিট তৌনবা হোৎনবা খুৎই অসি পেরেলিনিজমগী মনুংদা লৈ। মরম অদুনা কন্টেম্পররি মণিপুরী ঠিয়িটরদা মোডর্ন প্লেরাইটিংগী ইষ্টর্ন হোরাইজন্দা শাখখ তম্লকখিবা অসি ওজা হাওবম তোম্বগী 'মৈতৈ চনু' অসি ওইগনি হায়না চেৎনা থাজে। মসি মণিপুরগী ঠিয়েটরদা অচৌবা ড্রামাটিষ্ট অমবু হন্না খোঙ্গুল লীরুবদা অনৌবা ফংলকপা অঙকপা অমনি।

**বুধ চিংথাম**

হাওবম মরক, চিংথাম লৈকাই।

# অফোঙবগী মায়কৈদগী

মণিপুরগী শক্লাইরবা লীলা ইবা ঐগীদি পাবুং হাওবম তোম্বা সাহিত্য ভূষণ না ইরম্বা ড্রামা ১৩ মুক্কী মনুংদা দ্রামা ৭ তি ফোঙদোকপা ঙমখ্রে। **খোংজোমনুবী** ড্রামা অমদি ইবা লোইশিলমদনা থনম্মী। অদুবু মদু মফম খঙদনা মাঙখ্রে। লেমহৌরিবা লীলাশিং অসি ফোঙদোক্লুবা অইবা অসিবু নুংশিবিবা অমদি মণিপুরী থিয়েটর অমসুং সাহিত্যগীদমক থৱায় য়াওনা চেনবিরিবা কয়ানসু তাকপিরকই। মহাক্কী অপুনবা পোৎথোক অদু লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্লবদি নৈনবদসু মপূং ফাবা হেনগনি হায়না তাকপি। য়াম্না চুম্বা ৱাফম্নি। 'ভর্স প্লে' ইবা অমা ওইনা তাঙনা নাইতোম লৈরিবা অইবা অসিগী লীলা লোইনমক ফোঙদোকপা হায়বসি ঐখোয়গীসু অপাম্বনি। অদুবু খূদোংচাদবা কয়া লৈবনা, অমুক্তদা পূল্লপ ফোঙদোকপা ঙমদ্রবসু থেংখাঙ নাইনা ফোঙদোক্লুবা খঞ্জরি। হন্দক অইবা অসিগী ১০০ শুবা মপোক কুমওন হাওবম তোম্বা বার্থ সেন্তিনরী সেলেব্রেসন কমিতি, মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন্না শীন্দুনা পাক চাউনা পাঙথোক্লি। সংস্থান কয়ানসু খূৎশম্নদুনা সেমিনার, সিম্পোজিয়ম, নৈনবা, অইবা অসিনা ইরম্বা ড্রামাগী ফেস্তিবেল নচিংবা কয়া মণিপুরদতা নত্তনা মণিপুরগী ৱাংমদা মণিপুরীশিংনা খুন্দাবা মফম আসামগী হাইলাকান্দিদফাও পাঙথোকখ্রে। চহী অমা চূপ্না চৎথরক্লিবা মপোক কুমওন অসিগী লোইশিনবা থৌরম আগষ্টকী তাং ৩০, ২০০৯ ইংদা এম.দি.ইউ. হোলদা পাঙথোক্কদৌরিবা অসিদা লাইরিক অসি ফোঙদোক্লসি হায়না খনজদুনা নুমিৎ অসিদা লাইরিক অসি ফোঙদোকচরি।

লাইরিক অসি ফোঙদোক্লুবা হোৎনবদা চিল্লবা মতম কয়া কায়থোকপিদুনা মতেং পাংবিখিবা, প্রুফ লৌবিখিবা রাজকুমার মেঘচন্দ্র, দা. অথোকপম খোলচন্দ্র, লাইরিক অসিগী মরমদা ৱাহৈ খরা ফোঙদোকপিখিবা বুধ চিংথাম, ৱাহৌদোক ইবিখিবা দা. লমাবম গোজেন্দ্রবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি। লোয়ননা অথুবা মতমদা লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা থৌদাং লৌবিখিবা লময়ানবা প্রিন্টসকী

ইচিন ইনাও খূদিংমকপুসু থাগৎচরি। লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মতেং পাংবিখিবা পূম্নমকপু হন্না হন্না থাগৎচরি। হৌজিক লাইরিক অসি মীয়ামগী খূৎতা শিন্নজরি।


**হাওবম ইমোতোম্বী সিংহ**

অফোঙবা

য়াইস্কুল, চীংঙাখম লৈরক, ইম্ফাল


ইম্ফাল

তাং ২০।০৮।২০০৯

# ৱাহৌদোক

মণিপুরগী শক্লাইরবা লীলা ইবা হাওবম তোম্বা মণিপুরী থিয়েটর অমসুং সাহিত্যগী ইতিহাসতা মফম চাউনা কন্দুনা লৈরিবা অইবা অমনি। ২০ শুবা শতাব্দীগী অঙনবা মতমদা মমারোলগী সাহিত্যবু নুংশিবগী ঈহৌ কন্না লৈরকপা মতম অদুদা চোঙথোরকখিবা লময়ানবা অইবশিং অদুগী মতুংদা লাকখিবা মশাগী শক্তম, কলচর, ত্রেদিসনদা ঙাওজবা, কনবা পামজবা, তাবুনুংদা লৈখ্রবা ৱারী কয়াবু চিংথোক্কুনা উৎপা, লীবা পামজখিবা 'ফোক ড্রামা' হায়না খঙনরিবা লীলা মখল অসিগী অইবশিংগী মনুংদা মাঙজিল থানা চোঙথোরকখিবা শক্লাইরবা অইবা অমনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী লীলা ড্রামা, জগোই ঈশৈ, কলা-সংস্কৃতি য়াম্না পামজরকখি। মমারোল অমসুং মমারোলগী সাহিত্যবুসু য়াম্না নুংশিজখি। ইবা খোৎপসু পামজখি। ইবা পামজরুবনা শৈরেং ৱারেং, ঈশৈ ড্রামা কয়া ইখি। ড্রামানা খ্বাইদগী পামজবা হায়বদু ওইখি। অঙাং ওইরিঙৈদা লীলা ড্রামা কয়া য়েংলুরগা মমান্নবা মরূপ মপাং হৌদুনা মানা লুচিংলগা শঙ্গোয়দা, শুমাংদা লীলা শান্নশি হায়দুনা শান্নখি। অহল লমনশিংনা লীবিবা থায়নগী ৱারী, ফুঙ্গা ৱারীনচিংবনা মঙোন্দা ঙাওহনখি। মদুবু ইনিংবগী ৱাখল কন্না পোকহনখি। অদুনা তাবুনুংদা লৈখ্রবা থায়নগী ৱারী, ফোক, লিজণ্ড, কংলৈরোলগী ৱারীশিং কন্না থিজিনখি। ৱারীশিং অদুদা য়ুম্ফম ওইরগা ড্রামা ১৩ ইরমই। খৃ: কুম ১৯৪০ গী মতম অসিদনি মহাক্কী ড্রামাশিংনা শাফোঙলকপা হৌখিবা। খৃ: কুম ১৯৪৯ ইং দা ইহান হানবা ওইনা রূপমহল থিয়েটরনা মহাক্কী ড্রামা **মৈতৈ চনু** মৈত্রম বীরনা দিরেক্সন তৌদুনা শান্নখি। মসিগী মতুংদা মহাক্কী ড্রামা **নুরা শাহুলেম্বী** নচিংবসু সংস্থান অসিনা শান্নখি। খৃ: কুম ১৯৫১ দনা এরিয়ান থিয়েটরদা ময়াংলম্বম বীরমঙ্গলনা দিরেক্সন তৌদুনা মহাক্কী ড্রামা **পিদোন্নু** শান্নখি অমদি চহী অসিমক্তদা লীলা অসি সোরোখাইবম ললিতনা দিরেক্সন তৌদুনা মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়ন (এম.দি.য়ু.) না শান্নখি। **পিদোন্নু** খক্তা নত্তনা এরিয়ান থিয়েটরনা অইবা অসিগী **থাজ-থবা** সু

শান্নখি। মসিগী মতুংদদি খুঙ্গংগী য়াওনা অতৈ ড্রামাগী সংস্থান কয়ানসু মহাক্কী ড্রামা কয়া শান্নখি। মীয়াম্না য়াম্না পাম্নখি। লোয়নননা খৃ: কুম ১৯৬০ গী মতমদগী হৌনা ফম্পাক্তদা নত্তনা কোংবা, হুঙোই চুরা লৈকাইদা লৈবা তখেল্লম্বম নবকুমার (পিদোন্নুগী 'ওকচিল্লাকপা শাবা' হায়রগা খঙনবা) গী কাংবুনসু শুমাং লীলা ওইনা মাগী লীলা কয়া মায় পাক্লা কয়ারক হন্না মশিং নাইদনা শান্নখি।

মহাক্না লীলা তরাহুমদোইমুক ইরম্মী। লাইরিক ওইনা ফোঙখ্রবশিংদি - **নুরা শাহুলেম্বী** (১৯৬২), **তাম্না** (১৯৬৪), **পিদোন্নু** (১৯৬৪), **থায়নগী লৈরাং** (১৯৬৫), **শাইয়োন শাফবা** (১৯৬৫), **শজিক থবা** (১৯৬৭), **থাজ থবা** (১৯৬৭) অমদি হন্দক চহী অসিদা ফোঙগদৌরিবা **মৈতৈ চনু** (২০০৯) অসনি। ফোঙদ্রিবা ড্রামাশিংনা - **পাম্বোইবী, খম্ব-থোইবী, মৈহাপ লুপ, লিম্বোইঙম্বী** অসিনি। **খোংজোমনুবী** কৌবা লীলা অমসু ইরম্মী। লোইদি লোইশন্নমদে হায় অদুবু মসিগী স্কৃপ্ত অসিমদি থিবা খঙদনা লৈশ্রে, মাঙখ্রে। মদু পিদোন্নুগী মমাঙগী ৱারী পিদোন্নুগী মমা খোংজোমনুবী অমদি চোথে নিংথৌ অনীগী নুংশিনবা অমসুং কায়নবগী ৱারীনি। **থায়নগী** লৈরাং না **পিদোন্নু** গী মখানি। অহুম অসি শুনা লৈরন্নবদি মণিপুরগী অঙনবা মতমগী 'ত্রিলোজি' অমা ওইদুনা মহাক্না মণিপুরী থিয়েটর অমসুং সাহিত্যদা অহানবা ত্রিলোজিগী অইবা অমা ওইরম্বা য়াবনি। লাইবক থিবদগী মদু ওইখিদ্রে। অদুমকপু মহাক্না মসিগীদমক হোৎনরমই হায়বসিদি শোয়দ্রে হায়না লৌবা য়াই।

অসিগুম্বা মমালৈপাক অমসুং মমালোনবু নুংশিজবা, নেতিভ কলচরদা শাওজবা, **শক্লাইরবা** অইবা অসিগী **মৈতৈ চনু** হায়রিবা লীলা অসি মণিপুরগী য়াম্না মরু ওইবা ইতিহাসকী তাঙ্কক অমা ওইরিবা মৈতৈ নিংথৌ মচাশিংনা খুভম মুন্নরিঙৈ, মপাঙ্গল শোম্বুরকপা, মৈদিংঙু মার্জিৎনা পানবা মতম (১৮১৩-১৮১৯) দা অৱানা লান্দরক্লগা খুদুম চনখিদুনা, মখোয়গী মীওৎ মীনৈ মখাদা লৈখিবা 'চহী তরেৎ খুন্তাকপা' হায়না খঙনরিবা থৌদোক অদুদা যুম্ফম ওইবা লীলা অমনি। মহাক্না ইখিবা অদুগা শান্নবা মতম অসিসু ব্রিটিশকী মখুৎতা মীখা পোনবা, নিংতম্বা ফংবা অমদি ভারত্তা অমুক পুনবগী য়াম্না চরাংনরবা ইতিহাসকী য়াম্না মরুওইবা তাঙ্কক অমনি। অইবগী ৱাখলদা মসিগী মমি শোয়দনা তারমগনি। লীলা অসি ইতিহাসকী চরিত্র, থৌদোক খরা য়াওরবসু অয়াম্বনদি মহাক্কী কল্পনাগী চরিত্র, থৌদোক ৱাথোক, ৱারীগী পরীং অমা শেমগৎ শাগৎপা, নুংশিবা অমদি মরৈবাক নিংবগী ৱাখল্লোন, মৈতৈ নুপীগী থোইদোকপা মতীক-মগুণ মথৌনা উৎপনা মপুং ওইবা লীলা অমনি।

শন্নপ্পা ৱারীদি ঃ মার্জিৎ নিংথৌনা পানবা মতমদা নিংথৌ খনবা চিরোল হৈবা তোঞ্জাউ ইনাকখুনবগী মচা থোইরেননা মৈতৈ লালোইহঞ্জবা থম্মৌমন্নাগী মচানুপী থম্বালমন্নাবু পাম্মী। অমদি নমজা নমথেক্লনা লৌনবা তেমশিংনরকই। থোইরেন্না থম্বালমন্নাবু চিংদুনা পুরকপদা লিছোইঙম্বগী মচানুপা লীক্লাইখোম্বনা থেংনদুনা কনখি। মদুদগী লীক্লাইখোম্বা অমসুং থম্বালমন্না নুংশি ঈপাক্তা চক্তামিন্নখি। ৱাহৌসিদগী থোইরেলগী মপা তোঞ্জাউগা লীক্লাইখোম্বগী মপা লিছোইঙম্বগা নিংঙাই শংদানখি। তোঞ্জাউনা নিংথৌদা অশেমবা ৱারীনা থাজহন্দুনা লিছোইঙম্বা মপা মচাবু চৈরাক পীনবা ৱাকৎখি। নিংথৌ মার্জিৎনা মতম অমগী ৱারী থৌদৌ - লিছোইঙম্বগী মপানা মহাক্কী মায়োক্তা লেপ্তুনা ফম্বাল মুন্নরিবা ময়াম্বুং চৌরজিৎকী মীচং চংখি হায়বা মলোম অদুনা মরম ওইদুনা লিছোইঙম্ববু মৈত্রবাক্তগী তাছোকখি। লীক্লাইখোম্ববুসু ফাহন্দুনা ফুহনখি। ফৎতবগী মপা লৈত্রবা তোঞ্জাউ লীক্লাইখোম্বনা থাংনো থিন্দুনা হাৎখি, লমন খুমখি। মদুগীদমক লীক্লাইখোম্ববু ফাদুনা কৈশুমশঙদা থমখি। অদুগা অমরোমদনা মপা লিছোইঙম্ববু অৱা নিংথৌ ইয়েংনা মৈতৈ অঙম্বশিংগী মখুত্তগী মথ্বায় কনখি। মমাঙগী মতমদা অৱাগী ইয়েংনা নিংথৌ ওইদ্রিঙৈ মতমদা চৌরজিৎ মার্জিৎ অনীগী ফম্বাল লান্দা মায়থিরবা মার্জিৎনা ইয়েংগী মতেং লৌদুনা লান ঙমখি। নিংথৌ খুভম ফঙখি। মার্জিৎনা ইয়েংনা ময়াম্বগী মথক্তা লান্দাদুনা নিংথৌ খুভম মুন্নবা হোৎনবদসু মতেং পাঙগনি লোয়নননা মনাও শক্লা লোয়নরিবা থম্মৌমন্নাগী শক্ত-চুদা ৱাক্ত্রবী মচানুপী থম্বালমন্নাবুসু পীগনি হায়খি। অদুবু পুম্নমক অদু মার্জিৎনা লোইনা কাওখিদুনা লৈখিবদা নত্তনা মহাক্লা ময়াম্বগী মথক্তা হৌবা ফম্বাল লানগী মতেং পীনবা হায়বদা তুমিন লৈশিনখিদুনা পাউখুম অমত্তা পীরকখিদবগী লমন খুম্বা ওইনা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দানবগী শেম শাবা লোইখ্রে। লোয়নননা মহাক্লা মথ্বায় কনবিরকখিবা লিছোইঙম্ববু চনিংখোম্বা হায়না মিংথোন্দুনা কবো ওলহনখি, লান চংবা যাওহনখি। অসুম্না মৈতৈগা অৱাগা লান কন্না থেংনখি। অদুবু অৱানা লাকশিল্লকখি। তমথিনা ওৎ-নৈরকখি। মৈতৈ লৈপাক খুত্তাক লানশিখি। অসিগুম্বা মতম অসিদা থৌনা ফনা লাছেংনরকখিবশিংগী মনুংদা লীক্লাইখোম্বা অমসুং মতাও চীংলেম্বা অমদি থম্বালমন্না অমসুং মতা কেতুকীসু য়াওখি। চীংলেম্বা অমসুং কেতুকী মায়োক্লবা লানফমদা থৱায় থাখি। লানফম অসিদা লীক্লাইখোম্বগা মশক মমিং ওনখ্রবা মপা লিছোইঙম্বগসু লাছেংনখি। ৱাশক ঙাক্লবগীদমক মপানা মশক লোৎখি, হায়দোকখিদে। লীক্লাইখোম্বনা মপা হাৎখি।

হাৎলবা মতুংদা খঙলকখি, নীংঙমখিদে। ইয়েং নিংথৌনা মিতারবী থম্বালম্নানা মরৈবাকচা কয়াবু কন্নবগীদমক ইয়েং নিংথৌদা লৈগে হায়জিন্নখি। পাউ অদু তাবদগী মশাবী লীক্লাইখোম্বনা লান্না খনখ্রবদা থম্বালম্না মথন্তা থাংনা থিন্দুনা শিজখি। থোইরেন্না লুমদুনা কাপ্লকপা তেন্না পান্দুনা লীক্লাইখোম্বসু শীখি। অদুবু শিদ্রিঙৈদা মশাদা পানবা তেঞ্জে অদু শৎতোক্কুনা থোইরেনবু থিন্দুনা হাৎখি, লমন খুমখি। অসুম্না অৱা পোলোই ওইনা লীলা অসি লোইশিল্লি।

তাঙ্কক অনি থোক্লা খায়দোকপা, পুন্না সিন তরা য়াওবা লীলা অসিদা মপূং ওইনা নুংশিবগী লেংদ্রবা ফজবা শক্তম, নুংশিবগী অমদি মরৈবাক্কীদমক কৎথোকপা থাদোকপা ঙম্বগী ফিদম্নীংঙাই ওইবা মশক অদু ময়েক শেংনা উৎলি। থোইদোক্লা মৈতৈ নুপীগী ৱাশক চেৎপা, মতিক মগুণ, মথৌনা, মরৈবাকপু নুংশিবা অদু ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা উৎপগা লোয়ননা শক্তি মুন্নবগী লাল, লাননা ওইহল্লিবা অৱা-অনা, অমাং-অতা কয়া অদুবুসু উৎতুনা লানগী মায়োক্তা ৱাকৎপা, মীওইবা জাতি মশেল পুন্না নুংশিননা শান্তি ওইনা হিংমিন্নবগী পাউজেল অদুসু য়াওরি। মহাক্কী অতৈ লীলাদা য়াওবগুম মীওইবগী তম্বা ঙমদ্রবা মরাইবক, নোংদম্বগী নোংদমখোল, ফাতালিজম, ত্রেজিদিগী মশক অমদি লমন খুম্নবদগী ওইরকপা অৱাবা, অশি-অনা, রিভেঞ্জ ত্রেজিদিগী মচৎ অদুসু উবা ফংই। লীলা অসিগী কনফ্লিক্ট অফবগা ফৎতবগা মুক্রবদগী শাগৎখিবা ওইরবসু শক্তি মুন্নবগী লানদা মীচম প্রজাশিংনা থেংনরিবা অৱাবা অদু উৎতুনা ঐখোয়দা চৈনা অমা পীরি। লোয়ননা মরৈবাক্কীদমক্তা থৱায় কৎথোকখ্রবা অথৌবা অথৌবীশিং অদুগী থৌনা ফবা লাছেংশিং অদুনা ঐখোয়দা ইমা ৈবাকপু নুংশিবগী ৱাখল্লোন ফাওহল্লি। লোয়ননা শক্তি পাম্বা মশাগীতা খনবা মীওইশিং কয়ানা মথোং মরম খঙহন্দ্রবা, তংদু লৈতাহন্দ্রবা শক্তম অদুনা ঐখোয়গী হৌজিক্কী তংদু লৈতাদ্রবা মতমসিগী পন্সিবস নীংশিঙহল্লি।

লৌখৎলিবা হিরমদা মহাক্কী অতৈ লীলাদগী লীলা অসিনা খরা খেন্নরবসু, অরি অনৌ য়ান্নবা, প্রমান পাছে কয়া য়াওবা মৈতৈলোন ঙাক্তগী ওইবা লোনগী ফজবা মশক, সুর ছন্দ নাইনা খোঙফম (অক্ষর) তরেৎকী ওইবা শৈরেংগী মওংদা অনুপ্রাস, অলঙ্কারনচিংবা কয়া হাপ্তুনা ইবা শৈরেং লীলা (ভর্স প্লে) গী মখল ওইবা মহাক্কী তোপ তোপ্পা খুৎইগী মশক অদুদি লীলা অসিদসু অদুম লেংদনা লৈরি মসিগী মথক্তা থৌদোক ৱাথোক্কী পরিং শেমগৎ শাগৎপা অমদি লমচৎ

য়েকপদসু হৈ শিংবা মহাক্কী থোইদোকপা মগুণ অদু লীলা অসিদসু অদুম উবা ফংই। লীলা অসিগী অতোপ্পা মগুণ অমনা মৈতৈ নুপীশিংগী মতীক মগুণ, মথৌনাবু ফজনা শীংথাবা ঙম্বা অসিনি। অহানবদা নুংশিবগীদমক, অচুম্বগীদমক কৎথোকপা ঙম্বী, রাশক চেৎপী নুপীগী শক্তম য়েক্লগা অকোনবদা মৈতৈ নুপীনা শাদা লান্দা ফাওবা থৌনা ফনা চোঙথোক্তুনা মরৈবাক্কীদমক, মজাতিগীদমক থৱায় কৎথোকপা ঙম্মী হায়বদু ময়েক শেঙনা উৎলকই। অদুনা লীলা অসিগী মিংথোল 'মৈতৈ চনু' হায়না থোল্লকখিবনি। লীলা অসিগী অরোইবদা থম্বালসম্লানা হায়খিবা ৱা (দাইলোগ) অসি হৌজিকসু খোঙ্খাং য়ৈনা নীন্দুনা লৈবগুম তৌরি -

"অৱাবদা তারবা/ইপা ইপল, ইচিন্নাও/ইমা ইবেল,
ইচেমশিং/ইবুং ইপ্পা পূন্নমক/ঐখোয় পূম্বা ঙসিদি/ইপানসু
লাঙ্গোন্দ্রে/ইমানসু নাউয়োক্ত্রে/ইমা ইপা লৈত্রবা/মচা ওইরে
ঐখোয়দি/কপসি-নুংশিথোইরবী/খোয়রী লীনশাং তাহৌবী/
মৈতৈ লৈমা কৌদুনা/ইপুম থীৎনা তেংথাসি/মরৈবাক্কীদমক্তা/
থৱায় পোম্থা থাদুনা/মশাগী ঈ কত্তুনা/অরোই য়াহিপ
তানখিবা/ইচীন-ইনাউ ইপা'চা/মখোয় খ্বায়গীদমক্তা/পুন্সি
চুপ্পা কাউনুসি/থাদা চেজেৎ কোল্লিবা/নমদা চেৎনা পোরিবা/
ইদু নিংথৌশিংদুবু/লেম্না মাঙহনগনুসি/হয়েং মখোয় ইখ্বায়না/
চাউর কাংদোল ফারগা/খুম্লকসনু ইমাগী/মতিক চাবা
লম্মনাশিং/..."

মসিনা অইবনা মমা লৈবাকপু কয়াম নুংশিজবগে হায়বদু ময়েক শেংনা তাক্লি। শক্লাইরবা লীলা ইবা হাওবম তোম্বগী মৈতৈ চনু লীলা অসি মরৈবাক নীংবা অমসুং নুংশি-নুংওনগী ৱারী অনীনা ফেনজিন্দুনা শেম্বা তোপতোপ্পা মহাও অমা পীরিবা লীলা অমনি। মরৈবাক্কীদমক্তা থৱায় কথোকখ্রবা 'অথৌবশিংগী নুমিৎ' কী থৌরম পাংথোক্লিবা থা অসিদা লাইরিক অসি ফোঙদোকপা ঙম্বসি নুংঙাইনিংঙাইনি।

আগষ্ট ২৩, ২০০৯

**দা. লমাবম গোজেন্দ্র**
কৈশামথোং, হোদাম লৈরক

## মৈতৈ চনু

### শকুন্তলাংবদা চঙ্বা মী

নীপা

১। মারজিৎ - মৈতৈ নিংথৌ

২। তোঞ্জাউ - মৈতৈ ইনাকখুনবা

৩। থোইরেন - তোঞ্জাউগী মচা

৪। থম্বৌস্না - মৈতৈ লাল্লোইহঞ্জবা

৫। লিম্বোইঙম্বা - মৈতৈ অমা

৬। লীক্লাইখোম্বা - লিম্বোইঙম্বগী মচা

৭। চীংলেম্বা - মৈতৈ পাখঙ্ অমা

৮। লুখোই - তোঞ্জাউগী মনাই

৯। ইয়েং - অৱা নিংথৌ

১০। অৱা লাল্লোইহঞ্জবা, অৱা লাম্মি ময়াম, মৈতৈ নীপা নুপী ময়াম

নুপী

১। থম্বালস্না - থম্বৌস্নাগী মমোম

২। কেতুকী - থম্বালস্নাগী মতা

৩। মৈতৈ নুপী ময়াম

# মৈতৈ-চনু

## অহানবা তংখাই

### ১বা উৎপা

### লাংথবাল

মফম : লম্মাং

মতম : নুমিদাংৱাইরম

(লমজাওদগী খরা চৎলগা লৈবা মফম্নি - চরোৎ হাপূংশিং চোম্লপ চোম্লপ হৌই - ময়ায়দা লৈবা মী লমজাওদগী মীনা উবা ফংদে। লাইরেম্বা মনুংনি - লাইরেম্বা খুরুম্বা চৎপা মীনা হিয়াংথাংগী লমজাওগী চীৎন-ৱায়না চন্দনা চৎনরি, হন্নরক্লি। মী তাল্লক থোকপা মতম্নি - থাপ্তনা নুপী অমা অনীনা "হো · কনা কনা লৈবগে! ঐবু খরা কনাবয়ু, ঐবু খরা কনবিয়ু!" হায়না লাউরকপগী মখোল তারক্লি। "ফাও-ফাও, থৎলুহে!" হায়দুনা নীপা খরনসু লাউরক্লি। নুংশা থবেৎ-থবেৎ হোল্লবী কেতুকী, চরোৎ হৌবা মফম অসী তান্না চেনশিল্লক্লগা মায়কৈ লৈনা য়েংলকই। অকিবা অমদি তুজুংবগা লোয়ননা "হো কনা লৈবগে, ঐবু খরা কনবিয়ু, ঐবু খরা কনবিয়ু" হায়না লাউর-লাউরদুনা অৱাং পাংনা চেনখ্রি - পাখং অমনা "কদায়দনো চেন্দৌবা! লৈরম্মুদো খঙগনি।" হায়দুনা তান্নখ্রি। নাশোন পীক্লা তান্নরক্লিবা চীংলেম্বা, কাঙখৎতুনা য়েংলম্লগা কন্না তান্নখ্রি। থীন্দনা থোইরেন্না থম্বালসম্নাবু মখূৎ ফাদুনা চিংলক্লি-থম্বালসম্না লাউরকই)

থম্বালসম্না : ফানু, ঐবু থাদোকউ
থাদোকউনে মায়থাবা!

থোইরেন : 'সীদা লৈয়ু চীম্বীবী!
(হায়দুনা মফম অসী তান্না কন্না চিংলক্লগা খংথা থাদোকই - থম্বালসম্না মখুৎনা লৈপাক শৌদুনা তুই)

নচীন মেক হেক লাউবদা
অদুম লোইরে খঙুহে!
(লুখোই চেল্লকই)
চৎলু, অসি য়েংলুচো।
(কেতুকীনা চেনখিবা মায়কৈদা লুখোই চৎখি)

থম্বালম্না : করিগীনো নহাক্না
ঐবু মফম অসীদা...

থোইরেল : তুমিন লৈয়ু, ঙাঙফদে!
(কন্না চৈহৎলগা)
নঙগীদমক ঐহাক্না
অসুক কুইবা মতমসে
তৃম্বা চাবা খঙদনা
নুংচাক্লনা খাঙলকই।
নোংময় নুমিৎ অমতা
নঙনা ঐবু নুংশিনা
মীচ্চিনা-ফাও য়েংবিদে।
হায়য়ু তাগে হৌজিকমক
নঙ ঐঙোন্দা লৈরোইদ্রা ?

থম্বালম্না : তুমিন লৈয়ু মায়থাবা
নরৈ অদু ৱারকউ।

থোইরেল : নচীন পংথী থীগনু,
খুম্মু তাগে হৌজিকমক
নঙ ঐঙোন্দা লৈরোইদ্রা ?

থম্বালম্না : অচ্চা! হায়নু হায়রগা!
পামজদবা নঙোন্দা
কৈদৌনবা লৈগনি।

থোইরেল : ইয়া! নঙগুম্বনসু
অদু য়ৌনা হায়রবা!
ফিবম অসী য়ৌরফাও
নঙক কল্লি হান্নগুম।

থম্বালম্না : মীগী অপাম পামদবু
চৎনবরা ফিবম্না।
শক্তাথীবা নঙোন্দা
লৈরোই, সুক্লে-লৈরোই ঐ।

থোইরেল : থম্বাল, মতোয়নরহে,
উশিংতবা শাব্রহে।

থম্বালম্না : লাক্লবগা, নৈরগা
শাথিথোক্লা চৈরগা
ঐগী পূকচেল হোংদুনা
নঙগী ননীং থুংগনি
কৈদৌনুংদা খল্লুনু।

থোইরেল : ওৎপা, নৈবা নত্তেনে
নঙবু ফংজনীংবনা
ফংননবা তানবদা
চোপ্পা, লেম্বা, 'ফ-ফৎতা
কৈসু য়েংদে ঐহাক্লা।
মতমদুগা চানবা
ওইবা য়াবা পাম্ব্রে'মা
ঐনা হেক্তা শীজিন্নে।
ৰারৌব্রনে ইবেম্মা?

থম্বালম্না : মদুমক্লা নহাকপু
ইকায়বা য়েন' থুংদবা
মীচোপ হায়নরিবনি।

থোইরেল : থম্বালসম্না, চেকশিঙ্জৌ
নঙগী মাঙলমদাইগীরা
নহাক মীশক খঙদ্রেকো

থম্বালসম্না : খঙনা খঙনা হায়বনি
ঐহাক চৎকে চখোকউ ।

থোইরেল : করম তৌনা চৎকনি,
ঐনা নঙবু থাদোক্লোই ।
নঙবু ঐনা থাবদি
ঐগী থৱায় থাবনি
মুন্না খঙজৌ অসী'মা ।
হায়যু নহাক য়াদ্রেকো ?

থম্বালসম্না : য়াদ্রে কৈদৌগগে নঙ ?

থোইরেল : খঙনীংবরা, তাজৌহে
ঐগী ওইনা থম্মীংবা
পামজরবা পোত্তুনা
মীগী ওইনা লৈখ্রগা
মিতাদুনা লৈথোকপা
ঙমফম থোক্কে ঐহাক্রা ।

থম্বালসম্না : মদু ঙমফম থোক্ক্র'দি
নঙনা করি তৌগনি ?

থোইরেল : ঐগী মীগী ওইদনা
মহাদা 'দুম মাঙনবা
নথবাক্তা হৈজ্রাংনা
থূম্না থিল্লে হায়রগা
ঐনা নঙবু হাৎকনি ।
হা হা হা হা হা,
ঐনা নঙবু হাৎকনি ।

থম্বালসম্না : তাজৌ ঐসু হায়বিগে
নমিং তাজনীংদগুম

নশক য়েংজনীংদবা
পামদবগী মকাদা
ব্রাইথুংদৌগী মহূৎতা
মচীনতুম্বা হৈজ্রাংনা
ঈমুই ফীরাক খায়দুনা
শিগে হায়না ব্রাশক্লি।

থোইরেল : চাদ-শিন্ন চখোমচাউ,
য়েংদ-শিন্ন মীৎলাউবী,
ওইনরনু কান্নরোই
পানমিন্নসি চঙলকউ।
(মপান্থোম তিংথোক্কুনা হোৎচিল্লকই)

থম্বালম্না : চংখ্রো চংল মায়থাবা!
(হায়দুনা কন্না হল্লী - থোইরেল নীংথেংননা তুই - নাকন্দা য়েপ্লা থাঙ থংশৎ-শৎলগা ফাক ফাক নোক্কুনা হৌগৎলকই)

থোইরেল : নহাক শিবা তারেগো.
(হায়দুনা থাঙ চিঙদুনা শংত্রিক শংনা য়েংলগা তুপ্না তুপ্না চঙশিল্লক্লি)

থম্বালম্না : হো মী হাৎলে, মী হাৎলে।
(হায়দুনা কন্না লাউরগা হাপুং মরুমদা লৈনদুনা খাঙলি - লীক্লাইখোম্বা চেনশিল্লকই - থম্বালম্না চেনবদা খুদি থীদুনা তুখ্রে - থোইরেল থম্বালম্নাগী মখূৎ ফারগা ফাক ফাক নোক্কুনা থাঙ পায়বা মখূৎয়েং থাংগৎলক্লি - লীক্লাইখোম্বা য়ৌরক্লে, থোইরেলগী থাঙ পায়বা মখূৎ ফারগা কন্না লৈথৎতুনা থাঙ মুন্নবা হৌরক্লে - থাঙ নাম্থোক্কুনা লৈপাক্তা তাখ্রে - অনীমক লাম্ফু ফুনবা হৌরক্লে - লীক্লাইনা থোইরেলগী মচুবাদা খূতুম্না ওন্ন ওন্ন থাবদা থোইরেল ঙাওফিং ঙাওফিং তৌনা লেপ্পী - লীক্লাইনা কন্না ইনবদা থোইরেল খুনগী ফৎত-হৌদি হুন্দোকফম কোমদা তাখ্রে - লুখোইনা উরদুনা লাউরকই।)

লুখোই : হায়-হায়! কনানোনেহে!
'খোয় ইবুংঙো থোইথোইবু
লাংখোংদা কোক ইছুবা
লৈরম্মুদো খঙগনি।
(হায়দুনা লুখোই চৈ অমা পায়দুনা পাইশিল্লকই - লীক্লাইদা হাইথৈ লীক্লাইনা চৈ মুল্লগা লুখোইগী ওয় থংবা মচুবাদা খূদুম্না থায়)

লুখোই : অ-অয়ো'মা, ঐ শিরে!
তৎলে ঐগী চেঙশাইফম!
(পৈরবা মচুবা পায়দুনা চৎখি - ঙসাইমখৈ মমীৎ কূপ্তুনা চাদৌগুম লীক্লাইখোম্ববু য়েংলম্বী থম্বালম্না মমীৎ লোইশিন খমজিনবা ঙমহৌদরে - লীক্লাইনা য়েংথোক্লকপা ফাওবা য়েংদুনা লৈরম্লে - খরা লৈরগা ইকায়রমাল্লে মখোঙদা তাইনরক্লে)

থম্বালম্না : অয়ো, অয়ো! নাখ্রেদা!
য়াদ্রে খোঙসে চিংশিনবা,
শিংলি লৈথেকখ্রমাল্লে।
অয়ো ইমা,নারেদা।
(মখূৎ অনীনা মখোঙ য়েৎ পায়দুনা চিংশিল্লী)

লীক্লাইখোম্বা : শোক্লবরা ইবেম্মা?

থম্বালম্না : নীপা ওইবৈ মপূকচেল,
কনমন্নসু কল্লীকো!

লীক্লাইখোম্বা : কৈদৌর'গে তাকপিসি।

থম্বালম্না : পাঙ্গল শোনবী অমনা
মশা অয়ো পান্দুনা
ফ্রৎ ফ্রৎ ওন্না খাঙল-ফাও
য়েংথোক্তুনা লৈথোকপি।

লীক্লাইখোম্বা : ইবেম্মগী তাংদাংবা
খঙজদবমক্লনি।

মপু পানবী ওইর'দি
শোকচবদি হায়রুনু
মীচ্চিনা-ফাও য়েংজদে।

থম্বালম্না : পন্থৌকোন্দা নাইতোম-তা
য়াতারিবী নূরানি।
অয়ো ইমা, চীক্লেদা।
(মখূৎনা মখোঙ নাম্লী)

লীক্লাইখোম্বা : য়াম্না নানা শোক্লবোই!
(পায়গে তৌই)

থম্বালম্না : শোকপিরনু ঙমজরে।
(ফুক হৌগৎলগা পৈথোক্লুনা লৈ)

লীক্লাইখোম্বা : শাউবিগনু ইবেম্মা,
কোয়কক্লবী শন্নাংদো
কোয়খোম্লবী ওইনা হেক
ইমীৎসীনা উরুরে।

থম্বালম্না : মপুঙাইবী মায়থোংদি
শাইনোন-লক্তা মরোচ্চে,
খম্বন চাউবা মালংনা
শন্নাং খোমগৎপিবনি।

লীক্লাইখোম্বা : ব্রাখঙদেদা মালংবা,
পাখঙ ঐগী কাদদি
লোইরঙ-শিঙখোঙ ওইবোইদো।

থম্বালম্না : ব্রাখঙঙিদা মালংবা,
তুংগী হোদ্রোং উবনা
অরোনববু ফোঙদুনা
মপুই মাঙদা মথেনবি।
(চীংলেম্বনা মাঙ থারগা কেতুকীগা লাকমিন্নে)

চীংলেম্বা : ইতাও!
(চঙশিল্লক্লি)

লীক্লাইখোম্বা : ইতাও!

চীংলেম্বা : য়েঙঙো ইতাও, ঐগীদি!
(হন্দোক্লগা তুংদগী কেতুকী উৎলী)

লীক্লাইখোম্বা : নঙগীতরা ঐয়দিনা!
(চখোক্লগা মতুংদগী থম্বালম্লাবু উহল্লী - অনীমক নোকমিন্নে)

কেতুকী : ইতা!

থম্বালম্লা : ইতা!
(অনীমক চেনশিন্নে - নোকমিন্নে)

থম্বালম্লা : করমতৌনা নহাক্তি...

কেতুকী : ফুগাইরগা ময়ামদো
শকখঙদনা শকচুবা
'সীদৈ নহা অসিনা
কনবিরকই ঐহাকপু।

থম্বালম্লা : ঐবুসুনে ইতারোই,
ইবুংনিবু হায়সিরা,
ইপ্পা হায়না কৌগদ্রা
শঞ্জাউ নারেকপসীনা
কনবিহৌই ঐবুসু।

কেতুকী : থেঙখ্রে ইতা, চৎলসি।
(চীংলেম্বদা ওনশিন্দুনা)
আ, থিনবিনি হায়বদাই?

চীংলেম্বা : থিন্দদিনা থিঞ্জনি!
(লীক্লাইখোম্বদা ওনশিন্দুনা)
ইতাও, তাবিরিবরা?

লীক্লাইখোম্বা : (থিল্লুসি হায়দৌবোই নীংদুনা)
য়াজৈ ইতাও, ঐ য়াজৈ।

চীংলেম্বা : লৈবিহৌরো অদুদি
ঐখোয় চচ্চরম্লগে।
ইবেম্মাখোয় চৎলসি।

লীক্লাইখোম্বা : উম-আ-অহোয়।
(হায়না নীংবা কায়না মচুবা খোত্তুনা মায়কৈ অমদা চৎপা হৌরক্লি - চীংলেম্বগা কেতুকীগদি চৎপা হৌখ্রে - থম্বালম্নাদি নীংবা কায়না লীক্লাইখোম্ববু য়েংদুনা লৈরি - কেতুকী ওর্নাশিল্লক্কুনা)

কেতুকী : হৈমা! ইতা কৈদৌরে?
(থম্বালম্না খংপ্রেক খংঙি)
লৈহৌরগে হায়রব্রা?

থম্বালম্না : য়াদরেনে ইবেম্মা,
খোঙসে থাংবা য়াদ্রেনে।
অয়ো ইমা শিদৌরে।
(মখোঙ নাল্লি - লীক্লাই লৈশিল্লক্কুনা)

লীক্লাইখোম্বা : য়ারোই, শিংলী পোগুনা থীনা শোক্লবননি।

কেতুকী : মরী খঙবিরবদি
অনা লাইকন্নবিহৌ,
ঐখোয় চচ্চরম্লগে।

থম্বালম্না : ঙাওশিন-ফৈজিন্ননুনে,
ব্রাখঙদবী নহাকপো।
(মখোঙ পায়দুনা)
অয়ো ইমা, ব্রারেদা!
পাঙ্গন কনবী মীগীদি
থিনবিনঙাই ব্রাত্তেদো।
অয়ো পানবী ঐগীদি

কনা লৈত্রে, - অয়ো'মা!
(মখোঙ পায়দুনা তেকথোক্লুনা খাঙঙি)

কেতুকী : খঙসু খঙমনখিদ্রেমা,
পঙশু ওইনা তৌরদনা!

চীংলেম্বা : কৈদৌবগে ইতাওসু
খরা মথিন...

লীক্লাইখোম্বা : থিঞ্জগে ঐ থিঞ্জগে
(থম্বালম্নাগী মনাক্তা লেপ্লগা)
থিনগে চৎসি ইবেম্মা।

থম্বালম্না : অনেক্লবা ওইর'সু
তঙাইফদ্রবনিনা...
(হায়দুনা য়াম্না ৱানা হৈনীং হৈনীংদনা হৌগৎলকই - মচীনবান পোমথোকশিন্নে - মমীৎ মনা তুথশিন্নে - লীক্লাইখোম্বগী মরেংবান্দা মখূৎনা পায়নীংদনা পায়শিন্নদুনা শেকৌ শেকৌ চৎলকই - মমীত্তি তুথশিন্নরগা মীচ্চিদি লীক্লাইখোম্বদা থল্লি - মরক মরক্তা লীক্লাইখোম্বসু হেক হেক য়েংথোক্লকই - মীৎয়েং হোংদ্রবী থম্বালম্নাগী মীচ্চিগী মীৎয়েংগা লমখাংদা গোঙগোঙ হেক থেংগাইনৈ - ইকায়থীবী থম্বালম্না মমীৎ ফানবদা শিদৌরে - অসুম তৌনা মরিমক চৎমিন্নখি। ঙাইহাক লৈরগা কোমদা তারুবগী মশা পূমচোৎ চোৎলবা থোইরেল, চৈতূপ পায়বা মী মরি মঙাগা চেল্লকই - থম্বালম্নাখোয়না চৎখিবা উরদুনা থোইরেন্না খুদোনবী থিল্লদুনা মহৈ মহৈ পাকথ-পাকথদুনা নাশোন পীক্লা তান্নখি)

# অনীশুবা উৎপা

## লিছোইঙম্বগী যূম

মফম : মাংগোল

মতম : য়াচঙবা

(লিছোইঙম্বা মাংগোন্দা ফক অমদা ফম্লি - কোছোংলোমদগী থম্বৌস্না হরাও হরাও চেনশিল্লকই - কৌরকই)

থম্বৌস্না : ইতাও, ইতাও ইবুংঙো!

লিছোইঙম্বা : এ: ! স্নাখ্যা ইবুংঙো,
'সোমদা লেংশিনবিরকসি)
(হৌগৎলগা ফক থাই)

থম্বৌস্না : ইতাও, করেম্নরিব্রা ?

লিছোইঙম্বা : স্নাখ্যা ইবুংঙো শাউবিনু,
লাঙ্গৈরবনা ননাইনা
সনা খূয়া খাদুদা
ফরাংজিগী ফিদাদি...

থম্বৌস্না : আ: ! নুংঙাইত্রেদা শরিশো!
মীশক মুন্না খঙঙুনে,
ঐহাকসীবু কনানো ?

লীছোইঙম্বা : ননাই ঐহাক খঙজেনে...
নিংথৌরেনগী মনাওনি,
মৈতৈ লৈপাক পূম্বগী
লাম্মি লিশীং তরাগী

লাল্লোইহনবা ওইরিবা
ম্নাখ্যানি খঙজেনে।

থম্বৌম্না : ইয়া, কয়াদনোসে!
পিশক পিক্লিডৈদগী
ফমুং'মদা হীপমিন্ন
চালূক'মদা চামিন্ন
তিন্নরকপা মরূপ্পি
ঙাইহাক নুংঙাইমিন্নসি,
নুংশিনসি লাকপনি।
মীথোঙ য়াম্না চাদ্রে নঙ...
লৈজহৌরো ঐ চৎলে।
(চৎকে তৌই)

লিম্ছোইঙম্বা : মাঙলে ম্নাখ্যা ইবুংঙো,
ব্রাখঙদ্রবা ননাইগী
অয়োন অরান্দুদদি
তাকপিরমখো অমুক্তা।

থম্বৌম্না : ইপূক য়াম্না নুংশি ঐ।
নুমিৎ শীংবূম খরদং
তিন্ন-তোংনদরগা
মহৌশাগী লীচৎপু
পাক-হেক হোংবা হৌনব্রা!
অঙাং ওইরিডৈদগী
ব্রারী ব্রাতাই শাদুনা
নুংঙাইমিন্নজরকপা,
তোরোৎনবা ব্রাঙাঙদো
তাজনীংমনবদগী
ঙসি ঐনা নঙোন্দা
"ইতাও" কৌজরবনি।
নত্রে,মাদু নত্রে নঙ।

লিছোইঙম্বা : অচৌ'মচা হায়বদি
অসূম তৌবা হৌনবোই!

থম্বৌম্না : মরূপ মপাং ওইবগী
লোন্দিন-খোন্দিন্নরবা
নুংশিনবা ব্রাঙাঙশিং
লোইনা পূমথা থারগা
ইনাসীনা তাবদা
তুজুংলবা ব্রাঙাক্তা
ঙসি ঐগী ইফমদা
নঙনা ঙাঙলিবসীদি
ঐহাকসীবু নহাক্না
হুল্লানবিবা নত্তুনে?

লিছোইঙম্বা : খঙলে খঙলে, ঐ খঙলে,
অচৌবগী মপূকচেল
ঙসি ঐনা খঙজরে।

থম্বৌম্না : কৈদৌগে নঙ মরূপ্নি -
চাক্লুক'মদা ফমদুনা
চামিন্নরক্লবনি।
''ইতাও, লাওনে'' হায়দুনা
ইখূৎ অসী পায়দুনা
নঙগী ফমফম অদুদা
চিংশিনবদি কৈদৌই?
নত্তে, ঐহাক অসীবু
নোংদোন্দগী তারকপা
লাইনি হায়না খনব্রহে!
ঐহাক চৎলে লৈহৌরো!
(মমায় লৈথোকখি। হরাও তুজুং ইরোয়নরবা লিছোইঙম্বা মমীত্তা ঈরা হৌনা মখূৎ অনী তিংথোক্লক্লে)

লিছোইঙম্বা : ইতাও ইবুংঙো নুংশিবা,
লাকখোগবা মরূপ্লোই।
(থম্বৌস্না মমায় ওনশিল্লকই - নুংশি নুংশি য়েংনজে - অনীমক)

থম্বৌস্না : ইতাও!

লিছোইঙম্বা : ইতাও!
(চেজেৎ কোন্নজে)

থম্বৌস্না : কয়া নুংঙাইরবনো?
'সীদৈ হেন্না নুংঙাইবা
করি লৈরমখিগনি।
(ফমফম অমতদা ফমথমিন্নে)

লিছোইঙম্বা : ইতাও, ঐবু ব্রারৌনু।

থম্বৌস্না : কৈদৌনবা ব্রারৌনি।
করিগীনো ঐহাকপু
অসুক হঙ্গোইরিববো?
নঙবু পোকপা ওঝানা
থাঙ-তা তম্বিরক্কুনা,
নঙগী নচাক-নথুম চা
নফি-নরোল শেক্কুনা
লৈপাক মীরক তিল্লকপা
থম্বৌস্নানিনে ঐ।

লিছোইঙম্বা : চান্ন-চিন্না লৈরম্বা
ইনাক খুনবা তোঞ্জাউগী
পূকচেল উরুবদগী
ঐগী পূকচেল ওনখরে।

থম্বৌস্না : মানা কৈসু ইতাওবু
য়েংলক-লাক্লক্কবরা?

লিম্বোইঙম্বা : য়েংলকপদি হায়রুনু
উর-ফাওবা কৌখিদ্রে।

থম্বৌস্না : নঙগী চাক্লেম চাদুনা
ফিরেম শেৎনা লৈরম্বা
তোঞ্জাউবনা ইতাওবু
উর-ফাওবা কৌদ্রবা ?

লিম্বোইঙম্বা : মহাক য়াম্না চাউথোক্লে।

থম্বৌস্না : ঐদি ইতাও নহাকপু
নোংমা ফাওবা কাউদেদো।
ইথৌ চিনমনখিবনা
ঙাইহাক্তংবু লাক্তুনা
উনরবা ঙমজদে।

লিম্বোইঙম্বা : ঐহাকপুদি ইতাওনা
কৈদৌনা কাউবিনি।

থম্বৌস্না : নচা লীক্লাইখোম্বদা
ইচা থম্বাল কত্তুনা
নঙগী লম্মল শিংজবা
অরেপ্পনি ঐহাক্কী।

লিম্বোইঙম্বা : ঐগী লাইবক ফবনি।
(হরাওজৈ)

থম্বৌস্না : অৱাবদি মরূপ্লোই,
মমাঙঙৈগী ৱাফমদো
লাল্লে হায়না য়াদুনা
ইচা নুপী থম্বালবু
পুরক্তুনা কৎলো-লাও
নত্তবদি মৈতৈদা

লান্দারক্লি হায়দুনা
অৱা নিংথৌ ইয়েংনা
খঙহল্লক্লি নিংথৌদা।
লৈপাক চঙনা খন্নরে
লাঙ্গেংনবা লেপ্লরে।

লিম্বোইঙম্বা : অৱা পাবা তারবা!

থম্বৌস্না : হারম নোংপোক পাংবসে
মরমদুগীদমক্তা
অৱা লাম্মি ময়াম্না
লোন্না লম্খেল শেল্লি হায়।
মদু য়েংননবগী
চৎলির্বনি ঐ ঙসি।
ঐহাক তন্না লাক্কনি,
অমুক নুংঙাইমিন্নসি।
চৎলে ইতাও লৈহৌরো।

লিম্বোইঙম্বা : ইতাও!

থম্বৌস্না : ইতাও!
(হায়দুনা নুংশিনা কোন্নরগা থম্বৌস্না চৎখি - লিম্বোইঙম্বা উরিমখৈ য়েংলগা মমায় লূকথদুনা লৈবি - খরা লৈরগা ইমূংদা চঙগে তৌরবদা তোঙ্গাউ মঙক চোয়রবা লুখোইগা তফিং তফিং লাকই - লাউরকই)

তোঙ্গাউ : লিম্বোইঙম্বা নত্রুহে?

লিম্বোইঙম্বা : মানি ইতাও ঐনিনে।

তোঙ্গাও : ইতাওককা হায়দুনা,
নচা নীপা কৈদা লৈ?

লিম্বোইঙম্বা : ইতাও, কৈদৌরবগে,
অসুক ফিংগৎলিববো?

তোঞাও : অচ্ছা! মাগুম্বনসু
যেনাক খুনবা তোঞাউবু
ইতাওককা কৌদুনা।

লিম্ছোইঙম্বা : ঙাইখো ফিংগৎখিগনু,
নঙনা লিম্ছোইঙম্বদা
কৈসু তৌবা য়ারোইকো।
অদু অদা পন্দুনা
ৱাগী ৱাদুম হায়দোকখো।
ঐগী ইচানীপানা
করি তৌরৈ নঙোন্দা?

লুখোই : অদুবুরাও, সীনিসে...
নচানীপা লীক্লাইনা
অমাং-অশোয় লূখাক্লা
নীক-নীক লাউনা লৈরবা
কোমজাউ'মদা ইবুংঙোবু
থোক-হেক ইন্থরিনিনে।

তোঞাউ : অচ্ছা! ঐগী ইচাবো,
খোঙমীৎ-খোঙনাউ মানসু।

লুখোই : ঐবু লোইবা 'বুংঙোনা
অমাং-অশোয় মরক্তা
ইরোই লৈওনবগুম্না
ঈঙাক-ঈঙাক ওনবদো
মনাই লুখোই য়েংঙমদে।

তোঞাউ : করম্নদি ঙম্লুনি।

লুখোই : লীক্লাইখোম্বা হায়সীদা
লোইশিল্লগে হায়দুনা
খোইবি নিংথৌ পাইবগুম

লুখোই য়ঙ-য়ঙ পাইশিঞ্জে।
মহাক্লা তাপ ওক্কুনা
মীগী চূবা'সীমক্তা
তিংখক্তুনা খূবাক্তা
শেৎশেৎ থাক্তিল্লিনে।
তোতো, পুরেল য়েঙঙুতো,
লুখোইবগী ঙকসীনা
(মঙক লৈথোক্লবা হোৎনরগা)

তোঞ্জাও : অসীদবু তোঞ্জাউনা
হিংলুদুনা কৈদৌনি।
মখা প্রপ-প্রপ হায়রীহে।

লুখোই : লুখোইনা ঙক চোঈহৌবা,
'খোয় ইবুংঙো থোইরেন্না
কোমগী ঈপুম থন্ন-থক
মবূক ফুগাম থুংহৌনা!

লিম্ছোইঙম্বা : মরাল ইবে লৈতনা।
মীবু পাক-হেক কোম্মূংদা
ইহুবা য়াব্রদো।

লুখোই : অদুবুদি 'সীনিমা
হিয়াংথাংদা হায়নিমা
লাইখুরুম্বা চচ্চবী
লৈশাবী'মা হায়নিমা...

তোঞ্জাউ : ইয়া! হায়-হায় খোইরুবা
মচঙ মচঙ ওইবদা
কোক-কোক হায়য়ুনেহে!

লুখোই : (থক-থক নীক্লা)
লীক্লাইনদি তাপ-ফা
গ্রোঙ-গ্রোঙ চিং, পুন্ত্রে তু,

নুপীদুবু কন্নবা
ইবুংঙো গ্রোঙ চঙশিন
লীক্লাই শৎ পাইশিল্লক
ইবুংঙোগী হায়নিমা
খৌরি চরম তাপ মেৎ
মখা চীক্লা থক-থক ইন
'বুংঙো খুদোল লৈতাদা
লোংনা থক থক নীংহন্না
লূখাক কোমদা জবুংতা!

লিছোইঙম্বা : লোইরবরা অদুনা?

লুখোই : অদুদগী 'বুংঙোনা
পাখং ময়াম পাকখোম
ব্রাখোক তেনখোক তাপ-তাপ পায়
ময়াম গ্রুঙ-হৌ, কোইতান-তান,
লীক্লাই-চীংলেন কোকথেংন
নোংচুবগুম মকোক্তা
ব্রাখোক-তেনখোক হেক হাইথ

লিছোইঙম্বা : মীয়াম চঙনা অনীদা!

লুখোই : ঙাইখো, তাখো 'দুদগী
মখোয়'নীনা থোক থোক ঙাক
চৈফু তাপ হন, শেৎ শেৎ থা
পাখং ময়াম ব্রা-ব্রা কায়।
চীংলেম্বা য়ঙ পাইশিল্লক
ইবুংঙোগী চূবাদা
কিন্না কন্না চক-চক থিন
'বুংঙো ঙাওফিং ঙাওফিং তৌ
চপ লেপ পুন্ত্রে তু!
'মীনি হায়রমক্তদা

উং-উং...!
(মঙক চোঙ্গীনা পেদুনা লৈ)

তোঞ্জাউ : প্রপ-প্রপ হায়য়ু হায়রগা
নমায় তেক্লীংবরা নঙ ?

লুখোই : অদুদগী হায়নিমা
ফুগাম মপী 'বুংঙোগা
মনাই লুখোই ঙকচোঙ্গীগা
য়াইস্কুল সনা লমজাউদা
অকা-অকুম মীয়ামগী
অনোকগী খোল্লক্তা
হিয়াঙ কুম্মৈনদৌগুম
ইয়ূম মায়কৈ পাংলকই।

লিছোইঙম্বা : হল্লো হল্লো লল্লৈবা।
হোরেল হঞ্জিল্লক্লগা
মনম শিংনা শা'মখৈ
ফূদত্তুনা ব্বারক্কে।

তোঞ্জাউ : য়াপোং নত্তে মদুনা।
মতীক মপা লাক্তুনা
লাক্লদ্রিবা মখৈদি
ঐহাক অমুক হল্লরোই।

লিছোইঙম্বা : মরান্না 'পোৎ ফারবা
নচানিনে লল্লৈবা।

তোঞ্জাউ : করি, লিছোই করম্না ?

লিছোইঙম্বা : ঐনা মুন্না খঙভিদো...
মশানসু য়াদবা
মীগী মচা নুপীবু
নচা নীপা থোইরেন্না
ফাগে চিংগে তৌবনি।

তোঞাউ : করি, ঐগী ইচাবো!
মৈতৈ সনা লৈপাক্তা
অনীশুবা নিংথৌগুম
লন্দা খোঙনেংনদুনা
মঙান তানা পাল্লিবা
লল্লেবগী মচাবু
নুপীশিংনা পামদবা!
(ফাক ফাক নোকই)

লিম্বোইঙম্বা : চংলো চংলো কান্নরোই,
কায়নদ্রিঙৈ মতমদা
হলহৌবনা ফগনি।

তোঞাউ : লাক্লদ্রিবা মখৈদি
হল্লোই হায়রমক্তদা।
নচা নীপা শগুন্দু
পুথোক্লকউ হৌজিকমক।

লিম্বোইঙম্বা : অচ্চা! মীগী মচাবো,
মপা ঐগী ইমাঙদা
শগুনককা হায়ব্রহে!
লিম্বোইঙম্বা ঐসীবু
শক্তম-মিতম লাক্তুনা
খুৎহৈবনা শারগা
মচু মরাং তৈশিনবা
উকং লাইনি খনব্রহে?

তোঞাউ : উকং লাইদি উরগা
অকিববু পোকইহে!
চুতৎনবা নঙবুদি
থৃকপিবদি হায়রুনু

লৈনা লৈনা লৈত্রবা
মীনি হায়না খল্লিহে।
মহূ চাউবা নচাদো
নঙগী নমাঙমক্তদা
চিংথোক্লগা খোঙপাক্লা
তীল্লাইখোম্বী তাবগুম
তাহৎলগে লাকপনি।

লিছোইঙম্বা : করি নতীক লৈদুনা!
চৎখ্রো চৎলো য়েংনীংদে।
নশক ইশক খঙনবা
মহাক্কুগী মফমদা
মদু হায়রুবদি
চোপ্পা নংনি খন্দ্রহে?

তোঞ্জাউ : নঙদুম মীশক খঙজৌহে
নত্তবদি মাঙজনি।
মীৎকূপ'মগী মনুংদা
চাকথুংদবা নহাকপু
লোইশিনবিবা ঙম্লবা
লল্লেবদো ঐনিনে।

লিছোইঙম্বা : খজিক খরাক নত্তনা
নঙবু মুন্না খঙঙি ঐ।
নিংথৌরেনগী মঙান্না
ঙাম্বাংয়ৈনা ঙাল্লম্বা
ঐবু পোকপা ইপানা
পুখ্রম্ফম্বু ওইরিঙৈ,
মচা লিছোইঙম্বগী
চাক্লেম ফিরেম খূন্দুনা
হূইগুম ইতুং ইল্লম্বা

তোঞ্জাউ হায়বা চনম্বী,
হূইদো নহাক নৎতরা ?
হায় তৌবিমল খঙদ্রবা,
চৎখ্রো চৎলু য়েংনীংদে।

তোঞ্জাউ : হায় অপঙবা, নাত্রংবা।
মীওইবগী পুন্সিদি
খূবাক-খূনমদনিহে।
মতম'মদা হৌখ্রবা
ঐনা নঙবু খল্লম্মী।
নঙবু খল্লম্বদুগুম
নঙসু ঐবু খল্লো-লাও।
ঐগী চাক্লেম চাজরো
ফিরেম ফিমল শেৎচরো।
নত্ত্রদুনা অদুদি
শোরারেন্নি খন্দুনা
ফম্মেন খুদা মথক্তা
খোঙ্গায় ফম্ব্রেৎনরগা
করিদনো নঙোন্দা
ঐনা পীজনীংদৌবা!

লিহোইঙম্বা : শূম্না নরল চারিবা,
লীকসনবনা নশাদু
শিরমদাইদা থরায়না
খোঙনা কাউথোক্লমদৌবা
লীক্ল-লুবা নঙোন্দা
খন্দৌ শরুকপুদিনে
চরা থবৎ তৎনা হেন
শিগঙ-শিরুম্নদুনা
শিখিবনা হেন্না ফৈ।

তোঞাউ : ৱারেম ৱাফে তাদুনা
নামৎ মাঙবা ঙল্লরোই।
নচা পুথোক্লক্কেরা,
পুথোক্লক্লোই হায়বরা ?

লিঙ্খোইঙম্বা : পুথোক্লগা কমদৌবা ?

তোঞাউ : মখূৎ তুংবুল পুল্লগা
শা-শল হোই'গুম হোইগনি।
কথোক্কনি নিংথৌদা
লল্লেবগী মচাবু
ফূরম্বগীদমক্তা।

লিঙ্খোইঙম্বা : পুথোক্তবা থোক্ল'দি ?

তোঞাউ : পুথোক্তবা থোক্ল'দি
মতম লোইরে নহাক্কী
মৈতৈ সনা লৈবাক্তা
নোংমা ফানা লৈনবা
নঙগী মতম লৈতরে।

লিঙ্খোইঙম্বা : করি নতীক লৈদুনা
ঐবু তাঙ্খোক্তৌরিবা ?

তোঞাউ : পারী-পুরী ফাক্তুনা
হংগৎলগা নিংথৌদা
নঙবু লোইদা থাহনবা
লল্লেবগী ইতীক্লি।

লিঙ্খোইঙম্বা : নহাক্তগী নিংথৌরা,
নত্রবরা ঐগীদি ?

তোঞাউ : মানি নত্তে খঙদৌবা
ঙসি অহীং মঙাইরে।

লিছোইঙম্বা : হংগচ্চরু কৈদৌনি,
নিংথৌনবু চুমদনা
ঐগী মীগী খায়দুনা
ৱায়েনবিবা হৌনব্রা ?

তোঞ্জাউ : উম ! খায়-খায়দে হায়বদি
খঙলোইদ্রদো খোংলগা।

লিছোইঙম্বা : অদু খায়না চৎলিবা
মহাক্তুবু নিংথৌরা ?
চৎলো, চৎলু থীল্লনু
হংগচ্চরু হৌজিকমক !

তোঞ্জাউ : মপায়-মচা, উগী-হয়,
হোংবা হৌনবরদো !
ঊৎকুম্লবা নঙনসু
নিংথৌরেন্দা শিঙহীক্লি
নঙবু পোকপা অহনগুম।

লিছোইঙম্বা : অচ্চা ! নঙগুম্বনসু
পীবন-পাবন্নদুনা...
(চঙশিনখিদুনা মাংগোল কাচিন্দা ঙাবা য়োৎখোক তাপ পায়খৎলী)

তোঞ্জাউ : নোক্লীংলেদা শরীশো।
(হায়না ফাক ফাক নোক্লা লুখোইগা চৎখি - লিছোইঙম্বা মখা চীক্লা য়েংদুনা লৈহৌই )

# অহুমগুবা উৎপা

## মৈতৈ কোনুং

মফম : শঙ্গায় শূমাঙ

মতম : অয়ুক চাকচা-মাঙ

(নিংথৌনা লেংশিন্নবা নীংথিবা তাংবল অমা থারী - মারজিৎ নিংথৌ মনাই অমনা কাঙহাই থৌগল তৌরগা ঙাঙনা ঙাঙনা লেংথোক্লকই - তোঞ্জাউনা তুং ওইরগ্গা থৌগল তৌরক্লি)

মারজিৎ : নিংথৌ ওইবৈ ময়াইসে
কয়াই মতীক কনখ্রবা
অসুক কুইবা মতমসে
নোংমতসু নীংশিন্দে।

তোঞ্জাউ : ননাই তোঞ্জাউ ঐগাক্তি
অহীং নুংথিল অনীদা
ৱাখল লম্ফে লামজদে।
করি করম তৌরগা
ঐবু লোইবা মপূগী
নুংঙাই-য়াইফ ওইদগে
মসীমক্তা মখঙ্ঞে।

মারজিৎ : চান্ন-নুংশিনবদি
অদুনিদো লল্লেবা।

তোঞ্জাউ : ইনিংথৌনা অদুঙৈ
কন্না ৱাশকপিখিবা
ননাই ঐনা তাজখি।

রাশক ঙাকপা হায়বসে
হেনফদেকো খন্দুনা
অদুক হংগচ্চবনি।

মারজিৎ : নীংশিল্লুরে হায়রগা
খাঙবা লাকপা ঙমদনা
অহোইননা চাক্লকই।
মতম'মদা মহাক্লা
ফনখিবদো মৈতৈদা!

তোঞ্জাউ : লানদবনা লাকচবা
অরানবনা মাঙখিবা
হৌনশানি ইনিংথৌ।
ইনিংথৌদা মহাক্লা
য়োঞ্জখিবা মরান্না
লাশ্মি'মগী মখুত্তা
খাঙুথক্তা মমাঙখি।
(নিংথৌশেনবা লাকই - খুরুম্মী)

নিংথৌশেনবা : ননাই অদু য়ৌরক্লে,
সনা নোংদম তম্বিসি।

মারজিৎ : থাজিল্লকউ অসীদা।

নিংথৌশেনবা : য়াম্না ফনি ইনিংথৌ।
(খুরুম্নগা চৎখি)

মারজিৎ : ফত্তবদি শিরফাও
মরূনা মী য়ূহৌই
ফত্তেদকো ফত্তবা!
(লিম্ছোইঙম্বা লাকই)

লিম্ছোইঙম্বা : ননাইগী-নাই ননাই
সনা খূয়াখাদুদা
খুরুমজরি ইনিংথৌ।

মারজিৎ : হায়য়ু নীপা নহাক্লা
নোংমাইথেম্বা অহোঙজাউ
পুখ্রম্বনা পোক্লম্বা
লিছোইঙম্বা হায়বদো ?

লিছোইঙম্বা : ননাই ঐনি ইনিংথৌ
সনা নোংদম তম্বিসি ।

মারজিৎ : ঐগী নাক্তা লৈরিবা
মহাকসীবু খঙবরা ?

লিছোইঙম্বা : মুন্না খঙজৈ ননাই ঐ !

মারজিৎ : হায়য়ু মহাক কনানো ?

লিছোইঙম্বা : ননাইদুদি ইনিংথৌ,
ঐবু পোকপী ইমাগী
মরৈ পরেং হূখিবা
তোয়জম মচা তোঞ্জাউনি ।

তোঞ্জাউ : অচ্চা ! লিছোই নীংব্রহে ?

লিছোইঙম্বা : মানি হূরানবনি নঙ ।
মরৈ অদু কায়দুনা
লাঙ্গৈর-হৌদোকচখিবা,
তোঞ্জাউ-মরৈ-ফিরৈয়েপ
শেন্নিংহনবা হায়দুনা
খ্বাইনা খঙনরিবসে
নত্তে হায়রগেরা হা ?
(তোঞ্জাউ লৈফম খঙদে)

মারজিৎ : হৌখ্রবগী হংদে ঐ,
হৌজিক হৌজিক মহাকসে
কনানিনা হায়য়ুহে ।

লিষ্লোইঙম্বা : হৌজিক হৌজিক ননাইদো,
কোলুনা চু শুম্বগুম
মৈতৈ লৈপাক শুল্লিবা
তোঞ্জাউ-নাতৎ-শেন্দোইলাক
অসুম হায়না ননাইনা
ননাইদুবু খঙজৈনে।

তোঞ্জাউ : ননাই ঐহাক শিখ্রগে
লৈজররোই ঐমক্তা।
(মফি কল্লী)

মারজিৎ : করম তৌনা হায়যুহে!

লিষ্লোইঙম্বা : শেন্দোই লৌবা মতমদা
শেন'খাই নাতৎ সুমফাও
মনা থবৎ তৎমখৈ
য়ান্নদুনা লৌবনা
ননাইদুবু ইনিংথৌ
নাতৎ হায়না মকৌনৈ।
শেন্দোই হুনবা লাকপদা
শেন্দোই শেলহেল পুরকপা
পাক লাক্কুনা লৌবনা
ননাইদুবু শেন্দোই লাক
কৌনৈ লৈপাক মীয়াম্না।

মারজিৎ : ব্রাপু হৈবা, হায়যুহে,
মহাক ঐগী কনানো?

লিষ্লোইঙম্বা : ইনিংথৌগী ননাইনি।

মারজিৎ : ইনাইসিগা নহাক্কা
খোন্দানবা মতমদা
"নঙগী ননিংথৌদুদা

হংগচ্চরু কৈদৌনি''
হায়-হায়বদি চুম্বহে?

লিছোইঙম্বা : অচুম্বনি লাইনিংথৌ,
মদুমক্নি ননাইনা
হায়জখিবা মঙোন্দা।

মারজিৎ : হাৎপা ঙম্বা নিংথৌদা
মদু হায়দোক্কু'রদি
'ব্রাবা তানি হায়বদি
খঙদবরা নহাক্তি?

লিছোইঙম্বা : মুন্না খঙজে ননাই ঐ।

মারজিৎ : চৈরাক ফংবা তারে নঙ।

লিছোইঙম্বা : অচুম অরান য়াত্তুনা
ব্রায়েনবিবা নিংথৌনা
মীচঙ-মীখায় নাইদুনা
অরানববু য়োক্ক'দি
ইথব্রায়ফাও লৌবিয়ু
নাচুংজরোই ননাইনা।

মারজিৎ : 'দুবু করিগীনোনে...
তুমীৎকুম্বা নহাক্না
নিংথৌ ঐবু শিঙববো?

লিছোইঙম্বা : ব্রায়েন চুম্বা নিংথৌনা
অরানবগী ব্রাকত্তি
কৈদৌনুংদা লৌবিরোই,
খঙজবনা ননাইনা।

মারজিৎ : মারজিৎ নিংথৌ ঐহাকপু
নিংথৌ নত্তে হায় হায়'দি
অচুম্বরা হায়য়ুহে?

লিহ্বোইঙম্বা : ৱায়েন চুম্না চত্তবা
নিংথৌ ওইবিরবদি
অচুম্বনি লাইনিংথৌ।

মারজিৎ : ফরে তোক্লো অদুমা।
পাখঙমখৈ খোল্লগা
খুৎলাই তম্বি হায়বদি
নিংথৌ শেমগে তৌবরা ?

লিহ্বোইঙম্বা : মরমদুগী নচ্চদে,
ইনিংথৌবু কন্নবা,
ইরৈপাকপু ঙাক্লবা,
তাইবংপানবা অসীদা
মৈতৈ ঐগী ইঈনা
খুৎকন-পাঙ্গল পান্নবা
শীঞ্জবনি ননাইনা।

মারজিৎ : ফরে অদু পূম্নমক
অদুক তোপ্পা থমখিসি।
ঐনা নঙবু কৌবদি
করিগীসু নত্তেহে
নঙবু পোকপা অদুনা
ঐবু য়াম্না ওৎনৈখি,
মদুইদমক কৌবনি।

লিহ্বোইঙম্বা : সনা নোংদম তম্বিসি।

মারজিৎ : ইচীন-ইনাও মরক্তা
চৌরজিৎ মারজিৎ অনীমুক
নুংশিনবা য়াওখিদে।
য়াম্বুং মধুচন্দ্রনা
থূপখরবা মতুংদা

ইচীন ইনাও অনীমক
চহী মঙা মঙাখক
মৈতৈ নিংথৌ ওইদুনা
পাম্মিন্নসি য়ানখি।
অহন্নিনা য়াম্বুংনা
হান্না নিংথৌ ওইখরে।
চহী মঙা ফারক্লে
ঐহাক অমুক ওইরগে
য়াখিদরে য়াম্বুংনা।

লিক্লোইঙম্বা : ননাই ঐগী ইপানা
করি করম তৌরম্বা ?

মারজিৎ : করি করম তৌরম্মি
পূকফত্ত্রবা মহাক্কী
শরৌ-লৌতুমক্তনা
ইচীন-ইনাও কায়নখি।

লিক্লোইঙম্বা : ইমীৎ নাকোং ওইজগে
হায়থবিসি ইনিংথৌ।

মারজিৎ : চীরোন্তনা চৎলম্বা,
চীরোন হৈবা নপানা
চান্নবনি হায়দুনা
"নিংথৌ খুবম কায়বিনু"
ইয়াম্বুংদা হায়জিনখি।
নাউথেম শৈরোল শক্তুনা
নাউশুম্বীনা অঙাংবু
নাউশুম্ফমদা শুমখিবগুম
চীরোন শৈনা মহাক্কী
চরাঙনবা য়াম্বুংবু
চনীং তানা শুম্মৎখি।

মাগী পূকথিন-পাউথিনখোল
অসুক ময়াই কনখিদো...
নুংশিরবা মনাওবু
কৈসু ওইনা উখিদে।
ঐগী ব্রাকৎ অপূম্বা
নূংদা ঈশিং চাইবগুম
অরেম্বদা তাহনখি।

তোঞ্জাউ : কয়া মপূক ফৎতবা
অঙম্বনো মহাক্তো।
মীগী মচীন মনাওবু
চাইরেল চফূ কায়বগুম
কায়ন হল্লিবসিবু
মরাল কয়া চাউখ্রবা!

মারজিৎ : (মখূৎনা ঙাঙগনু খাল্লগা)
অসীগীসু মথক্তা
ঐবু মাঙহন্নবগী
কন্না শরৌ শীল্লক্লে।
মরীল খাবা মারজিৎনা
মপূক ফাবা ঙম্লক্ত্রে।
কাঙজৈবূংদা য়াম্বুংনা
শগোল কাঙজৈ থোল্লিঙৈ
মীচঙ খরা খোল্লগা
য়াম্বুং তম্না লান্দারে।

তোঞ্জাউ : অদুগুম্বা লানফমদো
ননাই ঐগী ইমীৎতা
ময়েক লানা উজরি।

মারজিৎ : খূজীন থৌরাং হৈরবা
নপাদুনা হান্ননা

ঐবু হাৎননবগী
খূৎলিংদুনা লৈরম্লে।
চোংশিন-চোংশিন্নদুনা
থাঙগা থাঙগা য়ান্নরে,
তাগা তাগা থিন্নরে।
ঐগী মীনা ৱাৎপনা
মায়থীদুনা মারজিৎ
অৱা তান্না চেল্লিদো।

তোঞ্জাউ : লাঙ্গোই শগোল তোংদুনা
ইনিংথৌবু ননাইনা
পরেল তান্না থিঞ্জখি।

মারজিৎ : মতমদুদা ঐহাক্না
ইমা লৈপাক য়েংদুনা
থম্মোয় শোক্না ৱাশকখি...
"করিগুম্বা মারজিৎনা
নিংথৌ ওইবা থোক্ল'দি
নোংমাইথেম্বা অহোঙজাও
মহাক্তসু নত্তনা
মানা পোকপা মচা-ফাও
ইরৈবাক্তা লৈহল্লোই।"

লিঙ্খোইঙম্বা : মশা লৈত্রবনিনা
ৱাফংনবা য়াদ্রবা
ৱাফমদুগীদমক্তা
মচা ওইবা ননাইবু...

মারজিৎ : মচা ওইবা নহাকপু
তাঙ্খোক্নি ঐহাক্না
মৈতৈ ইরৈবাক্কগী
ঐগী ৱাশক ঙাক্নবা।

লিছোইঙম্বা : ইকোক থোংনা য়াজরে
তাউথবিরো নয়াথং।
(খূরু-খুদক কূন্দুনা মকোকনোন্না
লৈখরে - নিংথৌশেনবা অমা লাকই)

নিংথৌশেনবা : (খুরুম্লগা)
ফাজরক্লে অমদি,
অমা থিবা ফংজদ্রি।

মারজিৎ : পুশিল্লকউ অমদু।

নিংথৌশেনবা : য়াম্না ফনি ইনিংথৌ।
(চৎখি)

মারজিৎ : নিংথৌশেনবা কনা লৈ?
(অমা চেপ্তোক্লকই)

মারজিৎ : মসি মখূৎ পুল্লুহে!

লিছোইঙম্বা : চঙশিল্লক্লো পুল্লোলাও!
(মখূৎ তিংথোক্তুনা লৈ - নিংথৌশেনবা চঙশিন্দুনা পুল্লী -
লীক্লাইখোম্বা পুশিল্লকই - মপাবু পুনবা ঊরদুনা থম্মোয় শোক্লা)

লীক্লাইখোম্বা : পাবুং...!

লিছোইঙম্বা : লীক্লাই, নঙসু লাক্লব্রা?

লীক্লাইখোম্বা : (খুরুম্লগা)
লীক্লাই'বুংঙো নিংথৌরেন,
ননাই ঐগী ইরান্নি,
থাদোকপিয়ু ইপাবু।
হাৎফম থোক্লে ননাইবু
হাৎপিয়ুনে ইনিংথৌ।

লিছোইঙম্বা : অচ্চা! লীক্লাই পাঙদেদা,
নীপামচা মান্দেদা।
নীপা ওইনা পোকপগী

হেনফদ্রবা মতমদা
করিগীনো নহাক্লা
মীৎম্না ঈরা চেন্দুনা
হায়জ-চচ্চরিববো ?

মারজিৎ : তাওহে, লিম্ছোই ইয়াথং...
নঙবু ঐনা হাৎনীংদে।
ঙসি নুমিৎসিদগী
ঐগী সনা লৈপাক্তা
নখোঙ-খোঙ্গুল তাফদ্রে।
হেক তারবা খূদক্তা
অদুম লোইরে খঙঙুহে।

লিম্ছোইঙম্বা : নুংঙাইজরে ইনিংথৌ,
সনা নোংদম্বিদৌবা
অতৈ করি ৱাৎপিরি ?

মারজিৎ : নিংথৌশেনবা তাব্রহে,
মমীৎ চেৎনা পুল্লগা
শাথীরবা অদুবু
থাদোক্লুগদবনি
লৈপাকসিগী ৱাংমদা।
(নিংথৌশেনবনা লিম্ছোইগী মমীৎ মনা পুনশিনখ্রে)

লীক্লাইখোম্বা : অসুক য়াম্না শাথিবা,
তমথিরবা চৈরাকপু
মীওইবদা পীরবা।
লীক্লাই'বুংঙো নিংথৌরেল,
সনা পূকচেল খামল্লী !
ননাই ঐগী ইপাবু
থাদোকপিরা লমদুদা
ননাইবুসু থাবিরো।

মারজিৎ : নহাকপুদি করিগী ?
তুমিন লৈয়ু ঙাঙফদে।

লিহোইঙম্বা : ইপায় লীক্লাই তাব্রহে...
থব্রায়নদি পামজবা
পাঙথোকপদি ঙম্লমদ্রে,
নহাক পাঙথোক্লককউকো।

লীক্লাইখোম্বা : পাঙথোকচগে তাকপিয়ু

লিহোইঙম্বা : লম্মল খুম্বনিনেহে।
(মারজিৎ, তোঞ্জাও ফাক ফাক নোকই)

লীক্লাইখোম্বা : খুমজরক্কে তাকপিয়ু।

লিহোইঙম্বা : লম্মল খুয়া পূম্বগী
খ্বাইদৈ ইচাউ চাউবদি
মরৈবাক্কী, মঈগী
মনিংথৌগী ওইরিবা
য়েক্লববু হাৎপনি।

লীক্লাইখোম্বা : পাবুং, করি ব্রানোনে ?

লিহোইঙম্বা : ইপাই-চা অনীগী
খাইনরমদাই মীৎকৃপ্তা
হায়য়ু তাগে, পেঞ্জগে
নপা ঐনা পামজবা
লম্মন শিংলক্কনি নঙ ?

লীক্লাইখোম্বা : মচা নীংবা মপাগী
মনীং থুংহন্নবগী
মচা ঐনা ব্রাশক্লি
"ইপানদি পামজবা
লম্মল খুমজরক্কনি।"

লিচ্ছোইঙম্বা : পুগদবা মফমদা
ঐবু পুরো চৎলসি।

মারজিৎ : পুখ্রো চৎলো য়েংনীংদ্রে।
(তোঞ্জাউনা মমীৎ খৎলী - নিংথৌশেনবশিংনা মঙক নোম্লগা
লিচ্ছোইঙম্ববু চিংদুনা পুখি - লীক্লাই থম্মোয় শোক্লা)

লীক্লাইখোম্বা : কনা য়েংবা উদনা
ঐবু হুন্দোক্লম্লগা
পাবুং, চৎলবরনে?

লিচ্ছোইঙম্বা : পিগা ঈরোইনরবা
অকপ্পগী খোঙ্গাংনা
নপা অমুক কৌরক্লি।
ইপায় লীক্লাই লৈহৌরো,
নহাক নীপানিনেহে!
(মখোল অমুক তাখিদ্রে)

লীক্লাইখোম্বা : লীক্লাই'বুংঙো নিংথৌবেল,
মীচঙ-মীখায় নাইবিদা।
মখোয়তনা ননাইরা,
ননাই'খোয়দি নক্রুবা?
নরোয় মচা ঙাক্তদা
অসুক মীচঙ খায়র'দি
ননাই মশীং ৱাৎলোইদ্রা?

মারজিৎ : মপাদুগী মচানি
মপূদুগী মশূনি
পকচৈদকো লাইমসু।

লীক্লাইখোম্বা : পীবল পাবন্নদুনা
ঙাঙবিনুদা ইনিংথৌ,
ননাই খাঙবা ঙমজদে।

মারজিৎ : নঙনা খাঙবা ঙমদ্রগা
করি তৌবা ঙমগনি ?

লীক্লাইখোম্বা : ননাই কৈসু ঙমজরোই ।
নিংথৌদবু মীচম্না
অচূম অরান খায়দুনা
চৈরাকপীবা ঙম্ল'দি
ঙসি ননাই ইপাবু
লোইথারুনি করিগী ।
করিগী স্না মাঙসীদা
তমথিরবা থৌদোকসী
ইমীৎসীনা উগনি ।

মারজিৎ : ঐনা লাল্লী অসীরা ?

লীক্লাইখোম্বা : মপাদুনা লাল্লগা
লাল্লবদি মচাসু
সনা থৌগল তৌরিবা
ননাই পাবা তোঞ্জাউদো
হূরানবনি লীকপরে ।

তোঞ্জাউ : অচ্চা ! তোঞ্জাউ ঐহাকপো !
(কূক হৌগৎলী, নিংথৌনা খাম্মী)

লীক্লাইখোম্বা : মচানীপা থোইরেনস্
ওইবা তারে হূরানবা,
মাবু চৈরাক পীবিরো ।
নৎতরেদা লাইনিংথৌ,
অঙম্বনা চুম্লবা
মপূ সনা মাঙসীদা
ননাই লেপ্পা ঙমজদ্রে ।
ননাই ঐবু ফাবিবা
করিগীনো তাকপিরো ।

মারজিৎ : হায়রোইদবা ঙাক্তা হায়,
লানহঞ্জরে নতোমতা।
শেংনা খুম্মু, নহাক্লা
লল্লেবগী মচাবু
নমথিরবা খোংবান্দা
ইছৈ হায়বা চুম্ব্রহে?

লীক্লাইখোম্বা : অচুম্বনি ইনিংথৌ।

মারজিৎ : মীগী মচা অদুবু
ইছুরগা খোংবান্দা
ঈপুম পীথক্লবদি
তৌবা ঙম্বা মপানা
মনিংথৌদা তাক্লগা
'ৱাবা তানি হায়বদি
খঙদবরা নহাক্তি?

লীক্লাইখোম্বা : ননাইদদি লাইনিংথৌ,
খঙলবসু 'সী মঙায়
খঙদ্রবসু অস্মানি।
তাকপিদৌবা তাকপিয়ু
তৌজখিবা থবক্কী
মায়পুননা লেপচরি।

মারজিৎ : লেপচরিবা অদুগী
মতীক চানা পীগনি।
ঙম্মি, কল্লি হায়দুনা
অশোন অনা খিবিকপু
পংনৈ-নৈহৎলবদি
শাগী লৈপাক ওইরোইদ্রা?
নঙবু ঐনা কৈশুমদা
থাবূম অহুম থমগনি।

কোলু চিংনহন্দুনা
থাউবু শুম্নহনগনি।

লীক্লাইখোম্বা : থৌদোক ৱাথোক অসীগী
মরী মখোঙ, লীখুন্দি
থিবিগেদি হায়দনা
ৱায়েন চৈরাক তাবিরে
নুংঙাইজরে লাইনিংথৌ।
ননাই তোঞ্জাউ লল্লেবা
নাতৎপগীদমক্তা
নিংথৌ ওইবিরিবনি
ময়েক লানা খঙজরে।

মারজিৎ : ইয়া! নঙগুম্বনসু
নিংথৌ ঐবু হুল্লি-হা।

লীক্লাইখোম্বা : মতীক চাউবা নিংথৌনা
তৌবা ঙম্মি উত্তুনা
লাঞ্জদ্রবা ইপাবু
তাম্থোকপিখিবসিদি
সনা নোংদম্বিদুনা
তাকপিখিবা তুংইন্না
শাগী লৈপাক ওইরোইদ্রা?

মারজিৎ : ফৃহে, মদু তাহৎলু।
মথৱায়দুদা মখাকউ,
মচীন্থীবা শারদনা।
(মনাইশিংনা লীক্লাইখোম্ববু য়াম্না থীনা ফৃবা হৌরক্লে)

তোঞ্জাউ : নুংঙাইজরে, পেঞ্জরে,
ৱায়েন চুম্বা নিংথৌনা
ৱায়েন চুম্না য়েনবিরে।

(ফাক ফাক নোকই - ফমনখিবনা লীক্লাই ৱাহুদুনা হাইথখ্রে - মতম অসীমক্তদা থম্বালম্না লাউনা লাউনা চেল্লকই)

থম্বালম্না : ঙাইখো, মাবু ফখিনু।
ঙাইখো, মাবু ফখিনু। (য়ৌরক্লে)
(নিংথৌদা খুরুমলগা)
করিগীনো পাবুংখ্বা,
পাখংসীবু 'সুকথীনা
ফবিরিবা অসীবো ?

মারজিৎ : ইপাই থম্বাল, সনাহল,
মহাক য়াম্না লঙ্কোল্লে।

থম্বালম্না : চীরোল তৌনা নপ্লিবা
ননাইগীতা য়েংদুনা
অচুম অরাল থিদনা
পঙলাক-লাক্লবির'দি
নিংথৌরেনগী লংলবা
সনা মিংচৎ মাঙগনি।

মারজিৎ : ইপাই থম্বাল, করম্না ?

থম্বালম্না : সনা থৌগল তৌরিবা
খৃৎপায় চেৎপা ননাইদো
অফবনি খনবিনু।
মহ লাইমা চাউখ্রবা
শাথিখ্রবা মীশক্লি।
সনা নাক্তা মহাক্কী
মফম ফংলি মখৈদি
লৈপাক মীয়াম পুম্বগী
তাথী ৱানা নিনগনি
নরম সনা লৈপাকসে।

মারজিৎ : হায়জনীংবা পূম্নমক
হায়যু থম্বাল ইপাদা।

থম্বালম্না : লাঞ্জদবা পাখংনি
থাদোকপিয়ু মহাকপু।

মারজিৎ : নঙনা করি খঙদুনা?

থম্বালম্না : ইশুংলাংগীদমক
থোকপা থৌদোক ওইবনা
লান্দে খঙজে ননাইনা।

মারজিৎ : করি! নঙগী নশুংলাং?

থম্বালম্না : ঙরাং ননাই ঐহাক্না
হিয়াংথাং লাই খুরুম্বা
চচ্চরুবা মতমদা
মাগী মচা থোইরেন্না
নমোম ঐবু ফারগা
লৈয়ু হায়খি মঙোন্দা।

মারজিৎ : অচ্চা! ঐগী ইচাবো!
(শাউই - তোঞ্জাউ নীকপা হৌই)

থম্বালম্না : লৈয়ু হায়বা য়াদ্র'দি
হাৎনি হায়না নমোম্বু
ফিনুংদগী থাঙ-শৎলে,
হাৎকে তৌরে ননাইবু।

মারজিৎ : নঙবু হাৎকে তৌরবা!

থম্বালম্না : কনবিনবৈ দমক্তা
ঐনা কোয়-লাও লাউজপি।
পূকচেল চাউবা অসিনা
কন্না চেনশিল্লক্তুনা

ঐবু কন্নবগী
ইম্বোকপদা থোইরেনবু
তাখিবনি লাংখোংদা।
(কপ্পি)

মারজিৎ : ইয়া! ইমোম মতোয়না!
মরমদুগীদমকপু
কপচরুনি করিগী!

থম্বালম্না : (কপ্পা কপ্পা)
নিংথৌমক্না ইনাও-কৌ
লাল্লোইহনবা ওইদুনা
চাউদৌ মখৈ চাউবিবা
ইপাদুগী মচানি।
ইপাদুগী, নিংথৌগী
মমায় কৈসু য়েংদনা
নিংথৌ মনাই অচানবা,
লল্লেবনি হায়দুনা
মীবু পঙলাক লাকথুবা।

মারজিৎ : ইপায় ইমোম থম্বাল্লে,
নপৃক নুংশিবরহে!

থম্বালম্না : ইশুংলাংগী ব্রাথোক্নি
মপা মচা অনীবু
থাদোকপিরে হায়রগা
ব্রাথোক চাউবী ননাইবু
সনা কৈথেল তরেৎতা
কোয়না খুংগোয়নবিরো।

মারজিৎ : মপাদুদি থাফদ্রে।
মাবু তাম্বোকখিবদি
মরমসীগী নত্তেদো।

মাঙগী কৃম্মৈ ফম্পাক্তা
খৌশাদুনা মসিদা
নীংবা কায়না চোংঙৈদা
ঐনা কন্না ৱাশকখি।
ৱাশক্কুগী মখাপোন
মাবু তাম্বোকখিবনি।
ৱাশকসীদি কায়ফদ্রে।
(অফূবশিংদা)
পাখংদুবু থাদোকউ।
(পুনবা হেক থাদোকপদা লীক্লাইখোম্বা চুম্না লৈবা ঙমদদুনা তুথখি - থম্বালম্না চেনশিনখ্রে)

থম্বালম্না : লীক্লাইখোম্বা, ঐ লাক্রে।
(মনাক্তা ফমথরগা)
নমীৎ পাঙঙ্ঙু, য়েংউনে।
(লীক্লাই মমীৎ পাংলক্ত্রে)
মাঙলে করি মতৌনো!
(হায়দুনা থম্বালম্না চেনখ্রে - নিংথৌশেনবশিংনা লাইকন্নরি)

মারজিৎ : (ফাক ফাক নোক্লগা)
তিন্নারিবা মরূপ্না
ৱায়েন চুম্বা মারজিৎপু
শাগুম শাথিহল্লবা!
(তোঞ্জাউ কিবনা মমীৎ মনা ইথক থকই - মাবজিৎ শাউরপ্লা)
মীচঙ ফবা লল্লেবা!

তোঞ্জাউ : (থক থক নীক্লা মখূৎ লোন্নদুনা)
ননাইনিনে ইনিংথৌ
সনা খূয়া থম্বান্দা
তপ-হেক নপ্না পক্লিবা
উফুল লৈরীক্কুদগী
য়াম্না হেন্না তোল্লবা তোঞ্জাউনিনে তোল্লবা।

মারজিৎ : কল্লক য়েংথিবদগী
অশিঙননা লুমদুনা
নোংমাইথেম্বা লীক্লাইনা
নচাদুবু লাংখোংদা
নমশিনবনি হায়বদাই ।

তোঞ্জাউ : ননাই য়াক-আ-উম-আ
তোঞ্জাউনিনে তোল্লবা ।
(থম্বালম্না ঈশিং পুদুনা চেল্লকই - লীক্লাইগী মমায় মমীৎতা ঈশিং য়ৈদুনা লায়কন্নরি)

মারজিৎ : লাঞ্জদ্রবা অমবু
নৎত-ওইদা হায়দুনা
শিবা য়ানা ফূহনবা,
মানা শিবা থোক্ল'দি
নঙবু ঐনা শোয়দনা
নূংগোইবীদা চনগনি ।

তোঞ্জাউ : মদুদদি তৌবিনু,
তোনবদগী তোল্লবা,
তোইজম মচা তোল্লেতোন
তোঞ্জাউনিনে লাইনিংথৌ ।

মারজিৎ : নিংথৌ অমা ওইবগী
লালহৈদ্রবা ৱায়েন্দা
হিশাই-নাইশাইরদুনা
লান্না লমজীংরবগী
লুপা য়াঙ্খে ৱাকোঙলে ।
নচা নীপা থোইরেন্না
ইচা নুপী থম্বালবু
হাৎকে তেমশিংলম্বগী
লুপা চনী ৱাকোংলে ।

ব্রাকোং শেন্দু পীদ্রগা
চহী অমা কৈশুমদা !
(কৌদুনা)
নিংথৌশেনবা, পুল্লো লাও !
(নিংথৌশেনবনা তোঞ্জাউবু পুল্লে - লীক্লাই মমীৎ পাঙলকপা উরদুনা)

থম্বালস্না : লীক্লাইখোম্বা, ঐনিনে।
(লীক্লাইখোম্বগী মমীৎ ময়া নক্লপ্পা মাগী মায়থোঙ থমদুনা তিঙক্ল য়েংজৈ)

লীক্লাইখোম্বা : চোইনৌ সনা থম্বাল্লে,
অচৌকোনগী অঙল্লে।
(নুংশি নুংশি য়েংনজৈ)

# মরিশুবা উৎপা

## ইম্ফাল তুরেল তোর্ব্বান

মফম : শিল্লেনপাৎকী হিদেন

মতম : নুমিদাংৱাইরম ।

(সনাবুল অমা পায়দুনা কেতুকী ঈশিং শোকপা লাকই - ইশৈ শক্লকই ।)

**ইশৈ**

রীরি শীৎপা নামিবা
হাদা মালং মোন্দ্রংবা,
কোয়কক্লবী শন্নাংবু নঙনা খোমগৎ হুগৎপা
নূরা-মাযথোঙ থম্বাল্লে পামজবরা মালংবা ।
শাইগী শাইনোন হুমদুনা ঙাথু থেংথুরববু
মায়গী তঙাং-তবোপ্লে কল্লকপোইদা লাইমস্ ।
মীগী নাকোং ময়াদা কাইদা কাইদা শীৎপবু
কনাই করি কাইহৌনো করি লাইৱা কাম্বনো !
ইরাঙ নঙনা মথাংই মরাঙ ঐনা মহৌই,
মাইদা কৈনো খঙজদে কঙাওনৈদা ঐহাক্তি !
(কোন ফেংগে হায়দুনা লৈঙোই খোৎপা হোৎনরি থোইরেনগা লুখোইগা লাকই)

থোইরেন : কৈদৌরেহা শকহেনবী
সনাবুন্দো কোপ্লব্রা ?
লৈঙোই খোৎতনা কপ্লিবো ?
কপকন ঐ শিংবিগে ।

লুখোই : হৈমাপেম্মা কৈতুকী
নমাই মকোক নঙ ওইরে ?
(থোইরেন্না মমীৎ খৎপা উরদুনা)
কে-কেরবী কেতুকী,
করিগীনো কপ্লিবা,
কোপ্লবরা সনাবুল ?
কোপচসনু কৈদৌগে,
নঙগী কাদা কাহেন্না
কাহৎলবা 'খোয়'বুংঙো,
ময়া ইকা কাদুনা
কেতুকীদা কান্ন-ব্রা
কনাই-ককা কাঙলগে
কোথদুনা কৈ-কান্নো
কোকোনেকো কোনেকো
ককা অদুক হাযদুনা
কাইহৌ কাইহৌ লেপ্লিয়ে।

কেতুকী : করি কান্নদবদা
করেম-কথাইনরিবা ?
করাম-কামজাও ব্রাঙাঙদা
কা য়াম্না হেল্লেকো।

লুখোই : করেম কথাইনজবা
ক-কৈনোসু নচ্চদে।
অচৌ-কোন্দা কুন্দুনা
লনকৈ কোন্নবিদুনা
কায়থোক কায়থোক চাবিরো
হায়জবনে ইবেম্মা।

থোইরেন : কায়ননুসি কান্নদে
কোইবেম্মা হায়বীকো।
(কেতুকী মমীৎ খানা থোইরেন্দা য়েংঙি - কোল অদুম ফেংথরি)

লুখোই : তোতো মীত্তা অসেতো!
'খোয়'বুংঙোদা মীচ্চিনা
হাইরৌ লোংস্রৌ চনবিরে।

থোইরেন : ঐনা থম্বাল চিংবদি
পামজদুনা নত্তেকো,
কংথোইনবী মহাকপু
চোপহল্লগে শীনবনি।
ঐনা পান্দমজবদি
নহাকপুনি ইবেম্মা।

কেতুকী : থীদা শক্তা অসীদে।
(শাউনা ফুক হৌগৎলী - লুখোই মখূৎ অনী তিংথোক্তুনা)

লুখোই : 'সোমদা 'সোমদা অসোমদা,
'খোয় ইবেম্মা হায়বী-ও
'খোয় ইবুংঙো হায়বদা!

থোইরেন : (মখূৎ তিংথোক্তুনা)
সোমদা লৈরে ইবেম্মা
ইকায়রুনু, চঙলকউ।

কেতুকী : শক্তা থীনা খোনবাউবা
নচীষ্ণীনা শক্তাথী
ওদুম ওজনীংঙিদা।
(খানা য়েংলম্লগা ফেৎ হায়দোক্তুনা ঈশিং শোকপা কূমথখি)

লুখোই : হুম, য়ারোইদা শক্তাসে
সূকয়া য়াপোৎ নত্তেদা।

থোইরেল : নিংদোন পীং পীং চোংদুনা
খূত্তামোইনা তৌইহে!
শক লফজবা লাল্লিদা।

লুখোই : কৈদৌরগে ইবুংঙো।

থোইরেন : ইশক ফজরুবনা
চৎলু চৎলু মফমদা
শক্লা লাংবু ওইদুনা
কোককোক হেক্তা মথুইহে।
চৎলমদাইগী মীচ্চিদো
উহৌদ্রবা নহাকপো।

লুখোই : উহৌদদে 'দুবুদে।
চাদৌমখৈ শৃক্তুনা
শংত্রিক শংনা য়েংলম্মী।

থোইরেল : থোই-থোইলেম্বা থোইরেন্না
থম্বালবুতা মথেম্বা,
মাবু সূকথেম থেমদবা,
সীদা শাউরিবনিনে।

লুখোই : চুগী চুহি থুম্মীদা
চুগুম পল্লী খনাউদা
য়োৎপা য়াদে ওথোকই।

থোইরেল : মাগী ৰাঙাঙ-মীৎয়েংনা
চুগুম্নিদো ওথোকখাক।
মাগী ঐগী মরক্তা
নুংশি ঈচেল চেল্লিবা
চুহিনিনে খোইরুবা।

লুখোই : কনাই ককা অদুদি
ফারসিদো ইবুংঙো।

থোইরেন : ঐসু খল্লিবনিহে
হৌজিক হেক্তা চিংলগে।
(কেতুকী ঈশিং শোক্লগা লাকই)

লুখোই : লৈরাং লৈহি অথুম্বা
খৌরাংবনা মখোয়দৌ
খ্রোৎখোৎ খোৎনা খাঙলবা...

থোইরেল : কূৎ কূৎ থকচনীংলবা...

লুখোই : 'খোয় ইবুংঙো খোইমুদা...

থোইরেল : নুংশি লৈহি অথুম্বা

লুখোই : হৈথবিরো ওবোরো।

কেতুকী : হিগৎকনু য়েংনিংদে
ঐহাক চৎকে চখোকউ।

থোইরেল : ঐহাক সোমদা লৈজরে
সোমদা ওনশিন্নবিরক্লো।

কেতুকী : নুংশিদেদা শক্কাসে,
ইরী লিখৎলদুনা
ঙাওশিন্ননু চৎকেসে।

লুখোই : 'খোয় ইবুংঙো হায়বদা
ওইনজরিনিনেসে।

থোইরেল : নিঙঙোন্নদি ওইনবা
পাখংদদি ওইনমজে।
নুংওল্লবা ঐঙোন্দা
ওইন-ওইনা ওঙবিরো।

কেতুকী : নমায়দুদা খূবাক্লা
ওন্না ওন্না থার'দি
ওইনম্মিদো মায়থাবা।

লুখোই : ওইনজরিনিনেসে।
কৈদৌসিগে ওইনজৌ।

থোইরেল : কেনজবা হৈত্রগা
নুপীনদি চৈবূল চাই
ওইন-চাউমল্লবসু
চাদ নিঙাই করি লৈ ?
ফনা হায়রে মচৎপা
থীনা হায়রে মচৎপা,
ফনরিঙৈ মতমদা
নীংথিজনা চচ্চহৌ।

কেতুকী : চৎকে চৈনরম্লনি,
চখোকউনে অদুবো।

থোইরেল : নয়ূম চৎননবগী
নঙবু থিংবা নত্তেনে।
ঐগী য়ূমদা চত্তুনা
পানমিন্নসি হায়বগী
নঙবু ঐনা থিংবনি।
লাকও, লাওনে চৎসিনে।
(খরা চঙশিল্লকই - কেতুকী খরা হন্দোকই)

কেতুকী : ঙাওশিন ফৈজিন্নজনু
ককয়োং মানবা শক্তাথী।
করি থোকই হায়দুনা
হিগচ্চবা শারিনো ?

থোইরেল : অচ্চা, নঙগুম্বীনসু
খ্বাদৈ থোইবা থোইরেলবু
ককয়োং ককা হায়দুনা
লৈরম্মুদো চীঙ্থীবী।

কেতুকী : লাও-লাও নতীক লৈরগা
সনাবুন্না নমায়দো
কোপ্লনবা থাজিনগে।

(সনাবুল লংনবা থৌরাং তৌরি - লুখোই তুংলোমদা চঙশিনখিদুনা)

লুখোই : থাদোকউসে চীনগনবী।
(সনাবুল ফায়)

কেতুকী : ঙাওশিন্ননু থাদোকউ।
(সনাবুল মুন্নরিঙৈদা থোইরেল হোচ্চিল্লক্তুনা কেতুকীগী মখূৎ ওয় পায়দুনা)

থোইরেল : ওইনদুনা কান্নরোই,
ওইনচাউবী, চৎসি লাও!
(চিংঙি - লুখোইনা সনাবুল মুলহৌই)

কেতুকী : তেনবা লাইথক নঙনসূ
(হায়দুনা মখূৎ য়েৎনা থোইরেনগী মশম পায়রগা)
চিংনু থাদোকউনেহে,
থাদোকউনে মায়থাবা!
(কন্না চিংঙি - থোইরেল নাবনা মঙক পৈথদুনা শুগত্তুনা খাঙঙি)

লুখোই : চিংঙু, ওইনরিবনি।
হীঁ হীঁ! মহাক ওইনরে।
’বুংঙোগী শম ফোয়দুনা
হীঁ হীঁ, মহাক ওইনরে।

থোইরেল : থাদোকউনে হিংচাবী!
(মখূৎ ওয়না কেতুকীগী মখূৎ পায়দুনা চিংথরগা মখূৎ অনীমক শূপ্পায় পায়শিনখ্রে)
’সীদগীদি হাজনু
খোঙপাক্তুনা কাওদুনা
তাহৎ-নোইহৎলবদি
অরেম্বদা শিজনি।
(কন্না চিংঙি)

কেতুকী : কনা কনা লৈবগে ?
হো মী হাৎলে, মী হাৎলে ।

লুখোই : মহাক ওইনরিবনি,
কন্না চিংঙু ইবুংঙো ।
হো হাইয়ো, হৈ-হা ।

থোইরেল : মীনা লাও হায়রগা
(চীংলেম্বা চেল্লকই)

চীংলেম্বা : চিংনু মাবু থাদোকউ
মশানসু য়াদনা...

থোইরেল : নঙনা করি খঙদুনা
য়ারি পোৎনি য়ারিবা ।

লুখোই : মীনা ওইনজরগা
কো'খোয়'বুংঙো হায়বাকো !

থোইরেল : কল্লক-কমজাও লাক্লেনে
মাঙদা থারো লাওনেহে ।
(চিংঙি)

কেতুকী : লাকপিরিবা নহাকপু
নীপা নৎতরবরা ।
হিংচারবা'সীদগী
ঐবু'মুক্তা কনবিয়ু,
নতুং ইন্না চচ্চগে
নখোঙ খূয়া নোইজগে ।

থোইরেল : অচ্চা ! ঐগী ইমাঙদা
চৎলু, নঙগুম্বীনসু ।
(চিংঙি)

চীংলেম্বা : মশানা য়াই হায়বদাই?
(হায়দুনা হোচ্চিনখ্রে - থোইরেল মখূৎ য়ৈথখ্রে - অনীমক ফুনরক্লে)

লুখোই : অনী ফুনরিঙৈদা
মীচঙ চঙবা হৌনদে
'খোয় পাবনা য়ারমদে।
অদুঙৈসু ঙকচোয়খি,
লীক্লাইখোম্বা, নাখ্রেদা।
(হায়দুনা মচুবা নান্দুনা লৈ - চীংলেম্বনা ইনবদা থোইরেল খোংনাং মরাদা থেংজিন্দুনা মকোক কায়)

লুখোই : ইমাইপেম্মা, 'খোয়'বুংঙো
মকোক কায়রে, করম্নো।

চীংলেম্বা : হিংহঞ্জনীংলবদি
চৎখ্রো খোইরু, নবুংঙো
খোইজুদবু পুদুনা।
(লুখোই কিনা কিনা থোইরেলবু মবেঙবান্দা শৌহল্লগা পুখি - ৱাখন্না লাকশিল্লবী কেতুকী মমীৎ মনা কৃপ্তনা লৈবদু উরদুনা চীংলেম্বা মমায় লূকথখি)

কেতুকী : চৎলো, নহাক চৎখরো।

চীংলেম্বা : কেতু, কৈদৌরবগে?

কেতুকী : ঙসি ঐনা করিনো
তৌরুরিবা অসীবো!
করিগীনো ঐহাকপু
মাগী মখূৎবাক্তগী
মুলহল্লুরিবসিবো।
মুলহঞ্জরমদ্রবদি
নুংঙাইজরমদৌবনি।
ঐগী ৱাখন লানখরে
ঐহাক শেরান্নখরে।

চীংলেম্বা : নরাল নত্তে ইরান্নি,
নাক্তা লৈবা মীদুবু
নঙগী ওইনা মনীংবা
অউ অউ পামজবা
পাইরক পাইখু লৌওনবী
নঙনি খল্লুদবনা
পাখং ঐনা লানবনি ।

কেতুকী : অদু য়ৌনা ঐহাকপো !
ওঃ ! চীংলেম্বা, হায়মল্লী !

চীংলেম্বা : খঙজরে ঐ ইবেম্মা
ইমাঙদনা অমা-ঙাঙ
ইতুংদনা অমা-শক
তাত্তৌ কোন্দৌবিরনু ।
য়াইফ-চেনবী নহাক্কী
চাউখৎপগী ঈচেন্দা
পম্থিংলিবা ঐহাক্কি ।
নুংঙাইহৌরো ঐ চৎলে ।
(চৎকে তৌই - খাম্মী)

কেতুকী : ঙাইখো, তাখো পূক্লীংগী
ৱাফম অসী'মতদি ।

চীংলেম্বা : নত্তে ঐবু থাদোকউ,
নঙগী নাক্তা লৈরগা
নুংঙাইজবা কায়গনি ।

কেতুকী : অসীদদি তাবিখো...
নহাল নোংমা থোকখিবা
করিসুসু লৈত্রবা
থৌদোক্কুগীদমক্তা

নিংথৌ মনাই থাদুনা
ফাদৌবগী তান্নখি।
ঙসিসীগী থৌদোক্তি
নহান্দগী হকখরে।
মাগী মকোক কায়খরে...
করি থোক্লগদগে
খল্লুবদা ৱাবনা
য়েগায়-থিনগাই লৈতবা
মফম য়ৌখিনবগী
ঐনা নঙবু তানবনি।

চীংলেম্বা : ঐগী ইমায় ঙাক্তুনা
হায়বিরিবা অদুগী
ঐনা লম্মল তোঞ্জরে।
ৱাখল্ থেনবা ওইবনা
নৃরা নঙগী নকাদা
পৃক্লীংগী ৱা ফোংদুনা
লোইরঙ-শিঙ্খোঙ ওইখরে।
ঐগী ইরাল ঙাকপিয়ু
ঙসি নুমিৎ'সীদগী
কায়নরসি অসুম্মক।
(চৎখি - নীংবা কায়না কেতুকী)

কেতুকী : চৎলবরা চীংলেম্বা!
(খরা তান্নে - চপ লেপ্লী)
নীপায় পৃকচেল অসীরা!
ও: ...!
(হায়না ৱানা লৈরিঙৈ মতমদা তোঞ্জাউগা লুখোইগা লাকপা উরদুনা কেতুকী সনাবুল পায়খৎলগা উরিকশিবী মরুমদা লোৎখি)

লুখোই : সীদনিসে অশূপ্পা,
চূবা য়েৎলোম ওয়রোমদা
খূতুমদুনা পোপ্লোপ-থা
তাপ কোন, নীংগোঙ হুন
পাক-লং করোঙচাক য়ুং
উরাসীদা পুপ তা
'বুংঙো মকোক ফোং-কায়
মখোঙ ফ্রিং-কাও ঐনা পু
অসীনিনে অশূপ্পা।

তোঞ্জাউ : অচ্চা! মাগুম্বনসু
তম্ফা খূদোপ কুল্লবা
তাঙনা ফংলবা ইচাবো!
মহাক কদায় য়ৌখরে?
(কোইয়েং য়েংঙি)

লুখোই : অসীৱাইদা লৈহৌই।

তোঞ্জাউ : লৈরে, আদা চৎলেসে।
চৎলু লুখোই, থীল্লনু
হঞ্জবদা হায়রগা
দোলাই পাবা পুরকউ
ঐহাক মাবু য়েংলমগে।
(লুখোই চৎখি)
লোইশিনবদা মহাকপু
লুপা লিশীং মঙাইদনা!
(চীংলেম্বনা চৎখিবা মায়কৈদা চৎপা হৌরকই - ফি চোন্না ইন্দুনা লীক্লাইখোম্বা লাকই)

লীক্লাইখোম্বা : ইপা'বুংঙো লল্লেবা,
ঙাইহাক্তদি লেপ্পিখো।
(তোঞ্জাও লৈশিল্লকই)

তোঞ্জাউ : হায়য়ু করি হায়নীংঙি ?

লীক্লাইখোম্বা : ঐবু শকখঙবিবরা ?

তোঞ্জাউ : খঙঙি করি তৌগগে ?

লীক্লাইখোম্বা : ঐনা লুমজরকপসে
মতম কুইনা ওহোক্লা।
ইরাইবক্লা থীবনা
থেংনজদে নোংমতা।
লাইবক ফরুরমাল্লে
থেংনজরে ঙসিদি।

তোঞ্জাউ : কৈদৌনবা লুপ্লিবা ?

লীক্লাইখোম্বা : ইপাই লম্মল খুম্নবা।

তোঞ্জাউ : ঐনা করি তৌবগী ?

লীক্লাইখোম্বা : সনা লৈপাকসীদগী
মফম মরাং খঙদনা
মাঙহন তাহনখিবগী।

তোঞ্জাউ : ঐহাকনরা অদুবো ?
(চৎকে তৌই)

লীক্লাইখোম্বা : লেংবিখিনু কান্নরোই...
মফম মরাং খঙদনা
ইঙাক ইঙাক্লদুনা
শিবা পাম্বিদ্রবদি
লেপ্লিরিবদুদগী
খোঙথাঙ'মতা থাংবিনু।

তোঞ্জাউ : খোঙথাঙ'মতং থাংবদা
নঙনা কৈদৌ-দৌরিবা ?

লীক্লাইখোম্বা : (থাঙ উত্তুনা)
ঐগী কবাক থাঙসীনা
ইপাগী ঙক ককচনি।

তোঞ্জাউ : ইমাই পেম্মা, হঙ-হঙ-হঙ!
শৌবিং শৌবিং লাউরবা
তুজুংলবা ব্রা-ঙাক্তা।
হায়হেদেকো হায়গনু।

লীক্লাইখোম্বা : চীনগী লান্দি কান্নদ্রে,
য়েংনরসি খূৎলাইগী
হাচ্চনীংদে লোন্নদি,
মায়োক্লবা লানবাদা
ঙম্লে ঐবু হাৎপিয়ু,
ঐনা ঙম্লে হাচ্চগে।
ঐগী থৌরাং লোইজরে।
(ইল্লিবা ফি লৌথোক্লগা থাঙ পায়দুনা লৈরে - য়াররোই খঙলদুনা তোঞ্জাউ ফাক ফাক নোক্লক্লে)

তোঞ্জাউ : লীক্লাইখোম্বা নহাক্তি,
নপায়'মচা মান্দেদা।
নপাদুদি থৌইদো...
মরিঞ্জেনগা, পাঙ্গলগা,
মহৈগনা চুংশিল্লী।
খূত্তা খূৎলাই পায়দবা
মীদা খূৎলাই খক থাদে।

লীক্লাইখোম্বা : কায়না মৈচাক পুবদা
ঐহাক লেপ্পা ঙমজদ্রে।
থীন্দি থীহুবিরনু
অপাম্বতা হায়বিয়ু।

তোঞ্জাউ : নঙনা নীপা থোক্লবা
নপায় মচা শেংল’দি
থাঙদু থাপ্লা লংথোকখো।
হনুরবা ঐহাক্না
ইনখৎলকপা নহাক্না
পাঙ্গল পাঙ্গল থেক্লসি।
পায়ননুসি খূৎলাইদি।

লীক্লাইখোম্বা : ফরে, চোংথোকপিরক্লো।
(থাঙ থাপ্লা লংথোকখি - উরিকশিবী ময়াদা তাখি - মফি শেম্মী)

তোঞ্জাউ : নঙগুম্বদি হায়রক্নু,
নপা অদুমক্লবু
খৌতক তৌনা খাঙলিবা
তোইজম মচা তোঞ্জাউনি।
(অনীমক ফিবম তৌনৈ, চোংশিন্নরমদাইমক্তদা তোঞ্জাউনা খংপ্রেক খংনা লাউরকই)

তোঞ্জাউ : ইমাই পেম্মা মাঙলেহে,
য়েংউ কোয়েৎ অঙাঙবা
(খূদোনবী থিন্দুনা তাকই - লীক্লাইনা য়েংথোকখিবমক্তদা তোঞ্জাউ চেনশিনখিদুনা থাঙ পায়খ্রে - ফাক ফাক লাউনা নোকথোক্লক্লে)

তোঞ্জাউ : চোইহা, শোইনৌ নঙনসু
লল্লেবদা শিঙবা শাই।
(শাজেন তৌনা লৈ)

লীক্লাইখোম্বা : লাওহে লৌনম চাউরবা
থাঙদু মুল্লে হায়রগা
নথল্লায়দু লৌবিগে।
(শাজেন তৌই)

তোঞ্জাউ : অচ্চা ! নঙগুম্বনসু !
লৈরম্মুদো খঙগনি ।
(চেনশিনগে তৌরবমক্তদা উরিকশিবী মরক্তগী কেতুকী পোৎলোয়বগী শীংখাক অমা পায়রগা তোঞ্জাউগী মতুংদা লোন্না চঙশিনখিদুনা মখূৎ অনী চঙনা তোঞ্জাউগী থাঙ পায়বা মখূত্তা কন্না ফূথরকই - তোঞ্জাউ থাঙ থাদোক্তুনা অশোকপা মখূৎ, মখূৎ ওয়না পায়রগা)

তোঞ্জাউ : ইস... ! ইস... !
(হায়না অনাবা খাঙলিঙৈ - কেতুকী থাঙ পায়খত্তুনা লীক্লাইখোম্বদা লংদুনা পী - কেতুকী হান্নগী মফমদা তন্না হঞ্জিনখি - লীক্লাইনা থাঙ হেক পায়খৎপমক্তদা তোঞ্জাউ মমীৎ পাংথোক্লক্লম্মী)

লীক্লাইখোম্বা : হায় ! লৌনমচাউবা মীনূখাঙ !
নঙক কেনবা তারেদো ।
(হায়দুনা হোচ্চিল্লক্লি)

তোঞ্জাউ : হো মী হাৎলে, মী হাৎলে ।
(হায়না কন্না লাউবগা চেনবা হৌরক্লি - মায়কৈ অদোমদা লাক্লিবা চীংলেম্বনা)

চীংলেম্বা : কদায়দনো চেন্দৌবা
লীৎফম লৈতে নহাক্কী ।
(থৎলী - তোঞ্জাউ মমায় ওন্দুনা মায়কৈ অমরোমদা চেনগে-তৌবমক্তদা লীক্লাইনা হঞ্জিল্লক্তুনা)

লীক্লাইখোম্বা : শিজরোহে ফত্তবা !
(হায়দুনা থাঙনা তোঞ্জাউগী মবূক্তা থিল্লে - তোঞ্জাউ লাউ-খোংনা লৈমায়দা হাইথখ্রে)
ইতাও ! লীক্লাইখোম্না
পোকচবগী কান্নরে,
ইপায় লম্মল খূমজরে ।

চীংলেম্বা : ইতাও!
(হায়না চেনশিন্নদুনা অনীমক কোন্নরি - দোলাই পাবা হঞ্জবা দোলাই পাবা খরগা লুখোইগা চেনমিন্নরকই)

লুখোই : মাঙলেদনা হা পুরেল!
(চেনশিন্দুনা পেহৌ পেহৌ কপ্পী)

হঞ্জবা : অমতখক চেনফদে।
মীহাৎপা মী কনানো?

লীক্লাইখোম্বা : ঐনি, ঐনা হাৎপনি,
লাক্লো ঐবু ফাবিরো।
(থাঙ হুন্দোক্তুনা মখূৎ অনী তিংথোক্তুনা লৈ - ফাদৌবগী দোলাই পাবা হোচ্চিল্লক্লি)

চীংলেম্বা : মীহাৎপদি ঐহাক্লি
ঐবু ফাবিররো-লাও।
(মখূৎ তিংথোকই)

লীক্লাইখোম্বা : নত্তে, ঐনা হাৎপনি,
য়েংবিয়ুদো হঞ্জবা,
ঐগী খূত্তা পায়রম্বা
থাঙশাংসীগী মতোন্দা
হৌজিক ফাওবা ঈ পক্লি।
মাসীমক্লা থিন্দুনা
ঐনা মাবু হাৎপনি।
ঐবু ফাগদবনি।

চীংলেম্বা : মানা চেহ্ছোক্লকপদা
ঐনা থৎলমদ্রবদি
মীয়াম হোচ্চিল্লক্তুনা
মাবু কল্লমদৌবনি।
খহুবিয়ু হঞ্জবা,

লল্লেববু থভূনা
ঐনা ফাবা মরম্না
মানা থাঙনা থিনবনি,
নত্রুবদি থিল্লল্লোই,
ঐনা হাৎপা নত্রুবা ?
ঐবু ফাগদবনি ।

লীক্লাইখোম্বা : মীহাৎপদি ঐগী ক্রি,
ঐবু ফাগদৌবনি ।

হঞ্জবা : মানা থৎলে হাযরগা
নঙনা থাঙনা থিনবকো ।
অদু ওইরবদিকো...
(রাখল খষ্টে)

লুখোই : (তেংথাদুনা)
মাঙলেদকো হা পুরেল,
পুরেল নঙবু নাককপা
মীনা নাতং কৌর'সু
লুখোইদদি হায়নিমা
নাককপনে নাককপা ।
ইহিক ! ইহিক ! নুংশিদা !
খল্লু খল্লুরগদুম
লুখোই থম্মোয শেগাক-কায
মমীৎ মপি ওবো তা
নুংশা শোরদি পীৎ পীৎ হোল,
অহেম..., উম... হায়নিমা ।
নুংশিদকো নুংশিদা,
পেন্না পেন্না কৌগেকো
হো নাককপা, নাককপা ।
(কপ্পী)

হঞ্জবা : মীবু থৎলে হায়রগা
থাঙনা থিন্দৎহনবকো।
ফাওহে মখোয় অনীমক।
(ফাগে তৌবমক্তদা কেতুকী পোৎলোইবগী অরেম্বা হুন্দোক্লম্লবা
হৈগ্রেঙ শিঙ্গবাক অমা পায়দুনা হোত্তোক্লকই)

কেতুকী : ফানু, ফানি করিগী?
ফাবা য়াদে অম-ফাও।
(ময়াম ইঙক ঙক্লে)
হা হা হা হা! অপঙবা!
তোর-রিংবা ওইবনা
মীগী পোইরৈ খঙদবা,
লৌশুদ্রিবা অপঙবা,
ময়াঙ শঞ্জাউ নারেকপা
চাউবঙ ঙাক্লি অনীমক।

হঞ্জবা : নুপীমচা, কৈদৌবা?

কেতুকী : হায়জরক্কে তাবিয়ু...
ময়াঙ শঞ্জাউ নারেকপা
নোংমাইথেম্বা লীক্লাইনা
তোঞ্জাউ হাৎনি হায়দুনা
থাঙশাং অমা শত্তোকই।
লৌশিং-শিংবা তোঞ্জাউনা
নিপা থৌদাং য়েংনসি,
পায়ননুসি খূৎলাইদি
হুন্দোকখ্রো হায়দুনা
হুন্দোকহনখি মাগী থাঙ।

হঞ্জবা : উম-উম, মদুদগীদি?

কেতুকী : শিবা চঙবৈ লানফমদা
শন্না মনা লেকইঙৈ

তোঞ্জাউ চেনশিনখিদুনা
থাঙশাং অদু খূল্লগা
হাৎকে তৌরে লীক্লাইবু।

হঞ্জবা : মদুই মতুং তাবদি ?

কেতুকী : অদুক মীৎয়েং তাবিসি...
ঐগী খূত্তা পায়রিবা
পোৎলোইবগী মৈখাকসে।
হৈক্রেঙ-শিঙ্গৈবাকসীনা
থাঙ পায়রিবা মখূত্তা
ইখা চীক্লা থারগা
থাঙশাং অদু য়ৈথখি।

লুখোই : নথৌ নেকপ্রা অদুক
অওৎ-অপা শারদনা।

কেতুকী : চৈনাখোন্না লল্লেবা,
লৌমাঙননা লৈরিঙৈ
থাঙশাং অদু ঐহাক্না
পীখি লীক্লাইখোম্বদা।
মান্নি নত্তে য়েংবিয়ু
মাগী মখূৎ য়েৎথংবা
ঈহিং-নাইহিং শারিসে।

হঞ্জবা : করি লৈরি হায়নীংবা
হায়রো পঙ্থরগনু।

কেতুকী : অদুগুম্বা থাঙশাংদু
ঐনা পীরমদ্রবদি
লল্লেবনা লীক্লাইবু
হাত্তোকপিখ্রদৌবনি।
থাঙশাং পায়বা তোঞ্জাউবু

নাম্মা হোবা, নাত্রংবা
মীগী পোইরৈ খঙদবা
চীংলেম্বনা করম্মা থৎপা, ফাবা ঙমগনি।
ঐনা থাঙদু পীদুনা
মাব্ থিলহনবর্তানি।
মাদি ঐগী খূৎনেক্রি
মীহাৎপদি ঐহাক্রি,
ঐবু ফাগদৌবনি।
লাক-ও ঐবু ফাররো।
(মখূত্তা পায়বা শিঙথৈবাক থাদক্লে - মখূৎ অনী তিংথোক্লুনা
পুন্নবা লেপ্তুনা লৈরে)

হঞ্জবা : দোলাইপাবা, অহুম্মক।
(দোলাইপাবা চঙশিনখিদনা মখোয় অহুম্মক মখৎ পনথ্রে)

# মঙাগুবা উৎপা

## মন্দলে কোনুং

মফম : শঙ্গায় মাংগোল

মতম . অয়ুক

(ইযেং নিংথৌ লাল্লোইহঞ্জবগা মনাই খরগা ঙাঙনা ঙাঙনা লেংথোবকই থাদুনা থম্লিবা তাংলন্দা লেংশিল্লি)

ইযেং : ঐগী থরায় নুংশাইতে।
পোইরৈ মৈতৈ মপেংপাক,
মথক মথা ওন্দুনা
খঙ্জোং-মাংজোং পালহনগে।
ইতেং ঐগী লৌদুনা
পোইবে ফম্নান তেংথবা,
ঐনা মাগী নিবদা
কুম্লনা লৈখিবা
মারজিং নিংথৌ খণ্ডগনি...
শনায় লাইশং থুগাইগে,
মৈতৈশিংগী কোক্রেনা
লৌতাক ঈপাক ফুন্নগে।
নোংপোক চীংজাউ নোংমাইজিং
হোত্তোক্লগা শিংশীৎনা
ইম্ফাল পুম্না ফুমজিনগে।
লাল্লোইহনবা, তারিব্রা,
মহূ চাউবা মৈতৈনি
চেকশিন্দবা য়াদেকো।

লাল্লোইহনবা : ননাই ঐহাক লৈজরি।

ইয়েং : ঐবু হাৎননবগী
ইয়াম্বনা অদুগৈ
কোয়তান তান্নরিঙৈদা
কালেন থাগী চাক্লবা
মৈবা চিংবা নুংশাদা,
নোংজুথাগী কল্লবা
ফূইনা চুবা নোংলক্তা
ইরাবতী তুরেনগী
খুদোংথীবা খোংনুংদা
ৱানা চাক্লা খাঙখিদো।
ইনাই, ইশল, ইশামক
চরা তোয়না হেন্দুনা
ইপূক পায়না খাঙলফাও
চঙজরকপা মারজিৎপু
লুনা চান্না থমদুনা
মপূক থন্না পীজখি।

লাল্লোইহঙবা : ননাই লোইনা নীংশিঙ্গে
ময়েক লানা থম্মোয়দা
ইশিন্দুনা থমজরি।

ইয়েং : অদুগুম্বা মতমদা
নূংপাক থক্তা কাদুনা
থাঙগী ময়া চীক্লগা
নতেং ইতেং পাংনসি
ৱাশক্লখি ঐখোয়'নী।
ৱাশক্তুগী তুংইন্না
ঐগী ফিভম চাদ্রিঙৈ
মতেং হান্না পাংলগা

তাম্বোক্তুনা চৌরজিৎপু
মখুৎবাক্তা ঐহাক্না
মৈতৈ লৈপাক শিন্নখি।

লাল্লোইহঞ্জবা : ননাই ঐহাক ইশামক
মাগী মতুং ইন্দুনা
লাম্ছেংনবা য়াওজরুই।

ইয়েং : মাদি নিংথৌ ওইদুনা
ফিভম চেৎনা পানখরে
ঐদী তুরেল খোংনুংদা
হাউমু হাউমু মওইরি,
নোংমতসু মহাক্না
করি লৈগে হায়রক্তে।
ইযাম্বগী মথক্তা
ঐনা লান্দাদ্রিঙৈদা
ইখুৎমক্না ইদুনা
মতেং পীয়ু হায়জখি।
ঐগী ইমায় য়েংদনা
ৱাগী মচেৎ অমতা
হল্লকখিদে মহাক্না
কয়াই মতীক লৌনম্বা
শাগুম্লবা মহাক্নো।

লাল্লোইহঞ্জবা : লমচৎ শাজৎ পূকচেন্না
মীনি শানি মতাকই।
শাগী পূকচেল চেল্ল'দি
মীসু শানি ইনিংথৌ।

ইয়েং : চৎলমদাইদা মহাক্না
মচীম্বোক্না হায়রম্মী

''ঐনা লানসি ঙমদুনা
নিংথৌতবু ওইর'দি
মৈতৈ লৈপাক হূপ্পা-লাক
তেংবাংজনি ইতাওগী।
অসীগীসু মথক্তা
ইনাওশিংনা পোকচবী
মৈতৈ থম্বাল শকহেনবী
মায়োক থাফম ওইদুনা
কচ্চগনি ইতাওদা।''

লাল্লোইহঞ্জবা : মদুর্মক্তি ইনিংথৌ,
তাজহৌই ননাইসু।

ইয়েং : লম্মল, ঐনা করিগী
খুমদদুনা তোক্কনি।

লাল্লোইহঞ্জবা : মদুই লম্মল খুন্নবা,
খাম্রঙ তেঙ্গোল অচৌবা
শেম্বা শাবা লোইজরে।
খূৎলাই, চীঞ্জাক চঙদোবা
লোইনা থৌরাং তৌজরে।

ইয়েং : খূৎলৌ পাল্লৌনদনা
চৎননবা লম্বী থোঙ
করম তৌরি হঞ্জবা।

লাল্লোইহঞ্জবা : নহানগীদি নংলক্রে,
অদুম অদুম ওইনমক
খরা খজিক মরাৎলি।

ইয়েং : থা অনীগী মমাঙদা
লম-য়েংনবা চৎঙৈদা
নিংথি তুরেল তোঝাদৈ

ঐনা নোংমা লোক্লকপা
নীপা অদু কমদৌরি ?

লাল্লোইহঞ্জবা    ননাই অদু ইনিংথৌ
মশা মউ ফগৎলে,
মীরোল তারে ঙসিদি ।

ইয়েং : মাবু য়েংগে লৌহল্লু ।

লাল্লোইহঞ্জবা : চৎলু মাবু লৌরুচো ।
(নীপা অমা চৎখি)

ইয়েং : ঐগী খাম্রং তেঙ্গোয়া
লেপ্পা ফাওবা চন্দ্রবা
লৈপাক খুজোক অমগী
নিংথৌ ওইবা ফংলগা
মারজিৎ, নঙদি থোঙ্গবনা
মীশক খঙদ্রবোইদকো ।
খঙগনিদো হন্দক্তি ।
(লিছোইঙম্ববু শমদুনা পুরকই)

লাল্লোইহঞ্জবা : মীথোই-মীহেন উৎলবা
মীরাইথোক্কী ময়িনা
লাইবক তম্ফা থিল্লিবা
মতীক মঙাল নাইবসে
ননিংথৌনি খুরুমজৌ ।

লিছোইঙম্বা : খুরুমজরি ননাই ঐ ।

ইয়েং : নশা নউ কমদৌরি
খরা নুংঙাইজরব্রা ?

লিছোইঙম্বা : নুংঙাইজরে ননাই ঐ ।

ইয়েং : নমিং করি কৌই নঙ ?

লিছোইঙম্বা : লিছোইঙম্বা কৌজেদো।

ইয়েং : নমিংদুগা চান্নলা
লৈজবরা নরীন্দি ?

লিছোইঙম্বা : পাংদবদৈ পাংদ্রবা,
কিগনবদৈ কিগনবা,
ননাইনিদা নিংথৌরেল।

ইয়েং : নঙগী নতীক থৌনাবু
শীংথাগদ্রা নশানা।
ঐনা খঙঙি নরীংজেল।
অদুম অদুম ওইনমক
ইনাসীনা তানীংঙি
হায়যু লিছোই থূপকনু
নঙবু পোকপা পছৌবু
নঙনা নুংশিজবরা ?

লিছোইঙম্বা : করি হায়নি নিংথৌরেল,
ইথৱায়দগী হেন্দোক্লা
ইপানদুম মনুংশি।

ইয়েং : ময়াথংবু ঙাকপদা...

লিছোইঙম্বা : থৱায় থাবা কিজদে।

ইয়েং : নরৈবাক্কী অমদি
ননীংথৌগীদমক্তি
করি তৌবা ঙমজনি ?

লিছোইঙম্বা : হায়জনীংঙাই লৈজদে
অনীসীগীদমক্তা
পোকচ-হিংজরিবনি।

ইয়েং : নৱা তাবা নুংঙাইদা।

মৈতৈ পোইরৈ লৈপাক্তা
লান্দাদৌরি নিংথৌ ঐ,
নঙনা লাঞ্জিন থংদুনা
মৈতৈ পাগদবনি।

লিছোইঙম্বা : ননাই ঐহাক ঙমজরোই।

ইয়েং : করি, লিছোই করম্না?
নচীন্দুনা হৌজিক্তা
হায়দোকখিবা নৱাহৈ
ঙাক্লা চৎলোই হায়ব্রহে?

লিছোইঙম্বা : ঐনা করি হায়জখ্রে?
ফারে, ঙস্লে হায়দুনা
পঙতাক তাকপিগনুদা।
করি থৌগী ঐহাক্লা
ঐগী ইঈ মৈতৈবু
লাছেংনজরুগনি।

ইয়েং : নহাকসীবু মৈতৈরা?

লিছোইঙম্বা : মানি ঐহাক মৈতৈনি।
মাগী ঈগী হৌরকফম
মরৈবাক্কী, অমদি
মনিংথৌগীদমক্তা
থৱায় থাবা ঙম্লবা
মৈতৈ ঈদা পোকপনি।

ইয়েং : হা হা হা হা হা!
অমুক হন্না হায়রিনে,
নঙবু মৈতৈ মচাকো?

লিছোইঙম্বা : ইরৈবাক্কী নিংথৌনা
তাছোকপিরক্লবসু

ঐগী ইঈ মৈতৈগী,
খোয়রী-লিনশাং তাখিবা
ইমা লৈপাক পোক্লফম
পোইরৈ সনা লৈপাক্কী
নত্তে ঐদি য়েক্লবা।

ইয়েং : তুমিন লৈয়ু তানীংদে।
নব্রাহৈবু ঙাক্তুনা
নরৈবাক্কী অমদি
ননিংথৌগীদমক্তা
লাম্থেংনদৌবনি নঙ।
পাক্লা চাউনা ৺ক্লবা
ঐগী অব্রা লৈপাকসে
নরৈবাক্লি নহাক্কী।
নঙবু থৌদা পীরিবা,
ব্রাতেম্লিবা ঐসীনা
নঙবু পোকপা নপানি
নরৈবাক্কী নিংথৌনি
অসী খঙনা ঙাওঙুনে।

লিম্ছোইঙম্বা : হা হা হা হা হা!
ওইথোক্রুবা ব্রাফম্নি।
মৈতৈমচা লিম্ছোইনা
লৈপাক নিংথৌ হোংদুনা
মীগী মনাৎ লৌরগা
মপাচাগী মাঙনবা
শম্মা মফৈ অমফাও তৌরমগনি খনবিনু।

ইয়েং : মৈতৈরনে নহাকপো?
নচীম্থীনা ঙাওগনু
কবো মচানিনে নঙ।

লিম্বোইঙম্বা : ঐবু কবো মচাকো!
মৈতৈ ইনাৎ থাদুনা
মীনাৎ কবো ওল্লবা!
ইয়েং নিংথৌ হকমল্লি
নখূৎ চল্লে হায়দুনা
অরাক তম্না হায়বিনু।

ইয়েং : হৌন-লোঞ্চৎ খঙবগী
মম্মি ফাওবা তাদ্রবা
তাওনে অপঙ নহাকপো।
নঙবু ঐনা লোক্নুনা
ঐগী ওইরবনি নঙ।
চনিংখোম্বা কৌদুনা
নঙবু অমূক ঐহাক্না
নৌনা পোকপিরবনি।
মৈতৈ ওইনা পোক্লিঙৈ
নহালমুক্কী নপোক্তো
অদুক খল্লু অপঙবা।

লিম্বোইঙম্বা : ঐবু নৌনা পোক্লবা!

ইয়েং : নরৈবাক্কী নিংথৌনা
নঙবু তাম্বোক্লকঙৈদা
নখূৎ তুংবুন পুন্দুনা
নমীৎ-চেৎনা পুনশিনখি।
হাপূং, তিংখং, উচূংনা
শৌরাং শানা লৈরবা
ব্লারক উরক ফাওদুনা
নমদা ব্লাশা শাজেনা
শেৎ-শেৎ লাউনা কন্দুনা
শা-শল হৌইগুম হোইদুনা

নঙবু নিংথি তোর্ব্বানফাও
পুরকখিবা কাউব্রহে ?

লিছোইঙম্বা : ঐগী পুন্সি অসীদা
করম তৌনা কাউগনি ।
অদুম অদুম ওইনমক
লৈপাক নিংথৌ অনীগী
য়েক্ল-শীংদা চন্নবা
ইপানাৎপু থাবদি
ঙম্লোই লিছোইঙম্বনা ।

ইয়েং : তাখো, চৈরকখৎখিনু ।
অসুম তৌনা লাকপদা
শবৌ শাগী মশাগুম
নখোঙ খূয়া শিঙ্ছুংনা
পূংয়ু য়ূখি তিংখংনা ।
তোয়না খুদি থীবনা
নখোঙ-মচা পূম্নমক
খূজিল লোংখূম হুদোকখি ।
থেংজিনবদা উপান্দা
য়ৈশিনবদা ৱা-পান্দা
নমীৎ নমায় খাক্তনা
নশা নউ পূম্নমক
ঈহিং-নাহিং শাখিদো ।
নিংথি তুরেল য়ৌরক্লে
নারক'মদা পুশিল্লে,
''লল্লেবদা লাঞ্জরে,
হায়য়ু নথৱায় কনবিগে''
হায়না নঙবু পাউহংলে ।
নঙনা হায়দরবদা

ননঙন্দা চৈতূপ্পা
ফৃবদগী নত্তহে
নঙনা ৱাছ্খিবদো।
অনীশুবা চৈফূনা
নশাদুদা তাদ্রিঙৈ
ঐনা চেনশিল্লক্কুনা
নঙবু ফারে হায়রগা
পুরক্লিবা অহূমদো
অঙাং ওলহলখিদুনা
নঙবু লোকপা নৎতরা ?
নরীংজেন্না কল্লি'দি
অদু য়ৌনা শোক্ল-ফাও
অয়ো হায়বা তাখিদে।

লিষ্লোইঙম্বা : অদুম শিজরল্লদি
মীৱা মীশা তারল্লোই,
অৱা-অনা পূম্নমক
লোইনা কোক্লমদৌবনি।

ইয়েং : মৈতৈ লিষ্লোইঙম্বদি
অদূম শিখ্রবনিহে!
ঐনা নৌনা পোকপিবা
চনিংখোম্বা কৌববু
য়ূমদা পুবিরক্কুনা
তিংখং লোইনা হনবিরে,
খোগায়-থিনগাই পূম্নমক
হীদাক লাংথক তৈদুনা
কন্না লাইকন্নবিরে।
মহাক হেক পোকপদা
মমা কায়নখরবা

অঙাং পিশক য়োকপগুম
শিন্নৌ লশিং মপোপ্লু
ঈশিংদদি লূপ্লগা
নচীনবান্দা থল্লগা
খজীক খজীক লেকল্লক,
কূপ্না তোইনা শায়রবা
চইন-চাকপু চীন্দগী
নচীন্দুদা ইন্দুনা
নশা মথেল ফাহল্লক,
অসুক ব্রানা য়োক্লকপা
নপা ঐবু নহাক্লা
কৈসু ওইনা খন্দ্রবা।

লিহ্বোইঙম্বা : ওঃ! ইনিংথৌ, ইনিংথৌ।

ইয়েং : হায়... তৌবিমল খঙদ্রবা,
শাহিং-ঙাহিং চারবা
খূজীল পানবা লমগীশা!
চৎখ্রো চৎলো য়েংনীংদে।

লিহ্বোইঙম্বা : ঐহাক লাল্লে ইনিংথৌ,
ননাই ঐবু ঙাকপিয়ু।
কবো অমা ওইদুনা
থব্রায় হকচাং পূম্নমক
খূয়াখাদা কচ্চরে,
লৌশিনবিয়ু ননাইবু।
(ইয়েংগী মখোঙদা তুথখ্রে)

ইয়েং : চনিংখোম্বা, হৌগৎলু।
(কোনখৎপিরে)

## অনীশুবা তংখাই

### ১বা উৎপা

### থম্বৌস্নাগী যূম

মফম : পুখ্রীমপাল

মতম : য়াচঙবা।

(ইংখোলগী মতোংদা চীংখৈ পাংনা লৈবা মরাক ময়ুং মান্নবা পুখ্রীনি - মপাল অকোয়বদা মফম চানা চানা হৈপাল লৈপাল নীংথিনা হৌরি - থম্বালস্না লৈপাল অমদা ঙাদুনা ইশৈ শক্লি)

**ইশৈ**

করিগী কাইহৌরি
ক্লাক্তাগী নামিবা
কাইনবী নুজাগী
থম্মোয়সে কায়নবা।
পামুগী মপাউবু
কাংলবী নাকোংদা
কনাগী কাইহৌগী
লাইব্রাবু কান্বনো!
কায়নবা মৈচাক্কী
শারবা কন্থীদা
কেম্নবা ঙৌবিরে
নুজাবু নহাক্লা।
(থম্বালস্না মমীৎ ঈরা চেন্না মীৎয়েং হোংদনা লৈরিঙৈ-থম্বৌস্না লাকই)

থম্বৌসানা : ইপায় থম্বাল সনাহল !
(থম্বালসানা মপি তৈথোকই)
হিং: ! করিগীনো ইবেম্মা,
কপ্লিববো নহাক্না ?

থম্বালসানা : পাবুং, কৈসু তৌদেদা।

থম্বৌসানা : ইপায় লাংলেন ইবেম্মা,
ননীং করি থুংদবা
হায়য়ুগবা ইপাদা।

থম্বালসানা : ইপাগীদি মপান্না
শেৎপা চাবা থকপদা
কৈসু ৱাৎতে নমোমগী।
অদুমদি ওইরগা...
(কপ্পী)

থম্বৌসানা : কপকনু ইবেম্মা,
নঙনা নুংঙাইত্রিবদো
ইপা লৈরি হায়য়ুনে।

থম্বালসানা : ৱাথোকচাউবী ওইদুনা
মপোকথীনা পোকপগী
চুম্না কপচবনিদা।

থম্বৌসানা : করম তৌনা ইবেম্মা ?

থম্বালসানা : মপা মচা কায়নবা,
মীহাৎ মীপুল থোক্লিবা,
লাইবকথীবী অমনা
মফম মরাঙ খঙদনা
কৈশুমদগী মাঙাখবা
ঐগী মরমদগীনি।

থম্বৌস্না : অদুগীরা নহাক্লা
মীৎস্না পিনা ঈৱায়না
নপোকতুবু চৈদুনা
তেংথা-নাওইরিববো ?

থম্বালস্না : ইশুংলাংগীদমক্তা
মীকোক মরি মাঙবসে
লাইবকথীবী ঐহাক্কী
কয়াই মতীক চাউখ্রবা
কোকঙমদ্রবা ইরান্নো ?

থম্বৌস্না : ইপা হায়গে তাখোনে
লৈপাক ৱায়েন তাবদা
হাৎপা তারে অহূম্মক
ঐনা কন্না য়েৎপনা
অনী'মদি কল্লেদো।

থম্বালস্না : কনা কনা কল্লবা ?

থম্বৌস্না : কেতুকীগা চীংলেনগা।
চহী তরানিথোইখক
কৈশুমশঙদা ফাদুনা
থম্বা তারে চীংলেম্বা।

থম্বালস্না : কেতুকীনা করম্না
কৈশুমদগী মাঙখিবা ?

থম্বৌস্না : নত্তে নত্তে মাঙখিবা।
মাবু চহী অহূমখক
উচান-খাঙহন্নবগী
থাখিবনি লোইলমদা।
খূৎমাবমক ওইবনা
লীক্লাই কনবা য়াখিদ্রে।

থম্বালম্না : লীক্লাই কনবা য়াদ্রবা!

থম্বৌস্না : য়াখিদরে ইবেম্মা।
ওল্লকপগী তরানী
পানবা নুমিৎমক্তদা
হাৎপা তারে মহাকপু।

থম্বালম্না : মাবু হাৎপা তারবা!

থম্বৌস্না : লীক্লাই মাবু পোকচবা
লিছোইঙম্বা হায়বদো
অতোপ্পা'মা নত্তেনে,
নপা ঐগী চান্নবা,
নুংশিরবা মরূপ্নি।
মাগী মপান তাংদুনা
ঐনা মীওইরকপনি।
মহাক অদো মাঙখরে,
মাগী খোঙ্গুল খঙখিদ্রে।
মাবু থাবা চৎখিবা
মীকোক অহূম অদুসু
অমুক হল্লকখিদরে।
মাগী লম্মল শিংহৌদ্রে।

থম্বালম্না : অদুক চান্ন-চিন্নবা
মরূপ'মগী মচাবু
কনবা ঙমদ্রবনিকো!

থম্বৌস্না : তাখো ইপা হায়থগে...
অবাগী লান কনবনা
লৈত্রে'সীনি হায়নীংঙাই।
নোংপোক-মৈরম-খারমসে
লৈবা য়াদ্রে হায়দুনা

ঙরাং খাঙবা নহান্দে
মীয়াম হোৎকৎনরক্নে।
মরমসীনা ইবেম্মা,
মায়কৈ'সোমগী লোইলমদা
ফাদুনবু থল্লিবা
মরাল লৈবা পূম্নমক
ঙরাংদগী থাদুনা
লোইনা লাঞ্জংনহনখ্রে।

থম্বালম্মা : পাবুং, অদু ওইর'দি
ঐগী ইতা কেতুকী...

থম্বৌম্মা : মহাক থাদি থাদোকখ্রে
অসূম ওইখ্রে হায়বদি
ইপা হায়বা ঙমদরে।

থম্বালম্মা : নুপীসু লান য়াওবরা?

থম্বৌম্মা : হন্দক্কী লান অসীদি
'সুক্কী মতীক কনখ্রে।
নীপাতনা অৱাবু
থিংবা ঙম্লক্ত্রদুনা
মরীল লৈবী নুপীদি
শাফি-লানফি শেৎলগা
লাম্ছেংনবা য়াওখ্রে।

থম্বালম্মা : লানগী ফিভম কমদৌরি?

থম্বৌম্মা : য়াম্না ফত্রে ইবেম্মা।
ককচীং মৈরম পাংবদি
পল্লেল য়ৌরক্কদৌরে।
মৈতৈ অকন-অথৌশিং
তোরা তুনা শিখরে।

লাম্মি থোমজিনখিনবা
লৈশিল্লক্কবদগী
কৈশুমশঙদা ফারিবা
মরাল লৈবা পূম্নমক
লোইনা তক্লা থাদোক্লে,
থাজিন্দৌরে লানফম্মদা।
(লাম্মি অমা চেল্লকই)

লাম্মি : ম্লাখ্যা'বুংঙো তাবিসি...
মৈতৈ তেঙ্গোল কায়দুনা
পল্লেল পায়খ্রে অৱানা
নয়াম্বুংগী যাথংনি
কোনুং তান্না লেঙলসি।

থম্বৌম্না : চৎলো লাম্মি, লাক্লগে।
(লাম্মি চৎখি)
লীক্লাইখোম্বা হায়বদো,
চরা'মতং ওইবসু
পীজখিগে হায়দুনা
'সীদা লাকউ হায়রম্মী।
নবুংগুম্না মহাকপু
তরাম তরাম লোইনৌকো।
মাবু চিঙৈ থারকউ।
ইপা চৎলে লৈহৌরো।
(থম্বালম্না চঙশিনখিদুনা মপাবুংবু খুরুম্লে - খূয়া উফুল লৌজবগা মকোথক্তা হাপচরে)
ইপায় ইমোম লৈহৌরো,
য়াইফ-শীংদা চলহৌরো।
(মকোক্তা নানবিরগা চৎখ্রে - থম্বালম্না মপাবুংবু উরিমখৈ য়েংজরগা ৱানা মমায় লৈথোকরকই - ইশৈ শক্লকই)

**ইশৈ**

মায়কৈ পূম্বা মমশিল্লক্লে,
চীনবান ঈরা কংশিল্লক্লে।
পূক্লীং কোচি নাঙ্খোকখরে
পাম্মু পোম্বি পাইখিদৌরে।
থম্মোয় থাউমৈ শিথরক্লে
খাইনা মালং হুমজিল্লক্লে।
মীৎলু নাপোম ঈনমখায়রে
নুজা থৱায় চেঙ্ছদৌরে
(লৈপাল অমদা ঙাদুনা মমীৎ ঈরা চেন্না লেপ্লিঙৈদা লীক্লাইখোম্বা লাকই)

লীক্লাইখোম্বা : নূরা সনা ইবেম্মা,
নুংশুক নুংজানদুনা
মায়থোঙ থম্বাল অপাল্লে,
খেগুম লাংশিল্লিববু
কৈদৌরগে নূরাবো ?

থম্বালম্বা : নুংশি চাকথাক হুন্দুনা
থম্মোয় পোন্দা য়োকচবা
পাইখিদৌরে পোম্বিদো!
লাইবকথীবী ঐঙোন্দা
অশেংবতা তাকপিয়ু
লান্দা লেংদৌরবরা ?

লীক্লাইখোম্বা : সনা যাথং কোক্তাথোং
লৈপাক্নীনা নমদা পো
নীংজরিবী নূবাগী
ইকাযখুম্না মাঙদা-থা
ঙসি অহীং অসীমক
লাঞ্জংজবা তারিয়ে।

থম্বালম্না : ঐগী ইকায়খুম্নবা ?

লীক্লাইখোম্বা : মানি মানি নূরাগী
ইকায়খুম্নবা ঙাক্লবা
মৈতৈ লৈপাক হূপ্তুনা
অৱা লাম্হেংনবনি ।

থম্বালম্না : করম তৌনা অদুদে ?

লীক্লাইখোম্বা : অৱা নিংথৌ ইয়েংনা
ইনিংথৌদা হায়রকই...
"ইখা পোল্লে য়াদুনা
চহী চহী খুদিংগী
লোইপোৎ হারো অৱাদা ।
ঐগী লৈমা ওইনবা
নমোম শকপী থম্বালবু
নখোঙ থোংনা লাক্লগা
খুরুমদুনা কচ্চরো ।
নত্ত্রবদি মারজিৎ নঙ
অৱাবদা তাজনি ।"
অসীগুম্বা ৱাফমসে
লৈপাক চঙনা খন্নরে,
চাউথোকমল্লি হায়দুনা
কনামতা য়ান্নদ্রে ।
অৱা পাবা লেপ্পরে ।

থম্বালম্না : ৱাথোক চাউবী ওইদুনা
লৈপাক কাংখোং চাইনবা
ঐনা পোকপা তারবা ?

লীক্লাইখোম্বা : অৱ্ধ-অহেন পোৎশকপু
ঐগী ওইগে তানবদি

মীগী হৌনশানিনে।
অৱ্ধ-অহেন তান্নফম
লান-ফমদুদা চঙদুনা
থৱায় হকচাং কত্তুনা
"ঙম্বা, শিবা" তাঞ্জবা
ঙমদৌরিবা ঐ অসে
কয়া লাইবক ফত্ত্রবা।
কয়াই মতীক নুংঙাইবা!

থম্বালম্না : লাইবক ফবা, করম্না?

লীক্লাইখোম্বা : ইখোঙ ইখূৎ পূন্দুনা
নীপা থোকপা য়াদনা
হাংখিদৌগী মহুত্তা
ইনীং তৌনা চঙদুনা
লাম্ব্রেংনবা ফংববু
নুংঙাইবদা চল্লোইদ্রা?
ইরৈবাক্কী, নিংথৌগী
নশুংলাংগীদমক্তা
ইথৱায়সী য়োনববু
লাইবক ফবা ওইরোইদ্রা?

থম্বালম্না : অৱাবনি করম্লো,
লমজাউ খাম্বি চাক্লক্লে
শাফূ কনবা নুংশিৎসু
খোঙয়াঙ কন্না শীৎলক্লে
মৈরক-চেনবী শজীনা
করম হায়না হিংগনি।

লীক্লাইখোম্বা : পীনবিরো নয়াথং
পম্বনীংঙাই ওইরক্লে।

থম্বালসনা : পাখং নঙগী নফমদা
কচ্চত্নবা থৱায়সে
কনবিররোই হায়রব্রা ?

লীক্লাইখোম্বা : ঐনা লান্দা চৎতনা
পজেঙ-ফিরাল থেত্ত্র'দি
মায়থোঙ থম্বাল অপাম্লে
অয়ুক-নুংদাং অনীগী
মীৎয়েং লৈরাং ওইনিংবী,
মপোকসীগী ফংলরোই।

থম্বালসনা : মাই ঐহাক্তি ঙমজরোই
নীংজরিবা নহাকপু
অশিথোঙদা থাজিনবা
ঐগী ইতীক নচ্চদে।
(কপ্পী)

লীক্লাইখোম্বা : নোংদোল লাইজা লীক্লানা
য়েহৎলবী থম্বালগুম,
পিনা মায়থোঙ চোৎলিবা,
লম্মে মৈশা লাংবদা
খুইজিল্লবী উরৈগুম
কায়ন মৈশা লাংবদা
থম্মোয় খুইজিল্লবী-ও
তাইবংপানগী মপুনা
লেপ্পা উবিরসনু।
(মতম অসীমক্তদা মপান্দগী পাউজেনবনা লাউরকই)

**পাউজেল**

পজেঙ-ফিরাল থেৎনীংবা
নিংথৌগা ঙাই ওইনীংবা,

কনা হিংলি অথৌবা !
নীপা থোক্লা থোরক্লো
দোলাই ফৈনা তোংলরো।
পল্লেল পায়খ্রে অব্রানা
খুনুদা-চীং তম্লক্লে।
খাম্রেও তেঙ্গোল থুগাইরো
নরৈবাকপু কল্লরো।

লীক্লাইখোম্বা লাউরিবসে তাবিব্রা ?

থম্বালম্না তাদুনবু কৈদৌনি,
ব্রাননবা পাউজেনবু
তানীংগনি কনানা।
(চীংলেম্বা লাকই)

চীংলেম্বা মফম মতম নত্তনা
ঐনা চঙজরকপগী
অয়োন-অরান ঙাকপিয়ু।

থম্বালম্না কুইনা উজরুদ্রবা
মায়থোঙ উবা ফংবদা
হৌখ্রবগী অব্রা'না
লোইনা নীংশিঙ্গরক্লে।

চীংলেম্বা নিংথৌকোনগী লৈরাংনা
নরোয়-ননাও য়াওদনা
নাইতোম শাংপা লেমজদে
ইবেম্মগী ফজবা,
নীংথিজবা হেন্নবা,
নপাম্তাংনা শাংহৌবী
শৌয়োম্নবী কেতুকী
লমদম কৈদা শাংখরে ?

থম্বালম্না : করি হায়না খুমসিগে...
মাগীদমক খনবদা
থম্মোয় খোন্না চাকখরে।

চীংলেম্বা : হায়বিয়ুদা ইবেম্মা,
ইশুংলাংগীদমক্তা
পোইরৈ মীনোক চাউখ্রবী
লাইবকথীবী নতাদো
লমদম কৈদা লৈবগে ?

থম্বালম্না : অমম্বদা তিম্দুনা
খোম্লেন মঙলান ওইখরে।
মালংবনা হুমখ্রবা
লৈনম গুম্না মাঙখরে।
(ফি মচেৎ অমনা য়েৎলিবা কোয়েৎপু খৌগার্রি ফারবা, লাম্মিগী ফিজেৎ শেৎপা শক্লোন লাকই)

শক্লোন : অচৌকোন্দা শাচ্চবী
শিঙঙেল লৈরাংশিংতনা
নুংশি-লৈনম চেন্দেদা।
নারক লৈরাংশিংগীসু
নুংশি লৈনম মরৈজে
খঙবি-থিবিদবনা
অরেম্বদা মাঙবনি।
(থম্বালম্না মুম্না য়েংলগা)

থম্বালম্না : হায়য়ু নহাক কনানো ?

শক্লোন : লাম্মি অমা নত্তুনা
করি ওইনা উরুরে ?
অথৌবা'নী অসিব

নপাবুংনা হৌজিক্তা
থারক্লিবা ঐনিনে।
(পাউজেনবনা থাগুক লাওরকই)

**পাউজেনখোল**

লৈপাকমচা পূম্নমক,
করি য়েংনা নুংঙাইরি ?
নরৈবাকপু কনবদি
নরন্নাইনি খঙদ্রবা !
চোংথোক্রক্রো, থোরক্রো
নঙগী ঈগী হৌরকফম
নরৈবাকপু কনবদা
থবায় হকচাং কৎলরো।

চীংলেম্বা পছুনিঙাই ওইরক্রে,
লাক-ও ইতাও চৎলসি।
(থম্বালম্বাদা)
লৈবিহৌরো ইবেম্মা।

লীক্লাইখোম্বা লানঙম ফিরাল থেৎলগা
অমুক উনখিসিকো।

থম্বালম্বা : তাইবংশেম্বা মপুনা
থৌজানবিবা ওইসনু।

লীক্লাইখোম্বা : লৈবিহৌরো চচ্চরে।
(নুংশি নুংশি য়েংনলগা লীক্লাই চীংলেম্বগী মতুং ইন্দুনা চৎলি - থম্বালম্বা ময়ূমলোমদা মমায় লৈথোক্তুনা ব্রানা মখোঙ থাংবা হৌরকই)

শক্রোন : ঙাইখো থম্বাল চৎখিনু।
(থৎলী)

থম্বালম্না : করিগীনো নহাক্না
ঐবু থৎলিবসিবো ?

শক্লোন : কায়না য়াথং লৌনবা

থম্বালম্না : ঐঙোন্দগী করিগী ?

শক্লোন : নীংজ-নুংশিজবগী ।

থম্বালম্না : করি লাম্মি, কৈদৌবা ?

শক্লোন : লাঞ্জংদৌরে ঙসি ঐ ।
শিরবদি ঐহাক্না
উনররোই নহাক্না ।
চঙশিল্লকউ অমুক্তং
নীংজ-নুংশিনবগী
চান্ন-চিন্না উৎতুনা
নুংশি নুংশি কোন্নসি,
পিগা পিগা ঈরোইনা
কায়ন-য়াথং থানসি ।
কোন্নসি লাও অমুক্তং
(মখূৎ অনী তিংথোক্নুনা হোচ্চিল্লকই)

থম্বালম্না : হায় শা, শিনিংবরাহে !
(তুংহন্নে)

শক্লোন : হা হা হা হা হা !
থম্বালম্না নুংঙাইদা !
নঙনা ঐবু নুংশিদে,
ঐদি নঙবু নুংশিদো ।
পিশক-পিক্লিঙৈদগী
নঙবু নীংজরকপনা
নোংময়-নুম্মিৎ অমতা

কাউজরক্ত্রি নহাকপু।
অসুক নীংজরক্লবা
নঙগী ওইবা ঐসীবু
কায়নরমদাই মীৎকৃপ্তা
অদুক থীনা চৈবদি
নঙসে নুংশি হৈতেকো!
লৈজহৌরো নুংঙাইনা
নপাল ফনা পালহৌরো।
(কন্না চেনখি)

থম্বালসনা : কনানো! নঙ কনানো!
ঙাইখো নশক তাক্লমখো
(কন্না তান্নখি)

# অনীশুবা উৎপা

লানফম

মফম : লপ্লোঙ অহূম ফাংবা

মতম : নুংথিল পোবোপ।

(অবানা তকশীল্লকপনা মৈতে খুল্লক য়ৌরক্লে - মচী মচী খূদিঙদা য়ুম্লক্তা খুল্লক- লৈরক্তা তকশীল্লক্লিবা অবাশিংগা মৈতে অকন-অথৌশিংগা য়াম্না কন্না লাম্ছেংনরি - খূৎথেংননা য়াম্লবগী থাঙগী মখোল - "হাৎলু, হাৎলু" হায়না লাউনরকপগী খোঞ্জেল তৎতনা তারক্লি - অবা লাশ্মি কাঙবু অমা লপ্লোঙ অহূম ফাংবা মফম অসী লাম্ছোক্তুনা কন্না চেনখ্রি - পঙথাপ থাপ্তুনা থম্বৌস্নানা লাউরকই)

থম্বৌস্না : হা হা হা হা হা!
অবা লাম্লোই-হঞ্জবা,
নীপা লাইমা মান্দেদা,
নমায় ওন্না চেনব্রহে?
হন্দকমূক্তি নহাকপূ
নঙগী লাশ্মি ময়াম্না
য়োমশিন্দুনা কনখ্রেদো!
মতুং থেংনরবদি
অদুম লোইরে খঙঙুহে।
(অবা লাম্লোইহঞ্জবা লাশ্মি অনীগা নুংশা মপী হোন্দুনা চেল্লকই)

অবা লাম্লোইহঞ্জবা : লাম্লোং অমা হোংখরে
লৌবূক-লম্জাং-লম্পাক্তা
চীংথক-চীংয়া-চীংচেপ্তা
লাম্ছেংনরিঙেদদি

মৈতৈ লাম্মি অমগা
অৱা লাম্মি তরাগা
লানবা পাবা য়ারম্মী ।
খুল্লক-লৈরক-যৃম্লক্তা
থেংনরবসিদদি
অৱা লাম্মি কুপ্মুক্লা
মৈতৈ অমা পাবদা
নোপ্লা থোক্লে করম্নো ।

১বা অৱা লাম্মি : মখোয় অসে ওম্থোক্লা
শরীৎ-শরাৎ হৈখরে,
পাইরক-পাইখু-লাম্বাদা
মপা লৈতে মখোয়গী ।

২শুবা অৱা লাম্মি : য়েৎলোমদা থক য়ানবদা
চিঙ্গোয়না থক ঙাক্লুনা
ওয়রোমদা ফন চোংথোকখি,
থাঙদোন্না কক থিল্লম্মী
ওম্থোক্লসু শাথিখ্রে ।

অৱা লাল্লোইহঙ্বা : মীশীং হায়রা য়ামদ্রবা
লৈপাক খূজোক অসীনা
মনীং তম্না পাল্লিবা
মদুমক্লা ওইবা তাই ।

১বা অৱা লাম্মি : ইহে-ইহে করম্নো!
'খোয়গী লাল্লোইহনববু
য়োমশিন্দুনা কনখিবা
লাম্মি কাঙবু অসীমা
মৈতৈ লাল্লোইহনবনা
তক্লা তুম্না শোইখরে ।

২শুবা অব্রা লাম্মি : মাঙলে করি মতৌনো!
নাকোইননা চঙখিবা
লাম্মি মপৈ অসীমা
শরীৎ-শরাৎ হৈরবা
মৈতৈ অনী অসীনা
থাংচপ্লনা য়ানশীনখ্রে।

অব্রা লাল্লোইহঞ্জবা : লোইরে, তাক্লে, তুমখরে,
১বা লাম্মি লিশীং য়াম্মেগী
তেঙ্গোল তোরা তুখরে।
২শুবা চৎলু নহাক চত্তুনা
লাল্লোইহনবা পগীউন,
বাগাউন্না পুরিবা
য়োকখৎতুনা থল্লিবা
নীংগী তেঙ্গোল অনীদো
লাঞ্জংলক্লো হায়রুচো।

১বা অব্রা লাম্মি : ননাই ঐহাক চচ্চরে।

অব্রা লাল্লোইহঞ্জবা : ঙাইখো, তাখো ব্রা লৈরি।
ফুংগা নূংদূম শাদুনা
কন্না লাছেংনরিবা
মৈতৈ অহূম অসীবু
খাইদোক্লিবা মখৈদি
লানগী লোইবা লৈররোই।
মপৈ অম-মম্ননে
মখোয় অম-মমসিবু
পুংকোয় কোয়শিনহল্লগা
ঙায়োক চফূ নুংদগী
ঙমু ঙক্রো ফাবগুম
ফাদৌবনি অহুম্মক।

নিংথৌরেনগী য়াথং লৈ...
লানফমসীনা লোইরগা
লানবাদৌরি অৱানা
পাফল্লবা ফিরিঙ্গি।
লানফমদুদা য়াওনবা
মরীল লৈবা মৈতৈগী
অকন অথৌ পূম্নমক
য়ারি মখৈ ফারকউ।

১বা অৱা লাম্মি : ননাই ঐহাক খঙজরে।

অৱা লাল্লোইহঞ্জবা : অমনা চৎলু, নোংপোক পাংবদা
ঙম্বিনঙাই লৈতনা
থোয়না লাছেংনরিবা
মাগী খূৎতা মৈতৈগী
তেঙ্গোল তোরা তুরবা
চনিংখোম্বা হায়বসে
মাগী লাম্মি খূৎপুগা
মফমসিদা

১বা অৱা লাম্মি : ননাই ঐহাক চচ্চরে।
(চৎখি)

২শুবা অৱা লাম্মি : লৈপাক মপীক মরাক্কা
অকন অথৌ থোঙদদি
ৱাৎপু ৱাৎতে মৈতৈসে

অৱা লাল্লোইহঞ্জবা : অদুম অদুম ওইনমক
মৈতৈ খাঙবা য়াররোই।
খরা অসি নত্তনা
লৈরম্লরোই অতৈদি
ফনা য়ামখ্রে হাৎখিবা।

পুঙ্গ্রিনসু ফাওখরে
মৈতে লৈপাক অৱানা
লোইচল্লনি হায়দুনা।
(থোইরেল লাকপা উরদুনা)

২শুবা অৱা লাম্মি : চেকশিনবিয়ু হঞ্জবা
মৈতে অমা য়ৌরক্কে।
(লাল্লোইহঞ্জবা থাঙ শৎলী)

থোইরেল : খুৎলাই থাবিখিগনু
লাঞ্জংলকপা নচ্চদে,
চঙজফম্বু ফংনবা
চঙজরকপা ঐহাক্নি।

অৱা লাল্লোইহঞ্জবা : হায়য়ু নহাক কনানো?

থোইরেল : মৈতে নিংথৌ মারজিৎকী
য়েক্লবনি ননাই ঐ।

অৱা লাল্লোইহঞ্জবা : করম তৌনা ওইরিবা?

থোইরেল : ইপা হাৎপা মীশকপু
কৈশুমদগী থারগা
লান্দা থাজিনখিবগী।

অৱা লাল্লোইহঞ্জবা : লিশাং শীৎনা তমথজৌ
থাজরগা কনবিনি।

থোইরেল : মৈতে লাম্মি ওইদুনা
কন্না লাছেংনরিবা
লীক্লাইখোম্বা হায়বসে
য়াম্না মহূ চাউরবা
মীহাৎপনি, হঞ্জবা
মানা লোন্না লুমদনা

থাঙনা থিল্লে হায়রগা
হাৎখিবনি ইপাবু।
লৈপাক নিংথৌ চঙদুনা
য়াম্না কূপ্না নৈনরে।
মরান লৈবা ওইদুনা
মাবু হাৎননবগী
নুমিৎ ফাওবা লেপ্লবে :
মৈতৈ লাল্লোইহঞ্জবগী
থৌইনশিন্দা লেপ্লমক
থৌবাংখরে নিংথৌসু
থাদোক্লগা লীক্লাইবু
থাজিনখরে লানফমদা।

অৱা লাল্লোইহঞ্জবা : হায়য়ু নঙগী অপাম্না।

থাহজেল : ইপায় লম্মল খুম্বিয়ু।
ননাই এগী চঙজফম
লৈত্রে মৈতৈ লৈপাক্তা।
চিংশিনবিয় [illegible]
ননিংথৌগী খুযাদা।
শ্রুসিদগী হৌদুনা
এগী ননাৎ থাদুনা
অৱাগী নাৎ লৌদুনা
অৱা নিংথৌ ইয়েংগী
নাইগী মনাই ওইজরে।
(লাল্লোইহনবা লাইরিক অমা ইরগা)

অৱা লাল্লোইহঞ্জবা : মহাকসীবু পুরগা
চখোক-চৎশিন তৌরিবা
লাম্মিশিংদা শিন্নরু।
লাইরিকসীগা লোইননা

ইনিংথৌদা কৎহল্লু।
(পী - লৌই)

১বা অব্রা লাম্মি : তাকপিবদা তৌজনি।

অব্রা লাল্লোইহঞ্জবা : অখাক্লনা থল্লিবা
তেঙ্গোল অহূম হাইজিনখ্রে।
মৈতৈ লাম্মি পূম্নমক
মরোল চামা লোন্দুনা
লোইনা পূমকোয় কোয়শিনখ্রে।
লীৎফম লৈত্রে মখোয়গী।

১বা অব্রা লাম্মি : নাপল চাউবা মৈতৈনা
করম তৌনা খাঙ্গনি।

অব্রা লাল্লোইহঞ্জবা : অব্রা লাম্মি খূদীংদা
মাসী'মসু খঙহল্লু
চঙনা হিংনা ফারবা
মৈতৈ কনাগুম্নবু
অরেম্বদা থাফরোই।
অশোন অনা য়েংফদে,
অঙাংনুবী খাকফদে,
মখূৎবাক্তা য়াইরিনা
পরেং শানা লেংলগা
নমদা শাজে থারগা
পুদৌবনি হোইদুনা
অব্রা কোনুং য়ৌনবা।

১বা লাম্মি : ননাই ঐহাক হায়জগে।

অব্রা লাল্লোইহঞ্জবা : নিঙাই তৌবশিংবুনা
মখোঙ অনী পায়রগা

হাইহন্তুনা নূংপাক্তা
অদুম লোইশিন্দৌবনি।

১বা লাম্মি : মতীক চাবা চৈরাক্লি।

অৰা লাল্লোইহঞ্জবা : পুবদদি ৱাদৌবা
হনু-হমন অশোন'না,
অঙাং নৌৱাশিংবুনা
পুল্লপ পুল্লপ ইমূংদা
হোইজিল্লেদি হায়রগা
মৈদা মোরোক থাদুনা
তক্লা হাৎকদৌবনি।
সনা লুপা অরু'হেন
কোগোক কোক্লা মুল্লগা
য়ূম-মৈ থাগদবনি।
চৎলো মাবু পুখরো।
(চৎনখি - লাল্লোইহঞ্জবা উরুমদা লুমদুনা লৈখি - ঙাইহাক লৈরগা অৰা লাম্মি অহূম মরিবু থম্বৌস্নানা তান্নরকই - থম্বৌস্নাগী তুংদা লোন্না অৰা লাম্মি অমা ইন্নরক্লি)

থম্বৌস্না : ঙাকউ, ঙাকউ ঙল্লগা।
(হায়দুনা থাঙনা কন্না য়াম্বুরগা অৰা লাম্মিগী থাঙ য়ৈথ-য়ৈথরগা থাঙনা থিন্দুনা হাৎলি - তুংদা লোন্না ইন্নরক্লিবা অৰা লাম্মিনা থাঙনা কন্না য়াম্বুরকই - থম্বৌস্নানা তুংলোমদা মখূৎ য়েৎ হাইদোক্তুনা য়াম্বুরক্লিবা থাঙ মমায় ওনশিন্দুনা অৰা লাম্মি অদুবু থাঙদোন্না থিন্দুনা হাৎলী - মরুমদা থূপ্লিবা উপান অদুনা তুংদা য়াম্না নক্লা লৈবা মরম্না অৰা লাল্লোইহঞ্জবনা থম্বৌস্নাগী য়েৎ-থংবা পূক্লোক্তা থাঙনা থূম্না থিল্লগা হৌনা লাউনা নোক্তুনা হোক্তোক্লকই)

থম্বৌস্না : গোবিন্দনা য়াইফরে,
য়াইফরে মৈতৈ লৈমানা!

(লৈমায়দা তুথখি - লীক্লাইখোম্বা কন্না চেনশিন্নক্লা ... লাল্লোইহঞ্জবগা থাঙনা য়ান্নবদা অৱা লাল্লোইহঞ্জবা খাঙবা ঙমদ্রদুনা চেনখি)

লীক্লাইখোম্বা : মাঙলে করি মতৌনো,
স্নাখ্যা'বুংঙো পূকফবা !
(থম্বৌস্নাবু কোনখৎপী)

থম্বৌস্না : ঐবু কোনখৎপিরিবা
কনানোনে নহাক্পো ?

লীক্লাইখোম্বা : খূয়াখাগী তোল্লবা
ননাই লীক্লাইখোম্বনি ।

থম্বৌস্না : ইপায় লীক্লাই, নহাক্লা ?
মরূপ মচা নহাক্লা
শিরমদাইদা ইপাবু
লাইকন্নররিবরা ?
পেল্লে, ইপা নুংঙাইরে ।
ইচা নীপা পোক্তবা
শিরমদাইদা ঙসিদি
ইচা অমা ফংজরে ।

লীক্লাইখোম্বা : সনা খূয়া থম্বানবু
থৌগঞ্জবা ফংজবা,
লাইবকথীবা ননাইগী
কয়া লাইবক ফখ্রবা,
ইপায় মৈচাক মূচ্চৈদো।
লাইবক্লুদি থীবনা
কুইনা নোংদম্বিরমদ্রে ।

থম্বৌস্না : লানফমসিনা লোইরগা
ইচানুপী থম্বালবু

নখূৎবাক্তা কত্তুনা
নুংশিরবা মরূপকী
লম্মল শিংগে থৌরাংবা
তমথিরবা নোংদম্না তুংওই-নাতৈ-নবিরে।
ইমীৎনদি উররোই
ইনানদি তানীংঙি...
লৈরাংদুনা থম্বাল্লে
নখূৎবাক্তা কচ্চবা
লৌরে খম্ম ইপাদা।

লীক্লাইখোম্না : সনা খূয়া কোন্দুনা
ফিগাও শানা য়াজরে।

খম্বৌম্না : ইপা পেল্লে... লৈ হৌ-বো!
মৈতৈ লৈমা য়াই ফ বী,
গোবিন্দনা য়াই-ফ-রে।
(শ্বর অমুক হোনখিদ্রে)

লীক্লাইখোম্না : লেঙলবরা অথৌবা!
কালেন থাগী নুংশাদা
লৈঙোই শেক্তা মরক্তা
য়াংদৌ মানা চোংবগুম
মীখা পোনবা পামদ্রবা
মৈতৈ নপাচাশিংনা
য়েক্ল-খূত্তা চোংদৌবা
য়েংনীংদব্রা অথৌবা!
চীংনা লৈনা ওইদুনা
মালেম ঙান্না শাচ্চবী,
লৈকং থম্বাল ওইবিবী,
ইমা মৈতৈ লৈমাবু
কাউরবরা অথৌবা!

## অহুমশুবা উৎপা

মফম : লমজাও

মতম : নুমিদাংৱাইরম।

(লৌশি য়ৌরমদাইদা লৈবা লমজাওনি - মচাপোবী মৈতৈনুপী, মৈতৈনীপা অশোন অনা কযাবু মখূবাক্তা য়াইরিনা লেংলগা অৱা লাম্মি অমনা চিংদুনা অমনা ৱাশা শাজেনা ফূর-ফূরদুনা হোইদুনা পুরক্লি)

১বা নুপী : হা গোবিন্দ ইবুংঙো,
মফম কৈদা, কদোমদা
লেংখ্রবগে নহাকপো!
ননাই নুপী ঐখোয়না
কনবিনঙাই লৈতনা
ৱারিবসে নহাক্তি
উবিদ্রবোই ইবুংঙো।

১বা অৱা লাম্মি : চবেৎ চবেৎ ঙাঙগনু
চত্তুম চৎলু চাষ্টীবী!
(পোরিবা মচা কপ্লদুনা)

২শুবা নুপী : পারী'বুংঙো কপকনু
নঙনা নিংঙাই তৌবনে,
ইখূবাক্তা য়াইরিনা
লেংশিন্দুনা চিংবনে
খাঙবা ঙমদ্রে ইমাদি।

২শুবা অৱা লাম্মি : কপহনগনু তানীংদে।
নচা নচা থেমজিঞ্জৌ,

নিঙাই তৌহনগনুকো।
হেক কপ্পদা নূংপাক্তা
হাইহৎতুনা হাৎকনি।

৩শুবা নুপী : ইমায় ইমোম কপকনু
নঙনা কপ্লে হায়রগা
অৱাশিংনা মুন্দুনা
ইমাই-ইমীৎ মমাঙদা
হাইহত্তুনা হাৎপদো
ইমা য়েংবা ঙমজরোই।

২শুবা অৱা লান্মি : নখোঙ প্রপ-প্রপ থাংদুনা
চৎলুনেহে, চৎলুনে।
(শাট্রজনা ফ্রুৎ ফ্রুৎ কল্লী)

১বা মৈতৈ নীপা : তমথিরবা অৱাশা,
শাসু শনসু নত্তনা
মীবু অসুক শাথিনা
হৌনব্রহে লাক্লবা!
মৈতৈ নুপী অঙাঙনা
কৈদৌররে নখোয়দা?
লৌরী যূম্ফম মুল্লব্রা,
নুপী নহায় মকাদা
করি য়েৎলরবগে?
শাহিং চাবা লমগী শা,
শাদা শানি নখোয়সে।
অসুক তাথী তাওইনা
লাক্লদৌগী মহূৎতা
কোক হেক হাত্তোক্লোগবা!

১বা অৱা লাম্মি : অচ্চা শোঞ্জু হনুবা,
থৎলুরহে নরৈদো।
নঙগুম্বনা ঐখোয়বু
লমগী শাকা হায়দুনা...

২শুবা অৱা লাম্মি : কাওশিল্লুহে খোঙপাক্লা।

১বা অৱা লাম্মি : (খোঙপাক্লা কাওরগা)
হায়খোদনা হায়খোনে।

১বা মৈতৈ নীপা : হা গোবিন্দ ইবুংঙো,
ননাইশিংনা ৱারি'সে
উবিদ্রবোই নহাক্তি।
লেংবিরক্লো ইবুংঙো,
হিংচা য়াইতম-শিংসীবু
তুম্মা মাঙহনবিরবো।
(১বা নুপী মচা কপ্লবদা)

১বা নুপী : পারী নঙবু চাউদ্রিবা,
অৱা লৈনে কপ্‌কনু।
মীহিংচাবশিংসীনা
নঙনা কপ্পা তারগা
ইথাদগী মুনখিনি।
কপকনুনে ইবুংঙো।

২শুবা অৱা লাম্মি : অঙাং কপহনগনুকো,
হায়বিরিবা অসীনি
ঙমু ঙাক্রা হাৎপগুম
হাইহত্তুনা লৈমায়দা
হেক্তা হাত্তৌবনিহে।
(অৱা লাম্মিসীবু উবদা কিবনা অঙাং কপ্লকই)

১বা নুপী : কপকনুনে ইবুংঙো,
নমীৎ অদু উইশিল্লু,
তম্ন-লাইনা চুরূংবা
শক্তাশিংসে য়েংলুনু।
পারী নঙদি হায়রুনু
নমা ঐ-ফাও কিজৈদো।
তোক্লো, ওম্বুরকউসে
ইমা নমীৎ খুম্বিগে।
(মথাদা ওম্বুহল্লগা মমীৎ খুম্বি - অঙাং কপ্পা তোক্তে)

২শুবা অরা লাম্মি : হায়, কপহনগনুহে।
(খংলাউ লাউবদা খংপ্রেক খংদুনা অঙাং খংকপ কপ্লকই)

১বা অরা লাম্মি : কপহনগনু হায়রগা
অহোইনদুম কপহল্লি,
থাদোকউসে হাত্তোক্কে।
(অঙং মুল্লী)

১বা নুপী : কপহল্লরোই, থাদোকউ
অমুক কপহঞ্জররোই।
(মুন্নে)

১বা লাম্মি : ফানু হায়রমক্তদা,
নুপী নঙগুম্বীনসু
থাদোকউসে লোইথোক্কে।
(মুন্দুনা পুথোকখি)

১বা নুপী : ইমাই-বুংঙো নুংশিবা,
ইমাই নুংশিথোইরবা!
(য়াইরিনা লেংদবা মখুৎ ওয় তিংথোক্তুনা কপ্ল-কপ্ল লৈখি)

১বা লাম্মি : হা হা হা হা হা!
নিঙাই-চাউবা, হায় অঙাং,

শিজরোহে ফত্তবা।
(মখোঙ অনী পায়দুনা হায়গৎলক্লে)

১বা নুপী : ইমাই-'বুংঙো নুংশিবা।
(হায়না থম্মোয় ফূক্লা কৌরম্লগা লৌমাঙদুনা মশা লেকথরকই - অনীশুবী নুপীনা মখূৎ ওয়না কোনশিল্লি - চনিংখোম্বা চেল্লকই)

চনিংখোম্বা : হায় মীনুংশি খঙদ্রবা!
থাদোকউসে, য়েংনিংদে।
(অঙাং মুল্লী)
করিগীনো নহাক্লা
অঙাং হাত্তৌরিবদে!
(লাম্মিবু ইহ্থোক্লগা মমাদা অঙাং পি)

১বা মৈতৈ নুপী : ইমাই-'বুংঙো নুংশিবা!
(হায়দুনা মচাবু চেজেৎ কোল্লগা নুংশিনা চুপচৈ - ১বা লাম্মি চেনখি)

চনিংখোম্বা : মীবু অসুক শাথিনা
লাক্লবিবা হৌনব্রা!
(লেংলিবা য়াইরি লৌথোক্লগা পূম্নমক থাদোকই ১বা লাম্মিগা লাল্লোইহঞ্জবগা লাকই)

লাল্লোইহঞ্জবা : চনিংখোম্বা!

চনিংখোম্বা : হায়য়ু লাল্লোইহঞ্জবা।

লাল্লোইহঞ্জবা : নহাক য়াম্না নব্রাংলে।
করিগীনো নহাক্লা
নিংথৌরেনগী য়াথংনা
ফাও-হায়দুনা ফারিবা
লানফাশিংবু থারিবা!
নঙগী করি নতীক লৈ?

চনিংখোম্বা : ঐগী ইতীক হায়ববু
থাদোক্লিবা অসীনি।
ঐনা খঙদ-উদবা
মফমদদি নখোয়না
তৌনিংবদা তৌজরু।
য়ারোই ঐগী মাঙদদি
মীবু অসুক শাথিনা
অসূম তৌনা লাক্লবা।

লাল্লোইহঞ্জবা : অদু ওইরবদি নঙ
নিংথৌরেনগী অমদি
লাল্লোইহনবৈ মফমদা
নরাল থীনা লাল্লেহে।
মদুইদমক ঐহাক্লা...

চনিংখোম্বা : নঙবু চৈরাক পীগনি
নিংথৌরেনগী মিংচৎপু
মাঙহনবগীদমক্তা।

লাল্লোইহঞ্জবা : করি, চনিং কৈদৌবা?

চনিংখোম্বা : নিংথৌ হায়বা অসীদি
নৌরাশিংগা পাংখক্লি
ময়াথংনি হায়দুনা
মিংচৎ মহাম তাদৌবা
অদুগুম্বা থবকপু
পংতৌ তৌবা য়াবরা!

লাল্লোইহঞ্জবা : মতীক চাউবা নিংথৌগী
মিংচৎ মহাম তানবা
করি তৌরে ঐহাক্লা?
হায়য়ু, নত্রবদি নঙ
নচীন নরৈ কেঞ্জনি।

চনিংখোম্বা : অশোনববু কনবিবা
অতোনববু য়োকপিবা,
নিংথৌশিংগী মথৌনি।
অসীগুম্বা পাথাপসে
থুগাইদুনা নহাক্না
য়েংউ মাঙদা লোপ্লিবা
মতু-ইপোন পোল্লবা
অঙাং-নুবী অশোন'না।
মখোয় খ্বিবিক অসীবু
কনবিগেদি হায়দনা
মখূবাক্তা য়াইরিনা
লেংশিন্দুনা পুরিসে
মতীক চাউবা অৱাগী
নিংথৌরেনগী মিংচৎপু
মাঙহল্লিবা নংতরা?

লাল্লোইহঞ্জবা : নঙনা করি খঙদূনা
পঙঙাঙ ঙাঙবা শারিবা,
লম্মল খুল্লিবনিনে।

চনিংখোম্বা : লম্মল খুম্বা, করিগী!
অঙাং নুবী, অশোন'না,
অহল-লমনাশিংসীনা
অৱা ঐগী নিংথৌদা
করি য়োঞ্জখিদুনা
লম্মল খুল্লিবনোনে।

লাল্লোইহঞ্জবা : তুমিন লৈয়ু তানীংদে
নৱা লৌদে নহাক্কী।
(লাম্মিদা)

লাশ্মি নহাক চঙশিল্লু,
মৈতৈ মচাশিংসীবু
অমুক হন্না য়াইরিনা
মখূবাক্তা লেংশিল্লু।

চনিংখোম্বা : লেংলো লাও-লাও ঙম্লগা।
(থাঙ শৎলী)

লাল্লোইহঞ্জবা . ইয়া! নঙগুম্বনসু।
(থাঙনা য়াম্বে - চনিংখোম্বনা ঙাকই - ঙাইহাক য়ান্নরগা চনিংনা লাল্লোইহঞ্জবগী থাঙ য়ৈথরগা মখোঙনা নেত্তুনা থমখ্রে - হায়রকই)

চনিংখোম্বা : চৎলো মৈতৈ পূম্নমক,
ঐনা কঞ্জরবনি।
(মৈতৈ ময়াম চৎখি)
খৎনদুনা কান্নদ্রে,
থাঙলেন অসী পায়বিয়ু,
তুংদগীসি পাবিরু।
মাঙদা তাংথক নাইদনা
তকশিল্লক্লিবসিবু
ঐনা ফৈগাক থিংলুগে।
(চৎখি)

১বা লাশ্মি : লাল্লোইহনবা য়েংবিয়ু,
য়ৌশিল্লক্লে মৈতৈসে।

লাল্লোইহঞ্জবা : লাক-ও চৎসি লাশ্মিশা,
মখোয় অসি থিংলুসি।
(থাঙ খূনগৎলগা লাশ্মিশিংগা চেনমিন্নখি - মাঙলোমদা থাঙগা থাঙগা য়ান্নরবা মৈতৈ অৱা লাশ্মিশিং মফম অসী লাম্থোক্তুনা য়ান্ন-য়ান্ন চৎখ্রি - মমৈদা চনিংখোম্বগা লীক্লাইখোম্বগা য়ান্ন

য়াম্নদুনা লাক্লি - মফম অসী য়ৌরবদা চনিংখোম্বগী য়াম্থুরকপা থাঙগা লীক্লাইখোম্বগী অঙাকপা থাঙগা কন্না মূক্লদুনা অনীমক খংলেপ লেপ্লি - অমনা অমগী মায়থোঙ উনরকই - অনীমক চাদৌগুম্না য়েংনরকই - মখূৎ মখূত্তা পায়বা থাঙ লৈপাক্তা তাখিবা খঙনখিদ্রে - য়েংনরম্বদগী খাঙবা ঙমদ্রদুনা)

লীক্লাইখোম্বা : পাবুং, ইপা ইবুংঙো!
(হায়দুনা চনিংখোম্বগী মখোঙ কোন্দুনা তুথখ্রে - থম্মোয় কল্লবা চনিংখোম্বা মমায় লৈনা হন্দোক্লগা খাক্ল নোক্লক্লে)

চনিংখোম্বা : হা হা হা হা হা!
মৈতৈ মচা পাঙদবা,
ঐবু নপা মানবরা?
কবো ওইনা পোক্লবা
হন্দকমুক্কী মপোক্তি
চনিংখোম্বা ঐহাক্তি
ইচা পোক্তে খঙজৌহে।

লীক্লাইখোম্বা : (হৌগৎলগা)
লোঞ্জা-লোছুপ্লগনু...
হায়য়ু শেংনা তাকথোকউ
নহাক মৈতৈ নৎতরা!

চনিংখোম্বা : হা হা হা হা হা!
ঐবু মৈতৈ মচাকো!

লীক্লাইখোম্বা : শোয়রোই নহাক মৈতৈনি।
ফিজেৎ চাকচা হোংলগা
মীশক ওনবা য়ারোইদা!
নঙগী নশক নতৌনা,
ঙাঙথোক্লকপা খোঞ্জেন্না
মীৎকূপ'মতা কাংদনা

লোঞ্জানবা নহাক্কী
অরোনবদু ফোঙদোক্লি।

চনিংখোম্বা ঐবু লোঞ্জা-নবকো।
ইতীক, থৌনা, পাঙ্গন্না
হক্কী লৈতেং ওইরিবা,
খৃৎকল্লবা অৱানা
ঐগী মীচঙ ওইরিবা
মপাল ফবা ঐহাক্না
লোঞ্জাননি করিগী!

লীক্লাইখোম্বা থৃপ্পা য়ারোই করিসু
করম তৌনা থৃপকনি।
মাবু নীংজ-নুংশিবা
মহাক্তুগী কাদদি
ওন্নীংবদা ওন-ঙম্বা
ওইনিংবদা ওই-ঙম্বা
শক্লোন পুবা খোয়ুম-ফাও
লোন্না থৃপ্পা লৈঙমদে।
মপা নীংজ-নুংশিবা
মচা লীক্লাইখোম্বনা
ইপা লিছোইঙম্ববু
শকখঙদবা হৌনদে।
নহাক অসে ঐহাক্কী...

চনিংখোম্বা হায়য়ু অমুক লৎলনু
ঐহাক অসে নহাক্কী...

লীক্লাইখোম্বা ইপানিনে হেক পোকপা!

চনিংখোম্বা হা হা হা হা হা!
ঐবু নঙগী নপাকো!

মাল্লবদি নপাদু
ইপা হায়না মকৌজৌ,
ইচা হায়না খুম্বিগে।
মপামচা হায়সিদি
লাম্ছেংনবা হৌনদে
ঐহাক লৈবা মফমদা
চঙলক্কনু নহাকসু
নহাক লৈবা মফমদা
চঙলক্করোই ঐহাকসু।
(চৎখি - লীক্লাইখোম্বা নীংবা কায়না য়েংদুনা লৈরি। - চীংলেম্বা লাকই)

চীংলেম্বা : মাঙলে ইতাও করমনো ?
লাল্লোং অমা হোংখরে,
লাঞ্জং অমা ওনখরে।
য়েংউ তাংথক নাইদনা
হোচ্চিল্লক্লি মীয়ামসে।

লীক্লাইখোম্বা : কমদৌসিগে মরূপ্লোই,
পূন্না চঙলক্লিঙৈদি
অৱা পাবা ৱারমদে।
মায়কৈ শিন্না চায়দুনা
চঙলক্কবসিদদি
থেংনবদা ৱাদৌরি।

চীংলেম্বা : য়াম্না লুবা অমদি
মীশীং য়েংঙি ৱাৎলবা
খূৎলাই হায়রা নোপ্লবা
মৈতৈ তেঙ্গোল ওইবনা
নাকল য়েৎলোম ওয়রোমদা
হাইদোকখিবা মীয়ামসে

থিংবা অমুক ঙম্মৌদ্রে।
মখোয়সিনা শোয়দনা
সনা কোনুং পায়খ্রনি।

লীক্লাইখোম্বা : কমদৌসিগে তাকপিরো
লাছোং শীনবা ইতাওনা
তাকপিবদা ইঞ্জনি।

চীংলেম্বা : ঐখোয় খাইদোক্লরসি...
লাম্মি খরা অমগা
ঐহাক'সীদা লৈহৌগে,
খরা অমা পুরগা
হেন্দোকখ্রিবা অৱাশিং
থিংনা থিংনা ইতাওনা
সনা কোনুং য়ৌবিখ্রো।

লীক্লাইখোম্বা : তাকপিবদা ইঞ্জনি।

চীংলেম্বা : মৈতৈ খাঙবা য়াররোই
তাইবংপানগী মবুংঙো
রাসেশ্বরী গোবিন্দ
ময়াঙ লৈপাক য়ৌনবা
থৈদোক্লুরো ইতাওনা।
নত্ত্রবদি মরূপ্লোই,
শাথেক অহুম থেক্লবা
নীংথিরবা শক্তমদো
তমথিরবা অৱানা
মাঙহনখিবা শোয়ররোই

লীক্লাইখোম্বা : য়াম্না ফরে অদুদি...

চীংলেম্বা : মপোকসীদা ইবানী
ইতাও ইতাও কৌনজা

অমুক হন্না তাইবংদা
উনগনি থাজদ্রে।
লাওনে ইতাও চঙলকউ
নুংশি নুংশি কোন্নসি।
(অনীমক পাম্বোম্ব তিংথোক্লগা চঙশিন্নদুনা)

লীক্লাইখোম্বা : ইতাও!

চীংলেম্বা : ইতাও!

(হায়না নুংশিনা কোন্নে - লীক্লাইখোম্বা চৎখি - ঙাইহাক লৈরগা অৱা লাম্মি অনী লাকই চীংলেম্বগা থাঙ হায়নৈ - নাকোয়লোমদগী অৱা লাম্মি অমা লাক্লগা চীংলেম্ববু থাঙনা য়ানগদৌবগী শাজেন তৌদুনা লুমদুনা লৈ - চীংলেম্বনা অৱা লাম্মি অদু হেক হাৎপা খুদক্তা তুংদগী লাম্মিনা চীংলেম্বা তম্না থাঙ হাইথরকই - শক্লোন চেনশিল্লক্তুনা মাগী থাঙনা অৱা লাম্মিগী থাঙ ঙাক্লে - চীংলেন্না মমায় লৈথোক্লকপগা মপা চানৈ - অৱা লাম্মিদুবু হাৎলী)

চীংলেম্বা : মতীক পাঙ্গল লৈরবা,
ইনাও অমা ফংজবা
য়াইফৈদকো ঐহাকসে।

শক্লোন : পঙথা থাগৎপিনুদা
করি লৈবা নচ্চদে।

চীংলেম্বা : থাগচ্চবা নচ্চদে
ইনাও লৈরমদ্রবদি
ঐহাক শিরমদৌবনি।

শক্লোন : তাজবদা নুংঙাইজৈ।
অদোম হিংবিরিবনা
ঐসু হিংজরিবনি।
শিবিরম্বা থোক্ল'দি
শিরমগনি ঐহাকসু।

চীংলেম্বা : খল্লুবদা ব্বায়দকো।

শক্লোন : অব্বাবদু তাকপিয়ু।

চীংলেম্বা : অদুক তদেক তনৌনা
লৈজরিবা নহাক্না
অসুক খুদোংথীরবা
অব্বাবগী মফমদা...

শক্লোন : অসুক নুংঙাই-য়াইফবা
মফম অমা লৈরিদ্রা ?

চীংলেম্বা : মীৎকৃপ য়াকা ঙাইদনা
অশিবগী খায়াত্তা
ইখোঙ অনী থাংজিনবা
তমথিরবা লানফমদা
করম তৌনা নুংঙাইবা ?

শক্লোন : ফূইনা মুনা হৌরকপা
নোংনা নোংদোল কূপ্তুনা
শূক্লা শুগুম মল্লবা
থাশিরমদাই নোংয়াইদা,
মায়কৈ মরিমক্তগী
নুংশিৎ নোংলৈ মাপনসু
কন্না শীচ্চিল্লকুবা
তাইবংপানবসীমক্তা
থুগাইরগে মতাগুম
খাক্লা লাউনা ঙংদুনা
অখাক অরাও তাবদা
নোংদোল কিচ্ছরক্তুনা
নল্লদৌবোই নীংরবা
তাইবং থব্বায় পূম্বদি

থরক হুন্না খাঙঙিদো।
ঈপাল লাংনি খনবদা
হরাও-নুংঙাইজবনা
ঈঙাইথকপী চেক্লাদি
ময়া হা হা কাদুনা
নোংদোল লাইজ মঙাইজৈ।

চীংলেম্বা : ঙসি ঐবু ইনাওনা
কনবিবগীদমক্তা
শিংঙমদ্রবা লম্মলবু
ইপোৎ ফানা তোঞ্জরে।
করি পাম্বা লৈবগে
অমতংদি হায়বিয়ু।

শক্লোন : নতুং কোইন-ইঞ্জবা,
অপাম্বনি ঐহাক্কী।
লোইরে ঐগী অসীনা।

চীংলেম্বা : লানফম হায়বা অসীদি
কায়নফম্নি, শি-নফম।
করিগুম্বা ঐহাক্না
থব্রায় থাবা থোক্লু'দি
ঐগী নীংবা কায়রনি
অমতংদি হায়যুবা।

শক্লোন : ঐবু নুংশিবির'দি
ইনাও হায়না কৌদুনা
ইকোকসীদা অমুক্তা
নাম্বিয়ু, পেঞ্জগে।

চীংলেম্বা : হংগোইরুনু চঙলকউ,
ইচীন-ইনাও হায়দুনা

অমুক্তংদুম কোন্নসি।
(হায়দুনা মখোঙ ময়াদা নানবিনবা লূকথরক্লিবা শক্লোনবু মপান্বোম অনী পায়দুনা চিংশিল্লগা কোনশিল্লকই - ইখঙ-খঙনা)
চৎথ্রো-চৎলো তৌঙন্নী,
লৌনম চাউবী হিংচাবী,
(হায়দুনা কন্না ইম্ফোরকই - শক্লোন নীংথেংননা তুই)
মাঙলেদনা ঐহাক্তে!

শক্লোন : নুংঙাইজরে ঐহাক্তি,
নীংজমনগী কান্নরে,
তাঞ্জমনগী তোংজরে
পোকপৈ মহৈ য়াঞ্জরে।

চীংলেম্বা : ওফোকইদা ঐহাক্তে,
ঐগী ৱাশক কায়রেদো!
ও:...!
(হায়দুনা মরু লুকথদুনা লৈরিঙৈ অৱা লাম্মি অমনা থাপ্তপ্না লেপ্লগা তেঞ্জে অমা তেঙ্গা থোংদুনা চীংলেম্বা তম্না কাপ্লকদবা উরদুনা শক্লোন ফূক হৌগত্তুনা)

শক্লোন : ইমাই-পেম্মা মাঙলেদনা!
(হায়দুনা লুতোন শাৎনা লাউরগা চীংলেম্বগী মাঙদা হেক লেপ্পমক্তদা তেন্না পাইশিল্লক্তুনা শক্লোনগী মথবাক্তা পানথ্রে - অৱা লাম্মি ফাক ফাক নোক্তুনা লৈ)

শক্লোন : ও:...!
(হায়না মথবাক পায়দুনা লৈমায় থক্তা তুথখ্রে)

চীংলেম্বা : আচ্চা! হূৱান লান্নাবা!
(হায়দুনা মবূক্তা য়েপ্পা থাঙ শত্তুনা অৱা লাম্মিদা লংই - অৱা লাম্মি থাঙনা পান্দুনা তুখি)

চীংলেম্বা : হায়য়ু, তাকউ নহাকসে,
চীংলেম্বগী কনানো ?
(শক্লোনগী মনাক্তা ফমথখ্রে)

শক্লোন : চীংলেম্বগী মনাইনি ।

চীংলেম্বা : নশক, নমিং অরেপ্পা...

শক্লোন : তিংখং-শৌরাং মরক্তা
তিংখং-পাম্বী মতোন্দা
তিংখংতনা য়োমদুনা
তিঙক তিঙক শাচ্চবী
তিংখং লৈরাং কেতুকী...

চীংলেম্বা : তিংখং লৈরাং কেতুকী !

কেতুকী : নীংজবা মী ফাওবগী
য়েক্ল-তিংখং ওইবীনি ।

চীংলেম্বা : য়েক্ল-তিংখং ! করিগী
য়েক্ল-তিংখং ওইরুনি ।
নঙগী লৈশক লৈনম্মা
হেনমনবনা খ্বাইদগী
ঙমদনবা পাক-হেকপা
শৌয়োম শানা তিংখংনা
য়োমশিন্দুনা ঙাকপনি ।
ঙসিসীদি লৈনুংশি,
তিংখং-কুয়োম থাদুনা
লয়দা চোইনা কেনবনা
লৈরাং নঙবু ফং-ঙম্লে ।

কেতুকী : নীংবা থুংলে ঐগীদি,
অদোমগীদি কায়রনি
ইনাক্তগী চৎপিখ্রো ।

চীংলেম্বা : ৱাশক ঙাক্লে ঐগীসু।
নীংজরিবী নহাক্না
মীৎকূপ'মতং ওইর'সু
চীল্লোক-চীন্দিন্নরগা
শিজগেকো হায়দুনা
গোবিন্দদা নিরগা
শকচখিবা ৱাশক্তো
থুংহনবিরে ঙসিদি।

কেতুকী : পেল্লে, ঐহাক নুংঙাইরৈ...
নীংজবনা অদোম্বু
নীংবিরম্লে ঐহাকপু
লৈবি-হৌরো চ-চ্চ-রে।

চীংলেম্বা : চৎলবরা নহাকপো
মীনোক চাউবা তাইবংদা
তাথীৱাগী তিংখংনা
শৌয়োম শানা য়োমদুনা
লোচ্চরম্বী কেতুকী,
তিংখং কুয়োম হাংদুনা
ফোংলম্লগা ঙসিদি
তাইবং তুংওইনদুনা
চৎলবরা নহাকপো।
(কপ্পী - চঙশিল্লক্লিবা অৱা লাম্মিশিংনা চীংলেম্ববু পূমকোয় কোয়শিনখ্রে - অৱা লাল্লোইহঞ্জবা হোচ্চিলকই)

লাল্লোইহঞ্জবা : মৈতৈ পাখং তাব্রহে?
(চীংলেম্বা ফূক হৌগৎলী)

চীংলেম্বা : অমুক পেখ্নরগনু
খূৎলাই পায়য়ু য়ান্নসি।

লাল্লোইহঞ্জবা : নাৱাংগনু, তপথখো,
লাংদা থুরবনি নঙ।
ওইথোক্রবা নরিংজেল,
লান্দা নমায় ওন্দবা
নতৌ অদু উবদা
ঐনা নঙবু নুংশিবি,
নথৱায়দু লৌনীংদে।
নঙগী ননাৎ থাদুনা
অৱা ইনাৎ লৌররো
নফম চাউনা হাপ্পিগে,
শেঙ্গা যাম্না পীবিগে।

চীংলেম্বা : (ফাক ফাক নোক্লগা)
নোক্লীংলেদা শরীশো।
নঙদুম ননাৎ থাদোক্লো,
ইখোঙ কোন্না তুজরো,
নথৱায়দু কনবিগে।
হঙ্গৎলগা নিংথৌদা
মৈতৈ ইশা মরক্তা
ফম্নাউ'মতং হাপ্পিগে।

লাল্লোইহঞ্জবা : নতীক-নপা নত্তনা
ৱাজাউশুনু তানীংদে।
নতুং নমাঙ য়েংদুনা
চচৌ, ঙাঙজৌ, খম্বজৌ।
নোংদোল থৌৱাম্মিচাকমুক
মশীং লাকঙমদরবা
খাম্রং তেঙ্গোল অচৌবা
ঙম্বিনবা তাইবংদা
কনা লৈত্রবনিহে।

মাগী মতীক তাবদা
মরু-লৈদা লৃক্কুনা
খূবী চীন্দা থল্লিদো
ভারত-ঙম্বা ইংরেজ-ফাও।

চীংলেম্বা : ওইরোইদৌবা থবক্তা
অওইশানা খন্দুনা
ওইরদৌবোই ঙাঙবদি
অতাবনা ওইনমদে
অঙাঙবসু ওইজদে।
থৱায় থাবা কিদুনা
য়েক্লবগী মফমদা
কনবিনবা চঙজবা
অৱা নঙগী ননাৎনি।
মদুই মতৌ তমদুনা
য়েক্লবদা নোম্দ্রবা
মৈতৈ-মচাশিংদদি
মদুম্মা খক ঙাঙগনু
নথৱায়দু মাঙজনি।

লাল্লোইহঞ্জবা : অচ্ছা! নঙগুম্বনসু...
নতৌ অদু উবদা
নুংশিদুনা তৌরগা
নচীষ্টীনা ঙাঙবা শাই।
লাম্মি ময়াম অসীনা
কোয়শিন্দুনা ফারগা
শাশেম-ঙাশেম্বগুম্মা
থাঙনা কূপয়ান য়াল্লগা
হাত্তোক্কনি খঙদ্রহে।

চীংলেম্বা : মৈতৈ অমখক্তংগা
অব্রা নখোয় ময়ামগা
লানবা পাবা হায়বসে
ঙসিতগী নত্তেহে,
মথায়-থায়নঙৈদগী
পান্ন-রক্লবনিহে।
লেপ্পু অদুক য়ান্নসি
য়েংজৌ মৈতৈমচানা
অব্রাশিংবু শোইদৎপা।
(লাল্লোইহঞ্জবগা থাঙনা য়ান্নে - অব্রা লাম্মিশিংসু মায়কৈ চাইনা লেপ্লগা চীংলেম্বদা থাঙনা য়ানবা হৌরকই - চীংলেম্বনা কোয়রৈ লৈনা ঙাক্লগা মমাঙদগী লাম্মিশিংবু তান্নদুনা হাৎলী - লাল্লোইহঞ্জবা কায়দুনা চেনখি - তুংদা চঙশিল্লক্লি লাম্মিশিং পন্নগে হায়দুনা মমায় হেক লৈথোক্লকপা মক্তদা অব্রা লাম্মি অমনা চীংলেম্বগী পৃক্লোক্তা থাঙদোন্না থূম্না থিল্লী - চীংলেম্বা থাঙনা থিনবা মফমদু মখূৎ ওয়না পায়রগা থিল্লম্লিবা অব্রা লাম্মিদুবু তান্নদুনা হাৎলম্লগা লেপ্পা য়ারক্লদুনা)

চীংলেম্বা : ইশুংলাংগীদমক্তা
কেম্মৌননা কেনখ্রবী,
থম্মোয়-কোনগী কেতুকী,
ঐহাক লাক্লে ঙাইরমখো।
য়াইফরে, য়াইফরে,
মৈতৈ লৈমা ইমানা।
(হায়দুনা কেতুকীগী মনাক্তা তুথখি)

# মরিশুবা উৎপা

লাংথবাল

মফম : মৈতৈগী লানবল

মতম : নুমিদাংৱাইরম।

(মৈতৈ লাম্মি অমনা চনিংখোম্বগী থাঙয়ান নীংহন নীংহন্না ঙাক্তুনা লাক্লি লানবন অসীগী ময়া য়ৌরক্লবদা মৈতৈ লাম্মিগী থাঙ চনিংখোম্বনা লৈমায়থক্তা য়ৈথখ্রে - মাবু হাৎকদৌবগী হাইথরক্লিবা চনিংখোম্বগী থাঙ লীক্লাইখোম্বনা ঙাক্লরে - ঙকচাননা)

চনিংখোম্বা : এ: ! নহাক মফম অসীদা !

লীক্লাইখোম্বা : অহোয়, ঐহাক অসীদা
ঙাইজরল্লি খৌরাংনা।

চনিংখোম্বা : কৈদৌনবা ঙাইরিবা ?

লীক্লাইখোম্বা : লোঞ্জানবা নহাক্কী
নশক নমিং অরেপ্পা
খঙজনিংবমক্তনা।
হায়যু, থূপচা-নবিনু
নহাক ঐগী কনানো ?

চনিংখোম্বা : নঙগী য়েক্লবনি ঐ।
নরৈবাক্কী, নঙ্গী,
ননিংথৌগী মাঙনবা
তাক্লনবা শীল্লিবা
য়েক্ল’শিংগী মরক্তা

খ্বাইদৈ হেন্না শাথিনা
নঙগী য়েক্লবনি ঐ।

লীক্লাইখোম্বা : হায়য়ু তাসি অদুদি
নহাক ঐহাক করিসু
মরী মতা থোক্লদ্রে ?

চনিংখোম্বা : করি থোক্লরুগনি
নহাকসীনা মৈতৈনি
ঐহাক্লদি অৰানি।
মৈতৈ-অৰা অনীবু
মরী থোক্লবরনে ?

লীক্লাইখোম্বা : করিগীনো অদুদি
নঙবু ফোঙদোক্লিংবগী
ঐগী তিঙক তিঙকপা
ঙাইঙমদবা মীৎয়েংবু
নঙগী ঈরা হৌরবা,
তথক-তথক্লরবা
নীংঙমদবা মীৎয়েংনা
লোঞ্জা-ননা লোকপদে
করিগীনো ইপা-ও ?

চনিংখোম্বা : মৈতৈ, নঙসে পঙঙিদা,
লমহেল্লবা, ওক্ত্রবা
মচাদুবু মপানা
কৃশিৎ কুৎনা চৈদুনা
মনম তৎনা ফুর'সু
মমীৎনদি মচাবু
নুংশি নুংশি ময়েংজে।

লীক্লাইখোম্বা : নুংশি নুংশি ময়েংজে।
হায়যু অদু ওইর'দি
নমীত্তুনা পুৎথবা
নচীন্দুনা য়াদুনা
ঐহাক অসে নহাক্কী...

চনিংখোম্বা : খাঙুথক্কী ইচানি,
ঐহাকসীনা নহাক্কী
খাঙুথক্কী নপানি।

লীক্লাইখোম্বা : খাঙুথক্কী! করম্না?

চনিংখোম্বা : ইচা ইশৃ পোক্কবা
অৱা মচা ঐহাকপু
নপামক্লি হায়দুনা
নঙনা ইপা মকৌজৈ।
ঐহাক্সু নহাকপু
ইচামক্লি খন্দুনা
ইচা হায়না মখুমজৈ।

লীক্লাইখোম্বা : খঙলে মখা তারনু।
নহাক তন্না হন্দোকখ্রো...
ইরৈবাকপু কন্নবা
থেংনরিবা লানসীদা
মায়রোং য়ানা ইমাঙদা
লেপ্পরিবা মীদুদি
ইপা ওইরে হাৎলনি,
ওইরমদরে কল্লরোই।
মাবু হাৎপা হায়বসে
ঐগী তঙাইফদ্রবা
হেনফদ্রবা ঙমদাইনি।

অসীগীসু মথক্তা
ঐগী ব্বাশক অমনা
থব্বায় মঙা কত্তুনা
লানবল অসী ঙাকপনি।

চনিংখোম্বা : নঙদুম থাপ্না হন্দোকখ্রো
হন্দক্কী-লান অসীদা
ঐবু থিংনি হায়দুনা
চঙলক্লিবা মহাক্তো
ইচা ওইরে হাত্তোকপা
ইপা ওইরে কন্দবা
মাসে ঐগী ব্বাশক্লি।
ব্বাশকসীগী মথক্তা
নৌনা শকপা অমনা
নাপল চাউনা নহাক্না
ঙাকচরিবা লানবনসে
ইকোম কোম্না ঐহাক্না
থুগাইরেদি হায়রগা
নুংথিল কোরৌহনবনা
লোইবি ফিরূক খুমদ্রিঙৈ
মৈতৈ কোনুং পায়দুনা
লানঙম উরোং খিনবনি।

লীক্লাইখোম্বা : চৎলো ইপা কান্নরোই,
ঐনা নঙবু হাৎনিংদে।
তাইবংপানগী মবুংঙো
গোবিন্দবু কোক্ত-থোং
মৈতৈ লৈমা ইমাবু
শমু নমদা পোদুনা
ব্বাশক্কুনা ঙাক্লিবা

মৈতৈ ঐগী লালবন্নি।
লালবনসিগী লাম্থোঙদা...

চনিংখোম্বা : লাম্থোঙসিদা ঐহাক্না
চঙশিল্লকপা থোক্ল'দি

লীক্লাইখোম্বা : খুদক্কুদা থাঙসিনা
নথবাক্তা থিল্লগা
থোক্লক্লিবা ঈদুনা
চাইথ-ননি ঐহাক্না
মৈতৈ লৈমা ইমাবু!
চৎলু থাপ্না হন্দোকখ্রো।
(লাম্থোঙ তান্না চৎখি)

চনিংখোম্বা : ফরে অদু ওইর'দি
অকনবনা কনবরা
থুগাইবনা ঙম্বরা
য়েংনরসি লেপ্লুহে।
(কন্না হোৎচিনখি - মনুংদগী লীক্লাইখোম্বনা লাউরকই)

লীক্লাইখোম্বা : ঙাকউ নতীক লৈরগা
নথব্রায়দু লৌবিগে।
(অনীমক কন্না য়ান্নখ্রে - অব্রা লাম্লোইহনবা লাম্মি অমগা চেল্লকই)

অব্রা লাম্মি : তু-তু! আদগীসে!
অদুক মীৎয়েং তাবিসি।

লাম্লোইহঞ্জবা : হ-হ মৈতৈ! নুপী-ফাও
লাম্ছেংনবা য়াওরবা!

অব্রা লাম্মি : মৈতৈ নুপীশিংসিদি
ওম্থোক্নসু কনখরে,
ইচঙ-থৌনা ফখরে।

লাল্লোইহঞ্জবা : নুপীনা লাছেংনবদি
মনানা হৈমাং শাবনি।
লাম্মি ইতুং ইল্লকউ,
মহূ-চাউবীশিংসিবু
লোইনা ফারে হায়রগা
অৱা তান্না পুজেমগে।
(অনীমক চৎখি - লীক্লাই-চনিং অনীমক মশা পূম্বা হুমাংনা পূমচোৎ চোৎনরে। লীক্লাইগী থঙয়ান নীংহনন্ননা অসুম অসুম ঙাক্তুনা লাকপদা চনিংখোম্বা মখোঙ খুরৌ-চন্নদুনা নীংথেংননা ফমথখ্রে - লীক্লাইনা লূকথরপ তৌনা য়াম্বরক্লিবা থাঙ অদু চনিংনা ঙাক্লগা মখোঙ য়েৎ থূপচিন্দুনা কন্না কাওবদা লীক্লাই খোঙকাপ অহুম-মরি হন্দুনা লৈমায় থক্তা তুথখি। চনিং ফুক হৌগৎলক্তুনা মখূৎ অনী চঙনা থাঙখোক পায়রগা থবাক মপাদা থমদুনা থাঙদোন্না লীক্লাইগী মথবাক তম্না মশা পূন্নমক ফুক্তুনা কন্না নমথরকই। লীক্লাইনা মশা থূপ্তুনা থোক লৈথোকখিবদা চনিংখোম্বগী থাঙ লৈপাক্তা য়ুংশিনখি - মশানা লৈমায়থক্তা তুথখি - তাল্লক অসিদা লীক্লাইনা চনিংখোম্বগী য়েৎ থংবা শদোন্দা থাঙ কন্না থিল্লে)

চনিংখোম্বা : নুংঙাইরে ঐ নুংঙাইরে।
(নীংঙমদবা মীৎয়েংনা চনিংবু মুন্না য়েংলগা নুংশা মপী হোন্দুনা)

লীক্লাইখোম্বা : হায়য়ু...
ইপা নঙবু কনানো?

চনিংখোম্বা : ঐহাক কবো মচানি।
মপা নীংবা, লাউগবা,
নঙবু 'মুক্তা কোনগেবা।

লীক্লাইখোম্বা : থাঙ্গৈশেংবা তাকথোকউ
নহাকসীবু কনানো?

চনিংখোম্বা : মৈতৈশিংগী শাথিনা
য়েক্লবনি ঐ অসি।
নহাল-মুক্কী মপোক্তা
লিঙ্থোইঙম্বা কৌদুনা
মৈতৈ ওইনা পোক্লিনৈ
নঙবু পোকচরম্বনি।
লাওনে 'মুক্তা কোনগেনে।

লীক্লাইখোম্বা : মাঙলে, ইপা ইবুংঙো
করি মতৌ কৌবগে?
(মনাক্তা হাইথখি - চনিংনা মচাবু লামদুনা কোনবিরে - হায়রকই)

চনিংখোম্বা : নপায় ব্রাশক ঙাক্লবা,
নরৈবাকপু নীংলবা,
নীপা থোকপা নহাকপু
শিরমদাইগী মতমদা
থাগোঞ্জবা ফংদুনা
পোকপৈ-মহৈ য়াঞ্জরে।
ই-পায় লীক-লাই পাল-হৌ-রো!
(অমুক ঙাঙলকখিদরে)

লীক্লাইখোম্বা : মাঙলে, ঐদি মাঙজরে!
ইপা ইবুংঙো নুংশিবা,
মপা হাৎপা ঐহাকপু
করি ওইরো হায়বগে?
পাবুং, পাবুং! নচাবু
'মুক্তা ঙাকপিরমখোবা!
(হায়দুনা চনিংখোম্বগী মখোঙ কোন্দুনা লৌমাংননা হাইথখ্রে - মতম অসিদা অব্রা লাশ্মি ময়াম লাক্তুনা লৌশিং তাদ্রিবা লীক্লাইবু মখোঙ মখুৎ পুন্দুনা চনিংখোম্বগী অশিবা মশাগা পুখ্রে

- ঙাইহাক লৈরগা লাম্মি ময়াম্মা পূমকোয় কোয়শিন্দুনা থম্বালম্না অৱা লাল্লোইহঞ্জবগা থাঙ য়ান্ন-য়ান্নদুনা লাকই - লাল্লোইহঞ্জবনা কন্না য়াম্বুবদা থম্বালম্নাগী থাঙ লৈপাক্লা তাই - তারিবা থাঙদু মখোঙনা নেৎলগা লাল্লোইহঞ্জবনা নোক্কুনা)

লাল্লোইহঞ্জবা : খঙলবরা নিংথিবী,
অয়ুক-নোংহৌগুম্লবী!

থম্বালম্না : অনী লাম্ছেংনর'দি
অমা তুবা মশিন্নি।
মায়রোং য়ানা লেপ্লি ঐ,
নঙনা ঙম্লে হাৎলরো।

লাল্লোইহঞ্জবা : নাৱাংগনু নিংথিবী,
থেমজ-নোঞ্জনরিঙৈ
চৎহৌবনা শাফনি।

থম্বালম্না : অৱা লাল্লোইহঞ্জবা,
নঙগী ময়ায় কারবা
চাউথোক ৱাঙাঙ তাদুনা
ঐহাক লৈবা ঙম্লক্লে..
নখোঙ কোন্না হায়জরি
হাত্তোকপিরো ঐহাকপু।

লাল্লোইহঞ্জবা : হাৎফম থোক্তে নিংথিবী,
তাংবলথক্তা অৱাগী
নিংথৌরেনগী ওয়রোমদা
নূরা থম্বাল-সনাগী
ফম্ফম খুবম য়াহৌরি।
চত্তুম-চৎসি কান্নরোই।

থম্বালম্না : অচ্চা, লাল্লোইহঞ্জবা!
নখূৎচল্লে হায়দুনা

লৈপাকমচা তাবগী
থৌগল লোঞ্চৎ য়াওদনা
নচীঙ্খীনা ঙাঙব্রহে!

লাল্লোইহঞ্জবা : নরাইবক্তুম ফবনি
মরম লমখৈ নাইদ্রবা,
মীশীং লাকপা ঙমদ্রবা
অৱাশিংগী মবেম্মা
ওইজৌ হায়বিবসিদি
নোংদোল তাজ থানিংথৌ
খৃৎনা ফংনা হেকপনি।
কোরৌ থক্কী লাইরৈবাক
চঙনা য়ৌবনিনেহে।

থম্বালসন্না : তুমিন লৈয়ু তানীংদে।
ঙাঙনু হায়রমক্তদা
অমুক হন্না হায়ব্রহে!
নুপীচানি খন্দুনা
তুহৎ-তুহৎ ঙাঙববু
শাগী লমচৎ চৎপরা।

লাল্লোইহঞ্জবা : থম্বাল-সনা, চেকশিঞ্জৌ।
ফুদীৎ ফাউনা লৈখোমদা
খুউ য়ৌনা পুৎথ্রগা
লমজেল চেনগে নীংলুনু।
নহাক লাংদা থুরবী
য়ারৌ শজি অমোম্মি।
নতুং নমাঙ অনীদা
শাদানবনা থত্তুনা
তেঞ্জৈ-তেঙ্গা থোংদুনা
তমশিল্লক্লবনি নঙ।

ঐনা হায়'রি ৱাফমসে
য়ারে য়াদে হায়যুহে।

থম্বালম্না : শিগে খন্না য়াদরে,
হাচ্চরো-লাও ঐহাকপু।

লাল্লোইহঞ্জবা : হাৎলোই নঙবু হাত্তোক্লোই।
নশম অদু খূদাংদা
মরৈ মরৈ য়েৎলগা
চিংনি অৱা লৈপাক-ফাও
নিংথৌরেনদা কৎনবা।
লৈরম্মুদো চীষ্ণীবী!
(হোচ্চিল্লকই - ঙাঙনা ঙাঙনা থম্বাল নীংহন্নে)

থম্বালম্না : ফানু, ঐবু শোক্কনু।
মায়রোং য়ানা লেপকে ঐ
ফাদৌ শরুক হাত্তোকউ।
(কোয়চেন চেল্লি)

লাল্লোইহঞ্জবা : তুমিন লৈয়ু চীষ্ণীবী
লেপ্পু নত্তবদি নঙ
অৱাবদা তাজনি।
(তান্নে)

থম্বালম্না : অৱা লাল্লোইহঞ্জবা,
নখোঙ কোন্না হায়জরি
ফানু, ঐবু হাত্তোকউ।
(চেল্লী)

লাল্লোইহঞ্জবা : চেল্লু, নতীক লৈরগা।
লীৎফম লৈতে নহাক্কী।
(তান্নখি)

# মঙাগুবা উৎপা

## মন্দলে কোনুং

মফম : খাকপোকশঙ

মতম : নুমিদাংৱাইরম।

(কোনুংগী ৱাংমদা থোইদোক্লা থাপ্তুনা ফারকপা মৈতৈশিংগী লৈনবা শঙশাং কয়া শারি - মচীন তোংবা, ময়েক নাইবা মৈতৈশিংগীদমক্তসু তোপ্তোপ্পা খাংপোক মচা মচা কয়াসু শাদুনা থম্লি - ইয়েং নিংথৌ থোইরেন্নচিংবা মনাই খরনা থৌগল তৌদুনা খাংপোক অসোমদা লাকই)

ইয়েং নিংথৌ : মশাগীতো ময়েংবা
মারজিৎ নিংথৌদুদগা
ফারক্লম্বা থোক্ল'দি
পেনগদবনিদকো।
ঐগী থরায় নুংঙাইত্রি,
মৈতৈ লানফাশিংসিগী
কনাগুম্বা অমতা
শারিবা শঙ অসিদা
হোংজিনহনবা য়াদ্রিকো।
কূম্মৈ-পূংদা থেন্দুনা
লোইনা থমখিদৌবনি।
নিঙাই চাউবশিংবুনা
মখোঙ মখূৎ পুল্লগা
শাইবা তিংখং মরক্তা
ইছু ইছু থমদৌনি।

ঐগী য়াথং ফংদনা
কনাগুম্বা অমদা
তরা চখোম অমতং
ঈশিং য়াউম অমতং
পিজ-পিথক্লম্ল'দি
অদুম লোইরে মহাক্তো।
কালেন নুংশা মরক্তা
তীম্থোক য়াংদৌ চোংবগুম
চোংহনখিনি মৈতৈশিং
(থোইরেনদা)
হায়যু থোইরেল, তাগে ঐ
থম্বালসনা হায়বীদো
কয়া য়াম্না ফজৈ-হা ?

থোইরেল : ননাই ঐগী ইচীন্না
মাবু থাবা ঙমজরোই।
মোইরাং থোইবী হায়বীদো
থম্বালম্না হায়বী'মুক
ফজরমদ্রা মশোন্নে।
(লাম্মি অমা লাকই - খুরুম্মী)

লাম্মি : মৈতৈ নীপা অমতং
ফাজরক্নি, ইনিংথৌ।

ইয়েং : পুশিল্লকউ অসিদা।

লাম্মি : নোংদমখোন্নি ইনিংথৌ।
(চৎখি)

ইয়েং : মৈতৈ লৈপাক লোইচল্লে।
'সিগী মতুং তাবদি
লান্দাদুনা কাছাড়দা

ভারত পুম্বা ঙম্লবা
ফিরিঙ্গিবু পাগনি ।
নোংচুপ হারম মচাশিং
লোইনা তাহ্লোকখিগনি
নোংপোক হারমসিদগী ।

থোইরেল : নোংদমখোন্নি ইনিংথৌ ।
(লাম্মি অমনা লীক্লাইখোম্বা পুরকই - খুরুম্লগা)

লাম্মি : ননাইসীনি ইনিংথৌ ।
(ইয়েং মুন্না য়েংগি)
মৈতৈমচা ঙক্কনবা,
মাঙদা ঙাহ্লোইবিরিবা,
মতীক মঙাল নাইবসে
নিংথৌরেন্নি খুরুমজৌ ।

লীক্লাইখোম্বা : খুরুমজবি ইনিংথৌ ।
(খুরুম্মী)

ইয়েং : হায়য়ু নঙগী অপাম্বা ।

লীক্লাইখোম্বা : নিংথৌরেনগী শাথিনা
য়েক্লরবা ননাইনি ।
হাত্তোকপিরো ননাইবু ।

লাম্মি : চনিংখোম্বা হাৎখিবা
ননাইদুনি ইনিংথৌ ।

ইয়েং : মৈতৈ পাখঙ নুংঙাইদা !
নতীক থৌনা তাবগা
ঙাঙথোক-শক্তোক্লকপগা
লাইম চূনৈ নহাকসে
নরিঞ্জেন্দু তাবদা

নুংশিরুরে ঐহাক্না ।
নঙগী ননাৎ থাদুনা
অব্বা ওনগে য়ার'দি
নফম চাউনা হাপ্পিনি
শেঙ্গা য়াম্না পীবিনি ।

লীক্লাইখোম্বা : মাদুই মনুংশিদুদি
ননাই ঐহাক পামজদে ।
নোংমাইথেম্বা লীক্লাইনা
মনাৎ থারে হায়রগা
য়েক্লবগী মফমদা
চঙজগনি হায়বসে
নুমিৎ-থানা পাল্লিঙৈ
খনবিগনু য়াইফরেন ।

ইয়েং : থোয়চৎননু কান্নরোই,
তিল্লাংয়োৎনা খঙ্জৌ
পুন্সিখোয়রেল য়ৌব-ফাও
নুংঙাই-য়াইফ-পানগেরা
অদু নত্ত্রে হায়রগা
মাঙগে হায়ব্রা মহাদা ?

লীক্লাইখোম্বা : ননাই তাবা ঙমজদ্রে,
অমুক নোংদম্বিরনু,
লোইশিনবিরো ননাইবু ।

ইয়েং : অচ্চা, মতোয়নরা-হে ।
নিংথৌ ঐগী চীঙ্ক্তা ।

লীক্লাইখোম্বা : উরাউ থরাউনবিনু,
ননাই কৈসু থৃকচরোই ।
ইরৈবাক্কী, ইঙ্গী,

ইনিংথৌগী, ইনাৎকী
ইকাইখুম্না ঙাকপদা
ইপা ফাওবা হাৎলবা
ননাইনিনে য়াইফরেন।
অমুক থীনবিরগনু
য়েক্লবগী মমাঙদা
ননাই লেপ্লা ঙমজদ্রে
পাঙথোক্তৌবা অপাম্বা
পাঙথোক্লবা তৌবিরো।

থোইরেল : থৌজাল হৈবা ইনিংথৌ
থোয়চৎনবা অসীগী
ৱাঙাঙ-শাঙাঙ অসীবু
তাবা য়াবিরিবরা ?

লীক্লাইখোম্বা : (থোইরেনবু মুন্না য়েংলগা)
নঙ কনানো, থোইরেল্লা ?

থোইরেল : মানি, কৈদৌগগে নঙ।

লীক্লাইখোম্বা : হায়! লমহূই মচা লৌনম্বা!
য়েক্লরবা অৱাগী
মখোঙ লেক্লম্লিব্রহে।
নঙগী কৈসু লৈত্রবা
নথৱায়দুগীদমক্তা
নপা, নপু, নঈগী
ইকায়খুম্নবা ঙাক্তনা
মীগী মখোঙ লেক্তুনা
কূল্লম্লিবা হূইমচা!
তুক্কচৈদা নহাক্কী
লমচৎ-শাজৎ-পূকচেন্দো,
তীন্দে হেন্না তোল্লিহে!

থোইরেল : নঙগী নথৌ লৈবরা!
কূন্নীংলগা কূনগনি,
লেক্লীংলগা লেক্কনি
নঙগী নশীন করি লৈ!

লীক্লাইখোম্বা : নপা-নুপ-নাৎতগী
কারল মপান থোক্লবা,
নরৈবাক্কী তাকনবা,
মাঙননবা শীনবদা
হালেংদ্রবা নঙনদি
চোপ্পা-লেম্বা হৌনবা
হৌনদবী খায়খিদ্রা!
কূল্লু কূল্লু, নবুংঙো
অৱাশিংগী মখোঙদা
নরৈদুনা লেক্লুনা
মদুমক্লা নহাক্কী
নতীক-নপা-চাবনি।
নমায় ওনশিল্লক্কনু
য়েংজনীংদে, তুক্কচৈ
ঐগী ঈনি হায়নীংদে।

থোইরেল : মপু'বুংঙো নিংথৌরেল,
তাবা নুংঙাইবিরিব্রা?

লীক্লাইখোম্বা : থৌজাল হৈবা নিংথৌরেল,
চানবি-নুংশিবিদুনা
ননাই ঐবু কৈদৌগে
থুনা লোইশিনবিরোবা!
মপু মশক খঙদ্রবা
শা অসীগী শামাঙদা
ননাই লেপ্পা ঙমজদ্রে।

ইয়েং : নঙবু নুংশিবিদুনা
কনবিসিরা খনবনি,
য়াদ্রবদি কমদৌনি ।
পুম্রো চৎলু মহাকপু
মখোঙ মখূৎ পুল্লগা
শাইবা তিংখং মরক্তা
ইছুদুনা থম্মুচো ।

লীক্লাইখোম্বা : মৈতৈপোকপী ইমা-ও,
শাথিরবা শাসীবু
নচা ওইনা পোকপনা
ইমাগী মায় খূরেদো ।

লাম্মি : চৎতুম চৎলু য়েংনীংদে ।
(লীক্লাইবু ইন্দুনা পুখি)

থোইরেল : ঐগী ইপা হাৎখিবা
ননাইসিনি ইনিংথৌ
খুদকসীদা মহাকপু
তন্না লোইশিনবিরোনে ।

ইয়েং : অকন অথৌ অমতা
য়াদ্রি লেম্না মাঙহনবা ।
ফিরিঙ্গিশিং পাবদা
লোইনা শীজিন্নখিনি ।
মরীল তক্ল-তক্লগা
তেজরকসু ঙাইদনা ।
চৎলু নথৌ তৌরুচো ।
(থোইরেল চৎখি - লাম্মি অমা লাকই - খুরুম্লগা)

লাম্মি : ননাই লাম্লোইহনবনা
মৈতৈ চনু শকহেনবী

থম্বালম্না হায়বীদো
পুজরক্লি ইনিংথৌ।

ইয়েং : (হরাওনা)
থম্বালম্না পুরক্লে!
পুশিল্লকউ অসীদা।
(উনীংবনা লাংতক্লে - লাকপা উরদুনা মমীৎ মনা কুপ্তনা লৈ
- লাল্লোইহঞ্জবনা থম্বালম্নাবু পুরক্লগা খুরুমদুনা হায়রকই)

লাল্লোইহঞ্জবা : নূরাসনা ৱাঙম্লোন
থম্বালসনা হায়বীদো
'সীনি মীৎয়েং তাবিসি।
(ইয়েং নুংবংনৈ)
মৈতৈ-চনু শকহেনবী
তম্ফায়াইদি য়াইরংচান
থম্বালসনা পুজরক্লে
নোংদম্বিনি ইনিংথৌ।

ইয়েং : ঐহাক পূম্মুন মুল্লুরে,
পূমশুম শুক্কৎলুরে ঐ
নূরাই শক্তোয় উবদা।
হঙ্গৈইরুনু চঙলকউ,
য়েৎকা ওয়গা লেপ্তুনা
ঙানমিন্নসি শকহেনবী।

থম্বালম্না : তাকপিরিবা অসিবু
নিংথৌ ওইবিরবরা?

ইয়েং : মানি ঐহাক নিংথৌনি।
মৈতৈ লৈমা মমোম্লোন
অৱা লৈমা ওইবীরো।

থম্বালম্না : ফারে ঙস্লে হায়দুনা
পংতাক তাকপিগনুদা।

ইয়েং : ৱারৌ পুক্লৌ চাউবী-ও
খোয়খা লিনখা থাগনু
ঐহাক ৱাখল তৌহৌদ্রে
ইরম অৱা লৈপাক্কী
নিংথৌরেনগী তাংবন্দা
নূরা নঙগীদমক্তা
ওয়দা খুবম য়াজরি।

থম্বালম্না : মদুম্মা খক হায়বিনু।
মশায় মনাৎ ঙাকপদা
থৱায় থাবা কিদ্রবী
মৈতৈ-চনু থম্বান্নি,
করেম-কথাইনবিনু।

ইয়েং : করেম্নবা নত্তেনে,
অওইবদা হায়বনি।
তাংবনথক্তা কাররো
য়েৎকা ওয়গা ফমদুনা
পানমিন্নসি লাক্লোনে।
(চঙশিল্লকই)

থম্বালম্না : লেপ্পু, হেঞ্জিল্লক্কনু,
অরেম্বদা চোপচনি।

লাম্লোইহঞ্জবা : ইয়া লোঞ্চৎ-খঙদ্রবী
নিংথৌদবু অদুম্মা
থকসি খাসি নাইদবা।

থম্বালম্না : তুমিন লৈয়ু তানীংদে,
মরমচৎনা হায়বনি।

ইয়েং : হায়য়ু থম্বাল থূপকনু
নপূক থোক্লা হায়ব্রহে ?

থম্বালম্না : তাজৌ খ্বাইমক হায়বিগে
মৈতৈ-চনু থম্বান্দি
নৎতবনা অওই-শা
অওইবনা নৎত-শা
কৈদৌনুংদা ঙাঙদেকো !

লাম্লোইহঞ্জবা : ইনিংথৌবু নহাক্লা
নপূক থোক্লা য়াদবা ?

থম্বালম্না : কৈদৌনবা য়ারুনি,
ইনাৎ তিন্নদরবা
ফিজেৎ-চাকচা তৈনবা,
ইরোল নরোল তোপ্তোপ্পা
মঙোন্দবু করম্না
নিংথৌরেন্নি হায়দনবু
ওঙজ-লৈজনীংগনি ।

ইয়েং : নব্রা তাবা নুংঙাইহে
মৈতৈ চনু শেংঙিদো !
করি লৈরি অতোপ্পা ?

থম্বালম্না : য়েক্লবনি নঙ ঐগী ।
ইরৈবাকপু তাকহনবা,
ঐগী ঈবু তুমহনবা,
মৈতৈ ইনাৎ মাঙহনবা
নঙোন্দবু করিগী
ঐনা ওঙজরুগনি ।

ইয়েং : তারো অদু ওইর'দি
ইখূৎ চম্লে হায়দুনা

নশানদি য়াদনা
নমজা নমথেক্লদুনা
নঙবু লৌরোই ঐহাক্লা।
ব্রাশক্লিবা অসিনি
নপূক থোক্লা ঐঙোন্দা
লৈয়ু ময়াদ্রবদি
লানফা ওইনা ফারকপা
নঙগী নঙ্গ ময়ামসে
তরা চখোম অমফাও
পীজ-পীথকপিদনা
কালেন থাগী চাক্লবা
নুংশা লক্তা ফৌদুনা
শিগং-শিরুম হল্লগা
লোইনা তক্লা হাৎকনি।

থম্বালম্না : ঐগী ইঙ্গ পূম্নমক
শিগং-শিরুমহল্লগা
লোইনা তক্লা হাৎপকো!
নত্তে নত্তে নিংথৌরেন
হাৎপিগনু মখোয়বু।
ঙাকপিনঙাই লৈত্রবা
মতু-শোনবা ঙাক্তনি
মখোয় খ্বাইবু কনবিয়ু।

ইয়েং : নঙগী শুম্মৎনরবী
মিতারবী নশাদু
নপূক থোক্লা ঐঙোন্দা
কখোকচবা ঙম্ন'দি...

থম্বালম্না : ইরী ইতা পূম্নমক
লোইনা কনবিগদরা?

ইয়েং : কনাবুসু হাৎপিরোই।
চারোল শূরোল তাব-ফাও
মৈতৈ মনাৎ কায়দনা
পালহনগনি নুংঙাইনা।
মফম মতম পূম্বদা
অৱা'মনা ফংবা হক
ফংহনগনি মখোয়বু।
থৌরম থৌদোক পূম্বদা
পিদোন-হল্লোই মখোয়বু
হায়রো থম্বাল অপাম্বা।

থম্বালম্না : ঐগী ইঈ মৈতৈবু
কঞ্জগনি ঐহাক্না।

ইয়েং : হায়য়ু অদু ওইর'দি

থম্বালম্না : লাংজেং মথোক কারবী
ঐগী হকচাং তনৌবী
নিংথৌরেন্দা কৎলনি।

ইয়েং : কথোক্লনি ঐঙোন্দা।
(নোক্চৈ)

থম্বালম্না : অদুম্নদি ওইরগা...

ইয়েং : হায়য়ু পঙ্থরগনু।

থম্বালম্না : ঐগী থৱায় অসীদি
ঈরাচ্চফম ওইরবা
নীংজরিবা মঙোন্দা
হান্না কথোকচখরে।

ইয়েং : করি কায়বা লৈতেনা।
ঈরাচ্চফম ওইঁরিবা

নীংজরিবা খয়ুমদা
থব্রায় মঙা কৎপদি
হৌনশানি তাইবংগী।

থম্বালম্না : ব্রাশক ঙাকপিরগদ্রা ?

ইয়েং : নপূক অনী লোঙদনা
মিতারবা ঐঙোন্দা
মিকারবী নশাদো
কখোকচবা ঙল্ল'দি
গৌতম বুদ্ধ পন্দুনা
ব্রাশকলিবা অসিনি
ঐগী ব্রাশক ঙাক্কনি।

থম্বালম্না : য়াম্না ফরে অদুদি
ফারক্লিবা মৈতৈশিং
লোইনা থাদোকপিরক্নো।

ইয়েং : নঙগী ব্রাশক তাখিসি।

থম্বালম্না : গোবিন্দনা খঙগনি,
মখোয় খ্বাইগী মমাঙদা
মিহৌ-মিকাবিরিবা
নূরা ঐগী ইশাসে
নিংথৌরেন্দা কচ্চনি।

ইয়েং : চৎলু লাল্লোইহঞ্জবা
থাদোক্লগা মখোয়বু
থাজিল্লকউ অসীদা।
(লাল্লোইহনবা চৎখি - থোইরেন লাকই)

থোইরেল : মাঙলে মাঙলে ইনিংথৌ
ব্রাখল শেরান্নবিরে।

ইয়েং : হায়যু থোইরেল কৈদৌরে ?

থোইরেল : য়োল্লবদা ঙাকপিযু,
লাল্লবদা কনবিযু ।
অচুম্বদি থূপ্তুনা
থমজনীংদে ননাইনা ।

ইয়েং : হায়দুম হায়রো থীল্লনু ।

থোইরেল : নিংথৌরেন্না খোয়দাবী,
থম্বাল হায়বী নুজাসে,
লৌবা য়াবী নত্তেনে ।
যুম্নাক শাগৈ-ওন্দুনা
মৌগীশীংদা চঞ্জদ্রি
হায়বা অদুক মঙায়বী
লোম্ছুপ্লবী মহাক্নি ।

থম্বালসনা : হা হা হা হা হা থোইরেল !
শোরেন লাবা নঙ ওইরে ।
মৈতৈ চাবা ওক্তুনা
অরা চারক্লিবরা ?

থোইরেল : নিংথৌরেনগী পূক্নীংদো
লৈতাবিসি ইনিংথৌ
মহূ চাউবী মহাক্নি ।

থম্বালসনা : ঐনা মহূ চাউবীনি,
নঙনা লৌনম চাউবনি ।
নূরা ঐগী ইকাদা
লোইরঙ শিঙ্খোঙ ওইবদি
হৌজিক ফাওবা তোক্নি নঙ ?

থোইরেল : ননাই লাল্লোইহনবনা
ইকোন কোন্না ফারকপা

লম্মোল্লবা পাখঙদো
অরোনবনি মহাক্কী।
মাবু হাত্ত্রিমখৈদি
খুনুখোঙদা শমলৌবা
থোক্কনিনে ইনিংথৌ।

ইয়েং : চৎলু থোইরেল, চখোকখ্রো।
'সীদা নহাক লৈগনু।

থৌইরেল : মপুয় পুক্লিং ওইনবা
অদুক হঙ্গচ্চবনি।
তুংদা খঙবিরক্কনি।
(চৎখি - মৈতৈ ময়াম য়ৌরক্লে)

ইয়েং : নপাচাশিং য়ৌরক্লে
পূকমেন পাউমেন্নজরো।

মৈতৈ ময়াম : নূরা সনা ইবেম্মা,
মৈতৈ চনু ব্রাঙল্লোন!
ননাই ঐখোয় পূম্নবু
কনবিবগীদমক্তা
য়াইফ-শীংদা চল্লুকো।

থম্বালম্না : অব্রাবদা তারবা
ইপা ইপত্ত, ইচিন্নাও
ইমা ইবেন, ইচেমশিং,
ইবুং ইপ্পা পূম্নমক্,
ঐখোয় পূম্না ঙসিদি
ইপানসু লাঙ্গোন্দ্রে।
ইমানসু নাউয়োক্ত্রে।
ইমা-ইপা লৈত্রবা
মচা ওইরে ঐখোয়দি।

কপসি - নুংশিথোইরবী,
খোয়রী লিনশাং তাহৌবী
মৈতৈ-লৈমা কৌদুনা।
ইপূম থীৎনা তেংথাসি
মরৈবাক্কীদমক্তা
থব্বায় পোম্বা থাদুনা
মশাগী ঈ কত্তুনা
অরোই-য়াইহীপ তানখিবা
ইচীন-ইনাউ-ইপা'চা
মখোয় খ্বাইগীদমক্তা।
পুন্সি চূপ্পা কাউনুসি।
থাদা চেজেৎ কোল্লিবা,
নমদা চেৎনা পোরিবা
ইদু নিংথৌশিংদুবু
লেম্না মাঙহনগনুসি।
হয়েং মখোয় ইখ্বাইনা
চাউর-কাংদোল ফারগা
খুম্লকসনু ইমাগী
মতীক চাবা লম্মনশিং!
(ইয়েং হাইফেৎ নোকই)
ঐদি ইখ্বাই পূম্বগী
থব্বায় কন্নবগী
কৎপা তারে ইশাসে
অব্বা নিংথৌ ইয়েংদা।
হায়য়ু, তাসি অমুক্তং,
''মৈতৈ পোকপী ইমানা''

মৈতৈ ময়াম : য়াইফরে।

থম্বালম্না : ইপাম সনা লৈপাক্লা

মৈতৈ ময়াম : য়াইফরে।
(মতম অসীমক্তদা লীক্লাইখোম্বা নীংবা কায়না লাউর-লাউরদুনা চেল্লকই - ময়াম ইঙক-ঙক্লা তায়)

লীক্লাইখোম্বা : নবুক পূকচেল শেংদ্রবী,
ঙাঙথোকখিবা ঙাক্ত্রবী,
থম্বাল হায়বী লৌনম্বী!
তূক্কচৈদা নহাক্কী
শাগুম্লবী পূকচেন্দো।

থম্বালম্না : ঐবো! থম্বালম্নাবো!
অদু য়ৌনা হায়রবা!
চঙলকউ লাও খঙগনি।
(হায়দুনা ঈয়েংগী ওয়দা য়াল্লিবা থাঙ শৎ শৎলগা খরা থাপ্লা চেঙ্খোরকই)
পম্বদনা চেল্লকউ
নূরা থম্বাল সনাগী
মীশক মীওই তাকপিগে।
(লীক্লাইখোম্বা য়ৌরক্লে - থোইরেল তেল অমা পায়রগা মীরক্তা লুমদুনা লৈররে)

লীক্লাইখোম্বা : মীগী লমচৎ চৎত্রবী,
মতু চোম্বী শাওইবী!
মৈতৈ ঈগী মক্ত্রবা
সনা ঈদা পোকপগী
মতীক ঙাক্লা চৎত্রবী
খোয়ুম লাইগা পাংখকপা
নপা নপু খিবিক্কী
মায়দা হামূক তৈহনবী!
হায়য়ু তাসি মীরৈহৎ,
অৱা ওল্লগদ্রা নঙ?

থম্বালম্না : মপী মপা লৈত্রবা
ইপাচাবু কন্নবা
কৎলগনি হৌজিকমক
ৱাথোকচাউবী ইশাসে
মীচা অৱা নিংথৌদা।

লীক্লাইখোম্বা : খোয়ুম নিংথৌ পন্দুনা
থৱায় নঙগী কৎখিবা
ৱাশক অদু ঙাক্লরোই ?
কোরৌ নোংগানম্ববা
অহল লমল পূম্নমক
লৈখা তাহল্লগনি ?

থম্বালম্না : সনা ঈদা পোক্লবী,
কোনশেংম্না ওইরবী,
মৈদা ইক্ল-ইক্লগা
মচু মমেন হেনগৎপী
নূরা থম্বালম্নানা
মৈরকসীদা করম্না
মশাই ৱাশক ঙাকপগে
য়েংজৌ লীক্লাই মীৎথীৎনা।

লীক্লাইখোম্বা : অকা অকূম চাদুনা
অওল অওল পামদুনা
থম্বাল কৈসু কান্নরোই।

থম্বালম্না : থৱায় কৎপা নঙোন্দা
ঐগী থৱায় কৎকনি।
ইশা কৎপা মঙোন্দা
ইশা অসী পীগনি।
য়েংবিহৌরো নুমিৎ থা,

অমম অঙাল, খোয়ুমশা।
অৱা নিংথৌ নহাক্লা
মিহৌ-মিকানজবী,
মিতারিবী ইশাসে
লৌরো কৎলে নঙোন্দা।

ইয়েং : পূক্রুংলিন্না ঙাঞ্জবী
লাক্লো সনা ৱাঙম্লোন।
(হোচ্চিল্লকই)

থম্বালস্না : ঙাইখো মীৎকূপ অমতং।
(থাম্বী - ইয়েং লেপ্পী - লীক্লাইদা য়েংলগা)
নীংজ-নুংশিজববা,
পামজবনা নহাকপু
কচ্চনীংনা কৎখ্রবা,
অসুক কুইবা মতমসে
থম্মোয় কুয়োম মনুংদা
নঙগীদমক য়োক্লকপা
ঐগী থৱায় মঙামক
থম্মোয় কুয়োম হাংলগে
লাক্লো লীক্লাই লৌররো।
ইপাম সনা লৈপাক্লা,
গোবিন্দনা য়াইফরে।
(হায়দুনা থাঙদোন্না মথবক্তা থূম্না থিল্লগা হাইথগ্রে থম্বাল লৈমায়দা)

লীক্লাইখোম্বা : থম্বাল, থম্মোয় শেংলবী,
মৈতৈ-চনু অপানবী!
(প্রপ প্রপ হোচ্চিল্লক্তুনা মনাক হেক য়ৌবমক্তদা থোইরেন্না মীগী মরুমদগী লোন্না কাপ্লকপা তেঞ্জৈনা মথবাক্তা পান্দুনা)

লীক্লাইখোম্বা : ও:... !

(হায়না মখূৎনা মথবাক পায়দুনা শল শানা কুম্থি - থোইরেল মীরক্তগী ফাক ফাক নোক্তুনা চেপ্থোক্লকই - হায়রকই)

থোইরেল : থৌজাল হৈবা নিংথৌরেল,

খঙবি-উবিরেদনা

(লৈথোরকই)

নুংঙাইজরে ঙসিদি,

ইপায় লম্মন খুমজরে ।

(চঙশিল্লক্তুনা)

লীক্লাইখোম্বা, কমদৌই ?

(ঙসাই মখৈ মখা চীক্তুনা তেঞ্জে শৎপা হোৎনরিবা লীক্লাইনা শৎলগা ফুক হৌগৎলক্তুনা থোইরেলগী মথবাক্তা তেঞ্জেনা থূম্না থিল্লি - অনীমক লৈমায়থক্তা হাইথামখি)

ইয়েং : হ-হ! মৈতৈ চনু শিংগঙিদা!

নঙগী কাদা শকখিবা

ঐগী ৱাশক অদুবু

ঙাক্কদরা ঐহাক্না!

(নীংঙমদনা নোকই)

তপ্না তপ্না ফিজঙ হাইজিনখে ।





# শ্রী হাওবম তোম্বা সিংহ

(সাহিত্য ভুষণ)

হাওবম তোম্বা সিংহ খৃ: কুম১৯০৮, থাংজ নুমিৎ, অগষ্ট ৯ দা য়াইস্কুল চীংঙাখম লৈকাইদা তাইবং ফাওরকখি। অপোকপা হাওবম ইবুংঙোহল সিংহ অপোকপী চোংথাম নিঙোল হাওবম ওংবী তমুলৈমা দেবী কৌই। পেট্রিগু এল পি স্কুলদগী মহে মশিং তম্বা হৌরগা মোইরাংখোম এম ই স্কুল, জোনস্টোন হায় স্কুলনচিংবদা মখা তমথদুনা খৃ: কুম ১৯৩০ দা কলকাতা য়ুনিভর্সিটিদগী মেট্রিক পাস তৌখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা শৈরেং, ৱারেং, ড্রামা ইরকখি। ড্রামানা খ্বাইদগী পামজবা হায়বদু ওইখি। পুন্না ড্রামা ১৩ রোম ইরম্মী। অনিশুবা লাঞ্জাওগী লাঞ্জেন্নবা হঞ্জিন্নরক্লবা মতমদা মহাক রাম লাল পাল হায় স্কুলদা ওজা ওইনা থবক চঙখি। মোইরাংখোমদা লৈরিবা শ্যামাশখি গালর্স হায়স্কুল অসি লিংখৎনবা হোৎনবদা চাউনা থৌদাং লৌখি। খৃ: কুম ১৯৭৪ দা থবকতগী পোথাখি।

অসুম্না অইবা অমা ওইনা, ওজা অমা ওইনা সমাজ সেবক অমা ওইনা, কখোকপগা লোয়ননা পুন্সিগী থৌদাং কয়া য়ারম্লগা পুন্সি চেংজেল তেনখিবনা মশাগী চহি ৬৪ শুরকপা খৃ: কুম ১৯৭৬ নবেম্বর থাগী তাং ২১ নোংমাইজিং নুমীৎতা তাইবংপাল থাদোকখি। অইবনা লৈখিদ্রবা মতুং খৃ: কুম ১৯৭৭ দা মণিপুরী সহিত্য পরিষদ ইম্ফালনা সহিত্য ভুষণ উপাধি পীদুনা ইকাই খুম্নখি।

**অইবগী ফোঙখ্রবা ড্রামা লাইরিকশিংদি ঃ**

**১) নুরা শাছলেম্বী (১৯৬২)  ২) তাম্না (১৯৬৪)**
**৩) পিদোম্নু (১৯৬৪)  ৪) থায়নগী লৈরাং (১৯৬৫)**
**৫) শাইয়োন শাফবা (১৯৬৫)  ৬) শজিক থবা (১৯৬৭)**
**৭) থাজ-থবা (১৯৬৭)  ৮) মৈতৈ-চনু (২০০৯)**

**অইবগী ফোঙদ্রিবা ড্রামাশিংদি ঃ**

পাছোইবী, খম্বা-থোইবী, মৈহাপ লুপ, লিছোইঙম্বী অসিনচিংবা অসিনি।